(৩) তথা পুস্তক

পুরাণি থাবী থিরেন্ থৌনিরোন্
থৌরম পরেং অমুবা



পুথোকচৰ:—
সগোলসেম রাজমুহোন

অমুক হন্না নমথোকচবা : মেত্রেখন মুলান মৈতৈ, ইমৈশকপা
লৈকম : থোংনেন আইবী লাংথাকপান (কুমা)।

# মনুংগী হিরম মচাক্সিং থৌনিরোন দি

কংলৈ পাকী কংলৈচা মৈতৈ ইপা ইপুগী লাইনিং লাইসোন, লমচং-লিচং, পরম-কাংলোন, লোইন-সিলোল, চংন পথাপ, সিং ম'তম খরা পারব লৈচিম কুপ্পুন লৈরে। অদুবু মতম কৌগি লাইরেম্বী ইমা, অওনবা লাংওন, অমা কাওরক্নুনা, কোলোই মিংলেন, পনবদা তুজুংলব পংস্থৌ লাইনিংহন, ৭ না মৈতৈ লাইনিং মরুপ, পাখংব লাইনিং - হাইন, পারব লৈচিনবু লৈচিন পোমাই হাংদোকনুনা, লাইনিং লিরুম, মীগী মাইথোং সরুম, লংলা লংচিন চিংথোরকখি।

## লাইনিংহন

১। লাইথুরাম, ইবুঙোহল রাংখৈ
২। নিংথিব ময়ুম, সনামচা রা'খৈ
৩। রাংখৈময়ুম, গুলাপ, মচা রাংখৈ
৪। কারাম, বিহুর রাংখৈ
৫। মোইরাংথেম ইবোতোম্বী র'ংখৈ
৬। সমজেংসাবম, কোবা থাংমৈবন,
৭। চোংথাম, মেরামচা খুাইলমাবম লৈকাই।

চৈনৌ সনামহি কৌনা সলাই সকোক অসিবু নৌনা পাওতাক পিরম্বা অসিগুম্বা বারম্থু মতমগীদি খোংলৈন, লৈচিমবু কুপ্লুব লৈসেম্লোম্বী অরিব লাইরিক হৈনা তুংইমা, সলাই সকোক অসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী কুমসিং চহি ৫০৪৭ সজিফু নোংম পারব অসি নোংমাইজিং খৃঃ ১৯৪৭ সকাব্দঃ ১৮৬৮/১০/৯ ইংদ কোংদোক্নুন লাইনিং লাইসোন লংলা লংজিন চিংথোকপিরম্মী।

লাইনিংহুম, সিংন মঙাং-লুরাং-খুমন, অহম্বু তারুম্ব পাথাং কোক, পুথাং কোক, সিম্নরম্ব চীংখোং পোইরৈতোন, মৈগুম, মুং-তব, মোংব তুরেল তুহন ইগুম তম্বব, চীংসাং খোংরেন হিগুম থুম-

থোইবা। থল্লাং পুৱারী, ইরেংপুম্বাম্বি, সকোক্লম্লেল,, পূতিন, লাংথুম, থুম্নুং লমচং অরিবা লাইনিং থৌরম অসেংব, পুৱারী খিবকপু ভদুম তাংজ লুপ থোংম লাইনিং মরুম। থিরকপ, পুন্নকপ পুন্নমকপু থাংথৈ ওলাপমচাদগী নিংথৌথোম্বা থ্রৈনা ইথোকচবনে।।

---

## নিংশিংজবা রাকম, অমা–

য়ুম্সেং নাহৈদ, লালন, থৌরম্গী চৎন পথাপ, অসি "থিরেন্ লাইয়াং" তা ইরম্বন পোক্পসিব মুমিৎতুগী ১২ নি স্থবদ য়ুম্সেংব, ১৩ নিদ লাল্ন থৌরম, তৌগনি অহুম্না ইরম্মী। অদুবু "সকোক্ লম্লেল," দা ইরম্বন—পোকপসিব মুমিৎতগী ১০ নিদ য়ুম্সেংব। ১১ নিদ লাল্ন থৌরম, তৌব হাইন ইরম্ব অসিবু লৌথংতুনা, লাইনিংহন, সিংন চৎনরম্মী অদুগী মতুং ইম্ম ইঁজথিবনি।।

---

# থাগৎচরি

পুবারি খাবী থিরেন থৌনিরোল কৌবা লাইরিক অসি য়েহেলৌঙৈদগী হৌন চৎনরকপ বারিবু মতমগী ওইনা থাদোকলু-রবস্থু থাদোকপা য়াদব মওঙদ চঙসিল্লকপন হৌজিক থিজিনবগী মতম লাক্লবন অরিব বারি খিবিকপু খোমজিন্দুনা ইরৈপাক্কী সেবা তৌবিরিব অমসুং পামবিখিব নহারোলগী তেংবাংব নত্তন তুংগী মিরোন্দ মপুঙ ফাহোরোইদবন অসিগুম্ব লাইরিক কয়াবু ফোংদোক্লগ. ইরৈপাক্কী সেবা তৌজবদ ইমা মৈতৈ লৈমন থৌরৈ তেংবাংবিয়ু হন্ন-হন্ন নিজরি। লাইরিক অসি নত্তন য়েহেলৌঙৈগী চৎনরম্ব বারি কয়াস্থু মথং মথং থৌনিরোল মখল খুদিংগী ওয়ন ফোংদোকপদন ইরৈপাক্কী সেবাদ থুদোং চাব ওয়েহৌনবগীদমক্তা তুংগী খনবিত্থুন অসিগুম্ব লাইরিক কয়াস্থু পুথোকপিরক্লব অইবগী তৌবিমলবু থাগৎচরি ।।

পণ্ডিত ঙারিয়াম্বম, কুলচন্দ্র সিংহ

সাং অথাম, ।

পুবারি খাবী থিরেন থৌনিরোন কৌবা লাইরিক অসি পারে। ঐখোয়ন পাজব মতমদ মৈতৈগী য়াম্না কান্নবব, লাইনিং লাইসোনগী মরমদ ইব লাইরিক্নি। তুংদ হৌগৎলক্লিব নহারোলসিংগী মুংসিনব "লাইনিং লাইসোন" গী মচাক অমনি হায়ন খল্লি। ঐখোয়না লাইরিক অসিগী অহানব থুৎনমদ থুৎই বাহৈদ মাংওই তুংওইনথিবসিং চুমথোক্লব থন্ন নৈনখিব মাইচৌ মাইনৌ কংলৈচা কোলোই মিংলেন মথাদা ইজরি।

১। সগোলসেম নিংথৌখোম্বা —বাংজিং
২। মোইরাংথেম ইবোহল —বাংজিং
৩। সুখাম মরু তোম্বী —পীসুম মোংব কংলা তুথ্রপ
৪। য়েন্দ্রেম্বম মুনান - লাংথবান কুঞ্জ ময়াই লৈকাই
৫। থৌনাওজম মনি —বাংজিং
৬। লাইশ্রম শুভকুমার —বাংজিং
৭। ঙাঙোম লুবাং নিমাই —লমদিং

---

লাইরিক অসি ফোংদোকবগী পৈসাগী মতেংসু অঙম-অঙম্বা পাংবিরকখি ।।

# পূরারি
# খাবী থিরেন থোনিরোন্

মৈতৈ লাইনিং লাইসোন মঙাং লুবাং খুমন ইয়ু (কুরু) অহুম্মক্র তাক্লস্ব। পুথাংকোক্ল-পথাংকোক্ত হায়বদি—ইপুন-ইপাদ সিন্নবস্থা, চীংখোং পোইরৈতোন মৈশুম মুংতব তুরেন মোংব তুন্থন ঈশুম ততব চীংসাং খোইরেন হীশুম থ্মাংখোইরব খম্লাং পুবারি, ঈলেং পুবারি, সাকোক লমলেন, পিরেন, পুতিন, লাংপুম, পাখংব লায়োন, নোংদম লাইহুই, পোম্বীরোন সেক্লিং, লৈমরেন লোল, চীং কোয়রোন অসিনচিংব খুন্নং লমচং অরিব লাইনিং থোনি-রোন অসেংব পুবারি পুয়াসিং অসিদগী লোখংতুন পুবারি খাবী থিরেন থোনিরোন কোব লাইরিক অসি মপুং ফানব ইজবনি। য়েহেলাঁইঙদগী লৈজরক্লব লাইনিং লাইসোন থোনিরোন পুবারি-সিংগী হৈনা মতুং ইন্ন ইজবানি

## "তুং সিদব মপু"
## লাইনিংথৌ সনামহি—পাখংবা লাইনিং

হায়বদি মালেম তাইবং অঙানন মৈ-তরং, ঈসিং তরং, নুংসিং তরং, ইপাক থক্ত তরং "হীরেন" হোল্লিব ঈথৈ ৩ পুরিব তাইবংবু অয়ুক ঙন্না কোনখাব, নুমিদাং ঙন্ন কোপিনব তরং মালং সিদব তাইবঙ মালেম মকম খুদিংদ সিনব থ্থংন সন্ন লৈব মহাকপু লাইনিংথৌ (লাইয়িংথৌ) সনামহি হায়ন কৌই। মরম অহুন ইবুংঙো মহাক্তি অচংপগীন ময়োন ওইব চংত-বগীন মউ ওইবনি ॥

লাইনিং লম্বী থিব—মীওইব ঐখোয়ন, মতম খুদিংমক্ক হকচাংগী মনুংদ থমজন্নিব পুক্নিং রাখল অনিগী মপুবু থৌরাই হায়ন কৌই। থৌরাইব্ সনামহি কৌই। মরম অদুন থৌরাই নিংববু সনামহি লাইনিং কৌই। মীওইব ঐখোইনা থৌরাইব্ মসক খংনব লাইনিং লম্বী সেম্মি লাইনিং লম্বীগী মরুওইব পান্দমদি থৌরাই অসি কদাইদগী লাকপনো? কদাইদ চংশিনবগে হায়বসিন লাই-নিং লম্বীগী মরুনি। থৌরাই হন্দোক হনজিন লিক্লম মসক খঙব ঐ কনানো? ঐহাক নহাক মহাক 'লাই-থৌ' ঐ মসক খংনব লিক্লম্ব্ লাইনিং লম্বী থিবা কৌই।

তাইবং মুপা-মুপী ২ গী য়ুম্বাল্লোনগী লমচং লিচং, পরম কাংলোল, লোইন, সিল্লোলগী, চংনপথাপ য়ুম্ফমসিং অসি লাইগী লিক্লম খংননবনি।

লেংলি পাল্লিব অচংপ চংতব, য়াইবি থরাই অসিগী মথৌবু মসক খংবিব; পাক সম্ন লৈরিব; খংদব উদব, মরম পুন্নমকপু খংবিব উবিব; ঐ-নং মা মসক লেপলিব মহাকপু - পাখংব কৌই। মরম অদুন লাইনিংথৌ সনামহি পাখংব লাইনিং হায়ন কৌই। লাইগী সক্তম পুথোকপা -

নিংথৌ খাগেম্বন তাকপিরম্মী তাইবঙ হায়বসি কাসানি মান খঙশি, কসা হায়বদি - কা-কায়াৎ, সা-সাগৎপ ক+অ +স+অ—কাসা কৌই। মহাক্কি তরংনি। তরং হায়বদি অহাংবনি। অহাংববু মৈতৈন সনামহি থুরুম্বদ মৈতরং, ঈসিং তরং, মুংসিং তরং "তরং হীলল" হোল্লিব য়াইবি কোনগী মপুথৌ য়েন্নৌ চুপলি পাইরিব য়াংন সাকোন থৌরিব হায়রিব অসিন তাক্লে। মৈতৈগী লাইনিংদি "থরাই য়াইবিরেন" সিদববু লাইনি হায়। থরাইদি কোরৌ মালেম অ-গী মরক্ত লৈবনি,

মরম অহুন কোরৌ মালেম অনিগী মহুৎ সিন্দুন লাইগী সক্তম পুথোকপ অসি থাগেম্ম নিংথৌগী মহেমদ য়োইবু য়োইহেন হায়বদি অখং— অহৈগ তাম্নহুন লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী সক্তম পুথোক্তুন থম্বীরম্মী ; মাংলমচন্তুদি লাইগী সক্তম সারগ নিংনরমদে ।

মাংলমচংকিদি লাইজ ঈরোন সুংদগী হিরি তোংদম কান্ন ঈকৌরগ সংলেন্দ ফম্বাল থাগ্নগ, ইয়ু সিদবগী লৈপোপ ৫ লাইনিংথৌগী লৈপোপ ৯ লাইরেম্বীগী লৈপোক ৭ ফম্বালগী মথক্তে লৈহুনতম ওইদ ঈসাইক্তু ১ লিংলগ হয়াও তয়াম্ব লৈপাকী য়াইক থৌনিরম্মী। ঐখোয়ন লাই হয়াওবদ লাইগী সুমাংদ "লাইপৌ লাই" কোইরিব থুংকোই অসিগী পরমলোম্মি, পরৈ তান.ব নত্তে। মতুদি — পরৈ হল্লগ তাইবং কূম্মে. লাংওন ফাংলম, সাম্নথিবগী লিক্লম্ব, থংহনবনি। (উমংলাই হয়াওরোন)

মৈত্রেগী লাইনিংন হায়বদি—মালেম অসিদ পোকপ মী লাইগী মচা ভাক্তনি অমন অমবু ওৎ-নৈব, হন্তন য়েংব ঐখোইগী চৎন লমদাংদ য়াদে। মী ওইব ঐখোয় থুদিংমক লাইনিংথৌ মহাক্ক সেম্বীরকপ ভাক্তনি সুংসিনবন ঐখোয়গী লাইনিংঙ্গী পানদম্নি। মরন অহুন থবাইবু লাই ওইন নিংব মরম্ন মালেম অসিদ লৈরিব থর ই পানব পুম্নক লুন তৌব হায়বসি ঐখোয়গী লাইনিংগী ময়েক লারব থুদমনি। থবাই মসক থংলবদি—মীওইব ঐখোয় অসি লাকফম অমম্ন্দুং হনখিফম থঙফম থোকই। মরম অহুন থবাই পানববু সুংসিনবা মীবু মীন ওংপ লৈররোই ॥

মালেম অসিদ তোখায়-তোখাইব, সক-চু মাম্নদব কয়া লৈরবস্থ সনামহি — পাথংব লাইনিংন পিরিবদি ঐখোয় পুম্ব লাইগী মচা ওইব মরম্ন কম্লকপ য়েংথিনব লৈররোই। ভসি মালেম সিদ

অইংব লম্বীরোমদ চংব হায়বসি "লাইনিংথৌ সনামহি পাখংব" মসক খংলবরদ ওইগদবনি। লাইনিংথোবু নিংজরবদি মাবু মসক খংদবদি অরাব অনাব অওংপ, অনৈবগী লাংদগী দুম্নান নাম্বোকনি য়াইফ থৌজান ফংগনি।

---

*N. B.* :—

থৌনিরোনগী রাহৈসিং অসি সোন্‌ব মতমদ ব্রেকেটন হেক হেক কোইসিল্লিবসিং অসিদি লৌথোক্লগ মতম মতমদুগী ওইন লুমিং, থা, থবান, অমস্থং সাগৈ অদুগী সলাইন চিংবদ শেম্বোক্লুন সোনগনি॥

# সৈহৌ

হয়ি হয়্যা হে !

মালেম তাইবং পানবগী মপু লাইনিংথৌ অথোইব খোয়ুম য়াইবি য়েহেল্লৌঙৈ অমম, লৈসা হাল্লকপ হুং য়াইবিরেন-মৈ ঈসিং মুংসিং-লৈপাক অতিয়া ৫ মকপু য়াবা কোংথাংসা নমুপোং মথং লেংন থেতম, লক্পু থিরেন উংলৈ মুংগী লাব থিয়াংথোক্ল লম-হৌরকপ খোয়ুম য়াবা নখোঙ্গেন লাংবন, খোইমু খোম্দানব চেংলৌ সকথোং ওইব মালেম মপুং লাকলকপ চোইনৌ সনা কোনফুরেন মালেম তাইবং লৈসিরকপ তাইবং নিংসা পানবগী হৌরককম পোলোই পিনরকপ কোরৌ অবাং নোংনিংথৌ অপোকচাদ লাইহুই হৌরকপ লোইদাম থাজ পাখংবদ য়াহিপ্প, ঙাংলৌ নখোং থুয়া-রেন থম্বাল লৈঙাং লৈকা ঙম্বদ লৌসিং নম্বা সৈদমপাল পাইম সিল্লৈলোম্ব নদাইরেম সৈদম সৈসকচবন পুবারী খাবী থিরেন থৌনি রোন কৌব লাইরিক মচা আসি থয়াই থক হাপ লৈলোং লাইদ কংপগুম কচ্চরি লাইনিংথৌ। ময়েক মখোং মুদব, চৈতপ পোংতপ অবাংপ খিবিকপূ ঙাকপি হৈব মপু ঙাকপিমু হায়ন হম্ন হম খুরুমজরি। * ।।

# ৱাহৈ থৱদং

ইকাই খুম্নবদা মতিক চান্নবা ঐগী মরুপ মুংশিরবা শগোল-শেম চা ৱাজমুহোম্ন মন্তম কুইনা মাংঙ্রবা মৈতৈ ঐখোইগী লাইনিং লাইশোন্নগী লিক্লম অসিবু অহল মনাক কমক্তুনা পুৱারি থবী থিরেন থৌনিৱোন কৌব লাইরিক অসি কংলাদা পুথৎপিরক্না মৈতৈ গী মাইচৌ কয়ানা হয়াওনা ম্নাম্নরতুনা কোংদোক্লবা য়াথং পিবীথি ।

মাইচৌশিংগী কোলোই মথাদা উৎচরিঃ—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লৈশাংথেম চা | — ৺তমফাজাও চজিং নোঙ্গাম্ৰবা |
| ২। | ম্নুমলেম্নম চা | — ৺পামোৎ নিংথেম পুখ্রি মপান „ |
| ৩। | চেংথাম চা | — ৺গোপান নোংমৈবুং „ |
| ৪। | য়েন্দ্রেম চা | — মুনান লাংথবান কুঞ্জা |
| ৫। | পুয়াম চা | — মুহরি হুইদ্রোম ৱাংখেম নোঙ্গাম্ৰবা |
| ৬। | লুৱাং চা | — শামু „ „ |
| ৭। | পেচিময়ুম চা | — বোরাজাও ৱাংজিং ৱাংখৈ |
| ৮। | থৌনাওজম চা | — মনি মৈতৈ „ „ |
| ৯। | শগোলসেম চা | — বিরা মৈতৈ থুয়াথোং |
| ১০। | মোইরাংথেম চা | — ইবোহল ৱাংজিং |
| ১১। | মাইমোম চা | — লিম্নোবিরো পাঙনতাবি |

অতুবু অৱাবদি লৈবাকী ইহৌন নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া ওইখি শেলগী মতাংদা অতুবু মরুপ অসিনা পুকচেন চাওবগা লোইননা অৱাৎপা পুম্নমক ঐনা নতেং পাংগনি হায়না তাকপিরক্না অমুকহন্না থোংলেন তাইবী লাংথাকপান (লাংথবান কুঞ্জা) দা লৈবা য়েন্দ্রেম্নম চা মুনান মৈতৈ ঐনা অমুক হন্না লাইরিক অসি নমজরি পুকচেন চাওং

রবা মরুপ অসি মতম মুংসাং না হিংহনবীয়ু হায়না তাইবং মপুদা থৌনিজরি ।।

অতুগা লাইরিক অসিদা অশোই অঙম য়াওহনা পাবিবশিংনা ত'কপিরক্লবস্থু হন্নাওনা য়াঙগনি অমম্বুং মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্কবা হোৎনজগে ।

য়েম্ব্রেম্বম চা মুনান মৈতৈ
লাংথবান কুঞ্জা

# অনম্ অথৌ কোক্লবা

## নাহৈরোল মিংথৈ।

এংহ্লৌথৈদগী মৈথৈগী চংনবী মতুং ইন্না করিগুম্ব ঈরাং থৌনিরোলগী থৌ অমা তৌবা মতম্দ ইহান হান্বদ ঐগী ইসা পুন্নমক্ অনম্ অথৌ কোক্পগী লাইমিংনা সেংদোকনি, হায়বদি ঐগী ইসাবু হান্না সেংদোক্খিগদবনি। অনম্-অথৌ কোক্পগী থৌরম্ অসিদ তাইরেন্, পুংফাই, নাপু-নাসেং, নাপি, সিংবি নাখায়-নতাং, লৌত্রে তাংত্রে, উখোক্, বাখোক্, সলাই ৭ গী পোংলমসিং অসি খুৎন পায়রদুন নাহৈফুগী ঈশিংদ লুপতুনা লুরেন, থক্তগী ঈরিক্ থিক্থরকনি ৭/৯ লক্ হক্নুং সেংদোকদবনি, লাইদ কংনব পোৎলমসিং অদুমুক্ সেংদোক্ হাইদোকদবনি।

## অনম্ অথৌ শৈহৌ

### মিংথৈ

উং — হৈ —, উং — হৈ —, উং — হৈ !
নহাল্নোং কোয়ৌ নোংলৈতরিথৈ নোংলৈরক্পি
মালেম্ লৈরৈতরিথৈ লৈরৈলক্পি ।।
ইঙ্গেং পাপাল, লাইও তাও
খোইয়ুম্ পুপাল, লাইও তাও ।।
লাহান্নোং তাইবঙ, পান্ব মপুনা,
সরোই লাল্লোই তিনমু লাইমু,
মতিল্ মকাম্ লাই, মপল, কৌবা চিঙ্নিংনা
নিঙ্নাং য়াম্সারিক্ অসি স্না ইনোংম
চিঙ্খোং য়াপ হৌরক্প চীংঙ্ তিন্কোক্লে
খোইয়ুম লাইকোক্লবনি—হা- উংচা—নোংচা-নোং ।। ✱ ।।

মথকী মীংথৈরেল, অসিদি অনম্ অথৌ কোকপগী মীংথৈরেল হৌদোরুব লাইমিংনি। অমাইবন অহানবদ খুবাক্ ও লক্ পোপ, পোপ, ফুরুগ ভাইরেন, মনা লোংন ফুবাক্ লৈতাইনা চপ্তুন মীংথৈরেল, অসি সোন্দুন হৌদোকনি ।।

## ইকৌরোল.

হা—উং! তরুং ঈমরু সেংথোইবী
কোংবা পুমসাইখোং কুমগুখাং
ময়াইথোং চিংগোই, ফুংখোং ফুংনাওবী ।।
ঈরম্ খোংলম্ তরেংন অমত্তওইন
লাইজা ইংকৌ তম কৌজরি ঈলেল,পুংদ
থুংন তুংবিরো হা উং-হায়েং ।। ४ ।।

ঈকৌরোল, মিংথৈ অসিদি লাইজা মিংথৈরেল নি, অহানবদা ঈশিং হায় কৌথগনি ।।

## ঈরু লাইসোল.

হে কোরৌ অচি ঈ, বাংবন, মনাও ঈ,
কসা লাল, নংঈ, খাকুপ পরৈলোয়
পুরাং নাকাব, খোক মারোকি ওন তের
খোক্মা রোকী ওয় হন বাইব
খোক্নাং নানি লোংব
কোনগাই লৈতুম, ফুংছুম ঈ
শুংমু ফুংভৌ ঈ ।।
অরাং কৌরু অওঙ্গ, য়ারকুপী সিংহ ঈ
অরায়ম্ ঈদি বাইচেং ঈ, অসাংয়ম্ ঈদি বাইকেম্ ঈ
লোংথৌ লোয়ারেন, মরিকুপি বরিকুপ,
সন, খোগ্বী সন খোয়, ইবেন, পিতাই খোংঅাইবী

অনম্ অথৌ কোরৎ নাহেরোল মিংথৈ

অসেম্ অসা হৈ নংন শেম্বী ও সাবিও
হা - উং — হা-য়েং । × ।।

ঈরু লাইসোন, মিংথৈ অসিদি হক্‌চাং শেংদোকপদ শিজিন্নগনি ।

নাহৈ নাশেংলোল, —

তাইরেন, পুংকাইন নাপুন-নাশেংন
নাপিন, সিংবিন, নাথাই নাতাং,
লোতৈ , তাংত্রেন, উথোক্, থাংথোক্
শিদ নাদ য়াইন সেংবিয়ো — হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈশিং অসি সোন্দুন, তাইরেন, পুংকাইন নাহৈ-ফুগী ঈশিংদ লুপতুন, লুয়েল থক্কগী ঈশিং ঈরিক্কু থিকথহন সেংদোক হাইদোকনি, অদুবু হকচাং সেংদোকপ কৌই ।।

য়ুমতায় নাক্‌সেং —

মাংসোক্ মাদাইম কয়ৈলেল, মুতায়মাত
য়াতংত কোক্তংত, তাতু ইতায়মা
সেনখোং নায়িনমা, পরেহোন মাগী
থুনাম্ব নাতৈব নকমসো নকম্‌সেং
নখোংকান নরালদি, চাকসোংকম্ নাওসোংকম
মাংগোলল্যাং নয়ুংলাং, নয়ুমাং নসেনমাংগী
কাওম শুমারোংববু থৈন্নে লেমলৈ-মাদ
তাইরবনে সেংওবনি হাউং — হায়েং ।। × ।।

য়ুমতায় নাক্‌সেং মিংথৈ অসি য়ুমসেংবদগী শিজিন্নগনি ।। নাহৈফুদ তাইরেন পুংকাই লুপতুন ইয়ুং য়ুং চংহন শেংদোক নাহৈফুদ তাইরেন পুংকাই লুপতুন ইয়ুং য়ুং চংহন সেংদোক হাইদোকনি, অয়েম্ব ঈশিং অদু কোরৌ কাঙ্গালি হায়ন য়ুমথকত চাইথংখিনি ।।

মুমিং নাহৈরোল,

উং—হৈ—উং—হৈ—উং—হৈ !
হে হৌ কে
কেপ য়াইগ মেনগ য়াইগ
য়োইগ মেল্গ য়াইগ
থৌরি থৌয়া লাংবু
থৌরি থৌচিন্ লাংবু
থাবা পোংথৌ তম্লি
থাবা মাবু লাম্নংদে ।
মুমিং পোংথৌ তম্লি
মুমিং মাবু লাম্নংদে
য়াবা কোন্খাং সাগী
পোংথৌ মথং পিজগে
কুম্চা পাল্লো থৌগে
নোংচা পাল্লো থৌগে
ঙাম্নরো তেরগে, হাউং হায়েং ।। × ।।

তুদেংলোল,—

নহান্ নোং তুতৌ খোংতৌঙৈ
মোংব ভুতৌখোঙ তুতেঙ, খোংতেং নোংগীব,
য়োইমা য়াইগ থৌরি থবা,
পোংথৌ তম্নী থবা মাবু লান্নংদে
মুমিং পোংথৌ তম্লি মুমিং মাবু লাম্নংদে
য়াবা কোন্খাংসাগী সাকাং নমু পোংথৌ মথং পিজগে
কুমুচা পাল্লো থৌগে, নোংচা পাল্লো থৌগে
ঙাম্নরো তেরগে হাউং হায়েং ।। × ।।

## নাইৱোল মিংথৈ

পোংথোৱোল —

নহান, নোং তেক্পি মঙক্চা, কাইবৈ ময়েল চা,
য়াংলৈ তাওবা মহুইচা, কাওরেন মসল চা
পোং থুকাই সাকাইবা, পোং মরম ৭ মক্সা
অনম অরাক্ তম্ব, পুম্নমক্পু, থবা শোংথো তম্‌ই
থবা মাবু লাম্নংতে, মুমিং পোংথো তম্‌ই,
মুমিং মাবু লাম্নংতে।
য়াৱা কোন থাং সাগী, পোংথো মথং পিজগে,
কুমচা পাল্লো থোগে, নোংজা পালো থোগে
ঙাক্লো তেরগে হান্টং-হায়েং ।। X ।।

পুৰৈরোম্ব নাইৱোল, —

থোবিতেং লোয়বিতেং চক্লৈ ঙান, তংলৈ ঙান,
ৱাঙান থৈ উঙান থৈ সিন স্নুথৈ সান স্নুথৈ,
চারোইন থোঙতম্‌থৈ য়াম্বীন থেঙ্কুমথৈ
হুইখ্রীন চিফেংথৈ কৈরেন্ন য়াথোক্থৈ
লংমাইন মৈহুল থৈ, লংমাই হিচিল, হুইয়া অথোবন
থিন থাউথৈ য়েথাইথৈ, শীংকুপ, হৌ শীংকাইহৌ।
পুৰৈরোম্ব অঙক্ অঙাও হৌরববু
তম্পাক্ লৈহৌমাই, লংমাই লৈহৌমাই
খাবা লৈরেন, হুম্ন তাইরেন, লোংন পাইন
লাইচ খিক্ফেন, চাইরে, কোরৌ মচীঈ
ৱাংপন, মনাও ঈ, সরোই লাল্লোই ঈ,
তাক্ল লৈরোং ঈ, থয়োং চুম্ব ঈ
চিঙোই নারল ঈ, চেংলৈ লুৱাং ঈ,
কম্বোং নরাং ঈ থোথুম থুংতম্ ঈ
থোইন ব খাইদম্ ঈ, খাকপ পুৰৈরোম্ব ঈনা

লাইচ খিক্লেন, চাইরপত চিয়া হেল্লে লাম্বরকুয়ে
পুরৈলোম্ব মায়োল, থোক্লে মরৈ থোক্লে।
খা—রাং চুপ্‌চি লাইচি; নোংপোক্, নোংচুপ,
পুন্স কেনা পান্সো সেংলো হাউং হায়েং ।X।।

পেংথোরোল নাহৈরোল অসিদি—ঈরাৎ থৌনিব খুদিংদ অনম অগা চুবা তিন্দাই লতাইনবদ লারোন অসি সিজিন্নগনি, তাই-রেন পুংকাইন নাখৈফুগী ঈশিংদ লুপ্নগ সেংদোক হাইদোকপিগনি ।

## অপোকুলোন, ( কসা তাইব )

হে-পুপা !

খুমাপ লৈমাপ অতোংপ অরেংপ
ভানভুতু কুপথন, থন, বাঙতুতু সরৈনেম্ ।
কুম্‌চাকা ওইরিব থাচকা ওইরিপ
মৈপি সলাংগ থবায় মুংলৈগ ওইরিব
উরেপ, চারগ ওইরিব, ভাঙোইব য়োইমোংব
য়োইচম্নেন, তম্‌হৈব, তম্পাক, লেংকোই লাংকোয় সেম্বা।
শরোং পুংমাই তোংব, লৈকাই খোম্‌তিন, লাংতিল,গা
পথুপক পমাংগ পুমাংগ, পরৈ থাদ থোং
তাওখংব মোংব য়ুম্‌লাই কৈরাই সাগ
তম্‌হৈব নঙবু হায় তাইরবনে।।
হে কুম্‌সনা কুম্‌লিক, লাই
অরাং কৌক্র চীংথাং লাম্ব কুম্মৈতে।
কুম্‌বী পোকপিন কুম্বীহল,
তরংন তরংহল, কেকে য়াংখুজম্ নিংভোলবিন
লাংলেন, কোংয়াং কৈন লাম্‌ন নেম্বী মকাসা ।
খোইনাইচম্ নিংভোলবিনা, আ—খোইমা নারোল, মুংত
লাংলেন, তোম্ন ফাক্ল কাওরেন, সন, খোংগুন্দ

মিংয়েংবিন, আ-মিংয়েং হৌবকুম্
খোইনৌ মতা ঙাইরোইনন পাওনোক্লপকুম্
থাম্বি লৈমা কোমুচা, হৌকু লৈম ভোম্বীন
চাদন তম্বুপ্ মৃহৌ, থক্তম য়ুচাওগ
চাদ কুম্মৈ হৌব কুমদ
চেক্লা ভোম্ভৌ য়ুমৃকোইব
য়ুপ মৈরোম্বন লৈতা সেংনতা
পামেন্ উইহৈ চান, লেম্লৈ ঙা-ওইনব কুমদ
হুপ্লেম্ন পুম্থাংলোল, থরোন মুঙ্কাংস
হৈকক্ল নারেং থাং থাংজিংন কেপাক্ হৌব কুমবু
কুম্সনা কুম্লিং লাইন কুম্বী মঙ্গুং ওইব কুম্বু
কুম্ নোংতম্লিয়ে ।।
শিনোং মৈ, পাইনোং মৈ
কব্রি হেন্নো কায়া হেন্নো
হৌকুও। কাশাও: ঝাল্লো
লাইম য়োল্লো কসা তিম্লিয়ো খোম্লিয়ো
সেম্বিও সাবিও: কসা মাংদা চৎপ
য়বা লাইবু তান্ন ফেল্লো
য়ার কোংথাং লাই, খিক্তৌ থাফোলাই
অওক্ অচৎলাই লোক্লাং তিল্লাং লাইবু
কসা খোংন তান্ন ফেল্লো ।।
কসা খোংদ ইন্বি কসা লন্তেক্ মপি
থুম্তেক্ মপি, কক্ক্ মাগ কহাই মপি
সম্লাং মাইঙৌ মপি, থিক্লাং থরাং মপি
সুক্ সোইকু মপি, লন্কু থুম্কু মপি

ক্ষৌকু চেংকু মপি, কসা নংদি লন্‌কুপিও লাংগোন্‌পিও
কোম্লো পোক্‌লেম কসা নপাও চাওবিগনো
খিংলৌ নপি তোন্‌গন্নু, য়াইখি নম্লুং হৌকুনো
ইপুও থোংনাং নিংথৌ থোংনাং সন্থ য়াংতেক্‌চৌং
মেন্দে নিংথৌ সোরাব, কৈরৌখা মেন্দে মেন্দাং মুংগ ইচৌং
নিংন কৈসি চৌং, লৈম সম্‌তোং পোক্‌পু তাইন খন্‌বও
হাওম্নু লাঙৌবী খাংতম্‌, লৌচাওবিবু তাইন খন্‌বও
নমৌ নঙা পান্‌ও নহৈ নরোং পান্‌বু, তাইন সেম্‌বিরম্‌ও।
ইপু ও!
হন্‌কোই নিংথৌ কাম্ব সলাম্ব
সল্লাম্‌, মঙাম্‌, নম্নু তিংন পোংম্নুচা
লৈমচা নিংথৌ সম্বুম্‌, মহারাবও ॥
নম্নু পোংদি থা ১০ শগোল থা ১০
সামু থা ১০ ইরোই থা ১০ শন্দং থা ১০
নোংসা থা ১০ হামেং থা ৫ ওক্‌ থা ৫
য়েন্‌ থা ২ ঙান্নু থা ২ খুম্নু মুমিং ১৫ নি
মিরম্‌, পোংলম্‌, সল্লম্‌, ওক্‌লম্‌, মাবু
তাইন সেম্‌বও ঃ॥
ইপুও ও!
লৌথেংজাও থোংজাও লাইরুক্‌, লেম্বও
লাইতোংখু কুনরম্‌, লাইরাংলেন্‌, তানরম্‌
খুরোই হাওব লমাংদোংবু তাইন খন্‌বও
নংসোই পানবু নফৌ নঙা পান্‌বু তাইন সেম্বিরম্‌ ও ॥
ইপুও! কৌবরোন্‌ ও কৌব লৈমচা
কোম্নু লাইমচা কাক্‌য়েন্‌ ফম্‌ফম্ন সংলৌন
কাম্ব তেক্‌পি চৌং, তেক্‌পি খবুং চৌং

থবুং তাংলৈ চীং, মান তাব ইয়া পান্‌জা চীং
সেক্‌বা তাংদল, পুংবু তাইন খন্‌বও
নকৌ নঙা পান্‌বু তাইন সেম্‌বীরম্‌উ ।।
ইপুও ! সম্বোং নিংথৌ উফুক্‌লেন্‌, উরুম্নেন
চেংজা তাইরোংতোন্‌বু তাইন খন্‌ব
নকৌ নঙা পান্‌বু সেম্বিরম্‌ও ।।
ইপুও !
থাংজিং নিংথৌ, থাংজিং কোইরেল, নিংথৌ
চাওব কোইরেন, নিংথৌ, সাংব কোইরেন, নিংথৌ
কোইরেন, অহুম, লোইব বাতেম্‌ও
পোৎপিনে পোৎথাংনে সিংজংনে বাখাইনে
নিংথৌ মঙাম্ব, পামরু চেগাই ওইনম, চীং
সনা পুন্‌থোংচীং, লৈময়াই থম্বাল, নোংসাকৌ
চীংয়াই সান্দেংলৌ, কেগে সিংজা ফাইবু
তাইন খনব থাংঙা তোন্‌ব
নিংথৌ মোইরাং লাইতোং লৈম থাংনৌপি
থাংনৌপুংও কেকে চীংসা পুংদ তাইরবনে ।। ৪ ।।

অপোক্‌লোল, মিংথৈরেল অসিদি অপোক অসা থৌনিরোল খুদিং-মক্তা সিজিন্নগনি ।।

## কসা সোইরেল্‌—

নহাল নেং হয়িদৈ তাইবঙ মপোক নোংদমদৈ, থোং-সোইন পোকখি হায়বদগী সোইরেল কৌএ। তাইবঙ মপুগ মরি লিতিন্নন লৈ। মপুন হায়খি—হে নাওবা হয়েং তাইবঙসিংন মপুদ হৈবাং লৈরাং কৎলকপ মতমদ নবা নহাকীদমক্ত হায় খয়া থাইদোকতুন কৎলকপ, নহারু মহু চাহুন লৈয়ু। নঙ্‌ন পৈনজবগুম, তাইবঙসিং চাকু লনকুবিহুন পেলহল্লস্‌। মপু ঐঙোন্দত কৎলবদি নাওবা নঙনা চোংসন্দুন চাজো। লাইদ পোৎ অমতং কৎকে হায়রবদি

ইহান হেক হানবদা লা মচেৎ অমদা থর থাইদোকতুন অরাং চীংথৈদ শকক তমগনি। ইমুংদ থুরুমলগন নাকথাদ থাদোকনি।।

পানা থুম্বোক্লোল্—

থুম্বুংন-লৈমুংন, থামুংন ঙাম্বন, নাহান মুপীন
য়ারাঙৈ ফুদোংঙৈ বান্থোংঙৈ কৌসুর্থোক, কৌয়া থোক্ঙৈ
পূলাং মরোইথোং লাইজ ঈপাল, রায়
ঈমু ময়োল, সৎ, লৈরাই হুইসোল্কা
মচেম, মনিম, তাও, মোইথাপ, মোইরেং মতাওঙৈ
হৈগোই মসিংসু লায়েক, ফিকম, কাঙৈগী
সরোই লালোই মতিন্ঙৈগী পাম্বরে সেংনরে
তীল্লৈরগমু লাইরৈরগমু হা-উং-হায়েং।
হিরোইন লাম্লোইন উতুঙৈ রাতুঙৈ;
মিনাইঙৈ ননাইঙৈ সৌগাই খম্থাইঙৈ
ঙারাঙাসিং য়াংঙৈ সোল্লম্লম্লক, মচৎঙৈ
ইরক, লম্লক, মকেঙৈ
সরোই লাম্লোই মতাংঙৈ মতিন্ঙৈগী
পাম্বরে সেংনরে তীল্লৈরগমু লাইরৈরগমু
হা-উং-হায়েং।। × ।।

খুরাই পানা নাহৈরোল, —

পোইরৈন কংলৈন উরা লাইজিংন
খোইনাই ওম্বন চেংলৈয়াং থাউদেস্
হাওজেংয়াং নম্বম্ব চেংলৈ উম্বুংতা
হেম্চেং থাবৈপুং লাংজ লৌপুং কাই
খোম্বিতোক্ উঙামপৈ চাবাইবী হাওতম,
রাইরি, রাইতোল, থাঙয়ুচেং, কৈথু, কৈরেম্লিংবী
রায়চ লিক, লিরাথা তাংখম, লিরাপোক,

সেঃতৈবী সোইয়াম, মতাঙৈ সরোই লাল্লোই মতিন,ঙৈগী
পাম্নরে সেংনরে তীলৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু
হা-উং-হায়েং ॥ ৯ ॥
খুরাইদি খুন,ফম,লেন, চেংলৈন বাইমুতা
খুর ই অঙৌব য়ুম,পু য়ুম,লেন,বা
চক,প লম্,-চক,প্রম, হৌঙম,ঙৈগী
য়'ওরো কংদাথেন, সংকংলম,
মুংখোং পুংনাও থোঙ্গাইবী
ফুরোইচীং ঙারুংয়ান,, মাঙ্গং
উরাল, কৈরাও পোইরো হামংলো
সিখোং নিংঙেল,, লেংমোংলেংলেন,
চী লেন, মাইকোইরেন, কারাক, থাংদৈথোম,
বায়রং খোইনিং মেল,, কানোক, থাংদোম, লাক,ঙৈদ
সরোই লাল্লোই মতাঙৈ, মতিনঙৈগী তীলৈরগম্নু
লাইলৈরগম্নু হাউং-হায়েং । ৯ ।

## বাংথৈ পানা নাহৈরোল,—

বাংথৈ পোক,প কৌয়া য়াংলাইকোক,সু
লোরেম্বম, তোংলেম্বম্ন পোক,প পনম, য়াংকোক,প
সায়েল, লম, । কোংব হিকু হিবাল, থাখোং
লাইখোং, মরোংখোং পয়া সিংথাতাক্ক লিন,চিক,
উংলো ঙাংলো চীংথম, চাওপোক,
কোইচি কোইমহৌ কদোং করাং মৈরিংচীং
তোক,প য়েল,লৈ চীং হিদাম, চীংথুম্নু
হাইগৈরেম, সেল,থোং পাং
থুন,জাল, ঙাম্নু হাইলম,সেল, চাক,পী বায় মতাঙৈ

সারোই লাল্লোই মতাংঙৈ মতিনঙৈগী
পাম্নরে সেংনরে তীল্লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু
হাউং-হায়েং ।।×।।

পানা নাহৈরোল,

থাংম্নু অতোম্ব লান.শিংনব, নম্নম, কৈরোংব
চীংথোংম্নুম্ব কেক্রু,পাৎ কা-সান সন.কংলম.
মৈতিংঙু উরা কোম্বৌব লুকোই চীং, চীংমৈরোং
ঙারংয়ান, য়াংঙম.থেন. অসে বাংবী চিরক. চিপান.
হঙেল. পাওরা, মৈরোংব মৈরোংপি, ইরেং ইথম.
কৌব কৌম্নু. চীংথম, চীংমৈ হিয়াং হিরেন,
সিংমৈ উমৈ মতাংঙৈ মতিনঙৈ সরোই লাল্লোই মতিন ঙৈগী
পাম্নরে সেংনরে তিন.সেংলে লাইসেংলে
তীল্লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু হাউং-হায়েং ।।
উমু-খুন, পুকাই থেংক্রাইব খুমন. চামাইব
সুম্ব খ্বাই খ্বাইরোংপান. লোইমোম. চকোইপাল.
খোইমোম. লৈতোংপাল., পিতিংকোই লাম্বীদা
তলা উয়োক. কোল., নিংথৌ লোপাইব উরিংকোল.
সিংথা লৈথোম., ককলৌ তাওথোং. লোইজিং
লোইয়া তাঙৈ, সরোই লাল্লোই মতাঙৈ মতিন.ঙৈগী
পাম্নরে সেংনরে, তীল.মু ফত্তব লৈরগম্নু
লাইমু ফত্তব লৈরগম্নু. লিত.লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু
হাউং-হায়েং ।।
লেম.লৈ খুমিৎ হাম.চৌব খুদাং য়াইখুব
য়াংলৌ নাহামাং উরিপোক. খোংসায়াম.
তাকয়েল. লমফেল, য়ুচেং পেরে লান.চেং পেরেসারে

লাক.চম. ফিকৌ নাওবা খোইমোম. য়াংলৌ
হৈতুপ. চুপান. মথা থান. সজিরৌ উৎলৌ
নম্বোল. কাঙবুনচিংব. ফুবা থাবী নম্বোন. তাঙৈদ
সরোই লাল্লোই মতাঙৈ মতিন.ঙৈগী পাম্নরে সেংনরে
তিঙ.মু ফত্তব লৈরগম্নু. লাইমু ফত্তব লৈরগম্নু
তিল.লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু হাউং-হায়েং ।। × ।।
থ্বাই খোংমরী লাইতোল. হেনলাই থুম.সা লম্ব.বাইনৈ
চীংঙা পিস্নুম. হৈপোক নারী তৌরিংব লল.য়াই
সরেন. য়াঙ্গোই লোক্তাক. তাক.মু তাক.সেন.
থাঙ্গা করাং থুগা মান.তেক. চক.পী লৈথোম. তাঙৈদ
সরোই লালোই মতাঙৈ. মতিন.ঙৈগী পাম্নরে সেংনরে
তীন.মু ফত্তব লৈরগম্নু. লাইমু ফত্তব লৈরগম্নু
তীল.লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু হাউং-হায়েং ।।

য়াইস্কুল পানা নাহৈরোল.—

য়াইস্কুল. থোংলেন. য়াইচম.পাং মুত্রাম
হৈরাংখোই হাইসনাম. হান.চৌব
কক.বা থোংলেন. তাই. লিলোং থারোং তবুংব
চেগাইকৈ কৈমাইসাং. ওইনাম. সওম্বুং পল.ঙাক.হৈ
মুতুম. ফিফৌ লৌকু অচল.ব নোংয়াই লৈকোইপুং
উচিবা. হৈয়েল., কাক.য়েল. সোয়. ফৌগাক.চাও.
খোইজুম পাং. পুম.লেন. হাপ.চা ঈথাই পুনম.চীং
চক.পি সুগম্ন ইবাইতাগী থারৈ লেম্নৈ মতাঙৈ
সরোই লাল্লোই মতিম্নঙৈগী পাম্নরে সেংনরে
তিল.মু লাইমু ফত্তব লৈরগম্নু তাইরবনে
তিঙ.লৈরগম্নু লাইলৈরগম্নু হাউং-হায়েং । × ।।

মথক্তা পিশ্রিব খুনথোক,লোন হায়ব মিংথৈ লাইরোনসিং অসি তিন্দাই-লাইতাইনবদ সিজিন্নগদব মিংথৈসিংনি।

## 'য়ুম্‌লাই কৈরাই উকোক, উরাই মিংথৈ

হে উনিংথৌ তাইরেল, হৈমাং উয়িল, উথোক,
থাংথোং কাইজ কাইকৌ লাই কুহি মিসি
থাংয়ান, থান, নোংনাং থাবি সলাই অসিনচিংব
নখোই পুম্নমক্তা নমাদি লোক, অম্বম্বন পোক,পি
মাৰ্জিং চীংসাং নাওপোম, অৱাংবন য়েংঙৈগী
পুক,তম্নকম্নু, খুরাই লুৰাংব য়োংনাও চাওকাই হৈবন
নবা সাঙৈগী পুক,তম্নকম্নু, কক,চেং খোইয়ান
লিন,থি কাংথিন, উচেক, ৱায়ান পামেন,বন
তম্না নংবু চেক্লাগুম, নংগী পুক,তম্নকম্নু॥
ঙসি কোরৌ মুমিংতগী নম্নু হেবুংথৌ ( চাওব ) গী
( চাওবী ) গী মরান, ওইহন,গে, মপারি মুক,তান
মমোম, সোইদান অহোং অচাওনগে
অচৌ অসাংনব হোংনেম,নগে কাইরৈ পুংফানগে
হায়বগী পাওতাক,চরি মুংমু সিদব ওইন
থোহু তুকুপ,পবু লেপ্প মুচেং চা অহুগুম্ববু,
লেপ্প খিল্লম,সে সম্নু হাথন সাফা কেংতান,ফববু
কুবিরম,ও হায়বগী ইরাৎ থৌনিজরি
হাউং-হায়েং । X॥

মিংথৈ অসিদি য়ুম সংকাবা মতমদ শিজিন্নগনি। উপু; কাংথোন কাপ্লদম্নু অসিন থৌনিবিগনি। ফুৰা, লাইশং হোঙবদম্নু সোন্দগনি। অতৈ থৌরমদদি সিজিন্নব য়াদে॥ X॥

পুরুম, সান্দেং ঈ মিংখৈ—

পুরুম্ তুগী ঈ, লাংপুং চীংজাও ঈ
চীংসাং কোইরেন, ঈ, কেকে রাইথু পোক্পি লোক্লৌঈ
মোইরাং লাইমাম্.থান.বী থাল.লোই ঈ
কোরেক্ অনি কোক্সোক্ঈ, নান্দ নান্দ চৈজিংঈ
চেক্লা পোম্বী নিক্পু অমুবন খুমাং লেচেংফাম হোংন
লাইজ ঈথংখোং, কেগে মান.বী সুন ঈরান.খোং
মোইরাং থিন.বিসুন ইতম্খোং, কেগে মান.ব সন্সেন, ঈ ।।
রাইথু খুল.লোং ঈ, থরাও লম্সাং ঈ, সোইথম্ লম্খাম্ঈ
ডাচিং সাইওন, ঈ, মমাই অরাং পাংন চেন্.ব ঈগা
কাইরৈ পায়েন, পুয়েন.লুম্ য়েন.পৎ ফাইবংব লৌহিং
ন'হক্প, পুংফাই তোলোংব সিদ নাদ নথাই নাতং
নাপি. সিংবী, নাপু নাসেৎ, লৌমৈ তাংমৈ, উখোক্
তাইরেন, পুংফাই য়াওন মুমিং থবা মচুকু সাবু ওম্বীরবদ
মুমিং মমাই লুরক্লে থবী মমাই হেল্লক্লে,
সন' খোম্দোন, অতোন.বদি মসাবি তাওহুইরেং অহন.বগী
য়াইখুং মসাতান.বু নমলৌব তপ.তা মঙৈ খোম্ব খোম্লৌব
পাথাং য়ার'ই কোন.বু কোন.লৌব সনা খোম্দোন.দি
লৈজহন.খিনমু নমু হেবুংথৌ হেবেম্মাসিংদি
মুমিং কুমা লুনরগে থবিগুম সেংনরগে
হাউং-হায়েং ।। × ।।

পুরুম শান্দেং ঈ মিংখৈ অসিদি লাইথুং লাইন কোকথোক চাম-থোকপদ সিজিন্নগনি ।।

চুক.সারোল, মাইবরোল, মিংখৈ—

হা হা হোই !
মমুরা মরাইরা তিংতাইব য়াংতাইব তিংফাৎপ য়াংফাৎপ

বারেন, লালেন, খুজিন, লাল,চিল, মিচিল, মীপাও
অয়ান, অহুই ফুক্তোকে হা হা হোই হোই
নোংত্রেন, পাখংব, মরুপ্মী লাইসনাদি লোইয়েন,লোক্
খুন,বীলোক্ থমোইন নোংমোইন মপারী খুন,সা য়োইদম্সা
মপিয়োন, মাপায়োন, পিসাই, পাসাই সাইব ॥
অমাইব কোন্দে নাকৃথং মাইন হুইমুতো মমুংলো,
য়েন,মুতো মমুংলো মেলাং তল,ব মনাক্নেং,
সহু মান,তে লৈন-কোইন চুপসাহম্ মোইকেন,তম্
থিক্সেংতম্ থাসেংতম্, মিংলুতম্ মাইরু তম্বু,
চুপ,ওইনদে লাইওইনদে য়োইমমুং চুপ,মহোই,
য়োইমমুং লাইমতেম্ ভাঙোই য়োইমোংবদি
সম্বোংলোক্ পুংবুয়োক্, মতৈতো মনাওতো
সক্মসিন,-সামসিন, সকমলাং সিন,মাইঙৌ,
সিন,সান, সিন,পুন, সিম্বয়ববু অমাইব হাওরোংমাইন ॥
হুইমুতো মমুংলো য়েন,মুতো মমুংলো মেন,লাংতন,ব,
মনাক্ নেংসহু মান্দে লৈন কোইন চুক্সা তম্মোইকেতম্
চিন,ফুতম্ মাইতাতম্ থিক্সেংতম্ থাসেংতম্
মিংলুতম্ মাইকতম্বু, চুপ, ওইনদে লাই ওইনদে
য়োইমমু চুপ,মহোই য়োইমমু লাইমতেম্
ভাংঙোইব য়োইমোংবদি, চীংগেল, হৈনে তম্গেন হৈনে ॥
অতোম্লোই অসেংলোই য়াওনলোই থৌতম,লোন,
পারিং থোংলিংলোন,, লৌতৌ-য়োং নফন, থাং
লিক্লা খাংন খান,খ,তা লাইকুপ, তোলোইথা ॥
ফিবুন, লাংবুন,লোই ফুংগা পান,মাইসৌবু
লুম,নব মরুম,বি, হাওমুখু হাওমুহন,
লাইতোংখু লাইতোংহন, চয়োম, খোম,হান,গ

সিংপাক, মাইতৈগা য়ুহি চাহিগ, চহুম, চংভান.গ
মেরা মেন.দোংগ, হোংনেং চাওনেংক
লাংলিবী কাক.য়েল, মিঙম্বীগ
নহন.বী লুম.নব মমাইব থিংগোন, মোরি মাইন ।।
হুইমু.তো মমুংলো, য়েন.মু.তো মমুংলো
মেলাংতম্ব মনাকনেং, সহু মেন্দে লৈন কোইন
চুপ.সাতম, মোইফেন.তম. চিন.কুতম, মাইতাতম,
থিক.সেম.তম, থাসেংতম, মিংলুতম মাইরুতম.বু
চুপ.ওইনদে লাইওইনদে, য়োইমম্নু চক.ম হোই
য়োইমম্নু লাইমতেম, ভাংভোইব য়োইমোংবদি
হাংয়েন. চীং নাইরেন, চীং, থোংনাং মালৈচীং ।।
লোন.লোই চীংমহুং, তাল.লোই মরুম্বী চীংয়েং কোই
কোইনবী সাংলোবী তারাবী মিফুবীয়ু লম.পাওনরে
য়ুকাওনরে হয়েংসোই মমুংসোই নোংপ সোইরবদ
ইপারিনে ইনান থাদাথোং নন.দথোং খজাইচুপ,
লেংলোইচুপ. সম.লানান., তোন.গনান, মিকপ, মিরাওগা তম্বীবং
মমাইব য়োইনাও লাংপোম্নন হুইমু.তো মমুংলো
মেলাংতন.ব সনাক.মেং, সহু মান্দে লৈন ফোইন
চিন.ফুতম, মাইতাতম, থিক.সেম.তম. মাইথতাতম, সেম.তম,
মিংলুতম, মাইরু তম.বু, চুপওইনদে লাইওইনদে
য়োইমম্নু চুপ.মা হোই য়োইমম্নু লাইমতেম,
ভাংভোইব য়োইমোংবদি উনথক, পৌতিংথক, লাংদিং থক.তা
ঈমুথোক, লাইমুথোক পোয়ন, নারন.নবু
মমাইব পনম, য়াংকোক.পন হুইমু.তো মমুংলো
মেলাংতন.ব মনাকনেং সহু মান্দে লৈন ফোইন
চুপ.সাতম, মোইফেনতম. চিন.ফুতম, মাইতাতম,

থিক্লেম্তম্, থাসেংতম্, মিংলুতম্, মাইরুতম্বু
চুপ ওইনদে লাইওনদে, য়োইমগু চুপ ম হোই
য়োইমগু লাইমতেম্, হাউং হায়েং ।। X ।।
মথক্তা হায়খিব চুক্সারোন মাইবরোন মিংথৈ অসিদি চুক্নাব
চিনকু মইতাব মতমদ্, সোন্দুন মিংথৈ অসি সিজিন্নগনি ।
অতোপ্পদদি সিজিন্নব য়াদে ।

## পুংথম্লোন্, মিংথৈ

## নোংপোক্, ঈরাং মিংথৈ—

ইচিক্, সিরা কোংনিংথৌব তুরেন্, রাইথুবিচা, মনম্, ফাংসেংগ
তারু রাইকোক লম্মহন্, তোংয়ে
হৈরেম্, লোইনাইন কোম্বা সন্বৈ তোংয়ে
মোরিয়া ফম্বাল, চান চৌংঙায়েন্, তোংয়ে,
থিংলোল, তাওথুমাংন তিন্বান, হৈরেম্বা তোংয়ে
তোংন লাংহেম্ন য়াওবচৌং তোংয়ে
থাব ফান্দোংবন থিংয়াং মাইলেংন সকান্, মতোংঈ,
লংমাই থিক্লেন, মাইলেংন লংমাই নিংথুন, তোংয়ে
তোংমা ঙাংদ লেংদবন কৈরাও চৌংলাবক্, তোংয়ে
তান্থোং থুংম নাওন রাসা খোংফৈ তোংয়ে ।। X ।।

## নোংচুপ, ঈরাং মাগীদি—

ইচিক্, লিরা কোংলিংথৌব তুরেন্, রাইথুবিচা
মনম্, ফাংসেংগ তারু রাইকোক্, লমহন্স, তোংই ।
চেংনম্, ফানম্বন কোংগোই ইনম্থি তোংই
লুরাংসুতা সেন্থোংবন ফাওব নপ্চিং তোংই
লুবাং ভাংনবন হাওমন্, য়াংপাইরং পুং তোংই
নোংমাইগু সনা তোম্ন তাওপুং খেন তাওপুং তোংই

কম,ৎবাং থিংগম,বোং য়াবাবন পোইরৌ পাংশা লমলাল তোংই
হ'ওখ্রোং নম্ব্ৎমন কয়িং কয়াং তোংই
ফিহুপ, ফিদাইন থাংখু য়াংলেল, তোংই ।।
ইচিক,সি ইকাংন লোইয়া কাংভবুং তোংই ।।
ইরিক, ইরাইবন লোক,প কৌওই চৌং তোংই ।।
পাসিখোংব বাইখুপ, মরান পাসি চুকোক, লাইহন,ব
খোম্মা নোংমাই মরেংবন চৌংবাফু তোংই
লৈম হাওরৈমান হাওরালুম, লাংতোং তোংই
কুকি হোংব লাইকি অচাওবল, লোইরৈল ,খুল,থিলোক, তোংই
লাম্লোই খম,দোবন চৌংঙা লৌখোংতোংই । x ।।

## ময়াই লম,গীদি

ইচিক, সিবা কোংনিংথৌব তুরেন, বাইখুবিচা
মনম, ফাংসেংগ তারু বাইকোক, লম্মাহল, তোংই ।।
খোংবাই তাবাইবন খাব লম্মাহল তোংই
চেকাই মকাই লঙ,বন কংলৈ বাইকোন, তোংই
ইহৌ লৈপোক,তেরু লৈসাং হিদেন, তোংই
ঙমারা খম,দিংবন ঙাখিংবুং তোংই
তোন,মৈ পিতোন, মৈসাংন ঙহাপুং তোংই
ঈন,চৌং লোংখোন,বন লম,বুং পুংচাও তোংই ।। x ।
তুরেন বাংম নোংচুপ লমগী য়ুমসাবদা ময়াই লমগী অকোকলোন
সোঙ্গো পবিং হনদরিথৈদ য়ুক্ষম ময়াইদ য়াংকোক অমদ চুক
অমদি পরিং লাংসং লারুব থৌরি হাপপু, চুরু পরিং থৌরি মখা
থাও অনাইবন তাইরেন পাইহুন লাইজ ঈসিং থিক চাইহুনি পুং-
খম্ব লোল মিংথৈ অসি সোন্নো । পুংখম্বালোল মিংথৈ সোলঅব
য়ুম অহুদি য়ুম অতিংঙানে খংও ।
পুংখম্বলোলদি-য়ুমসাব হৌভিথৈগী মতম য়ুমকমদ থৌগিনবনি ।

## অতাইরোল, থৌনি মিংথৈ—

হে লাইনিংথৌ নোংথৌরেন.বু তাইগে
সোরারেন.ব তাইগে, পাখংববু তাইগে
য়ুরে.নববু তাইগে পুলেল, নাকাব
খোংমরোকী ওন.দেব খোংমরোকী ওমহন.বাইব
মরিক.পি মরিক.প সন.কোন.বী সন.কোন.ব
ইবেন, পিথ্রাইবী অসেম্বী, খোংগ্রাইবী অসাবী
উঙক, নংবু হাপ.সানবু তাইগে- তাইরবনে
ওইথাংও য়েংথাংও। লন্নি লিকাংবী নংবু তাইগে
লৈম য়ুরেন.ব নংবু তাইগে নিংথৌ চালাল.ব নংবু তাইগে
বান.হৈবী বাল.হৈব নংবু তাইগে, হে লাইনিংথৌ
নদাইরেম, থুন.শং ( ) নম্রগা চাওব/চাওবী অসিগী
মোংব মন্নান.য়াইদ, তাথিব সোইনাইব তিম্বুং লাইথুং
কোক.চিক, ওইরং, পূক.চং ইকাই বানা ওৌদোং
অরুম.-খুল্লাই, ফুগ্রী-ফুরাং, অথিন, অয়েক, অপাং অনোম
পুম্নমকপু হাওরে খানা পাংবরোম.দ হোইদ তাংথবিহুন
খৈনিরম.ও হে লাইনিংথৌ তাইবিরম্মু
তুরেন, তোরৈ মতুং ইম্না ইরিক, কোন.গোন, তাওবগুম,
হোইথ থাংথখিহুন খানা চাওব বাংব্রেন.গী কংলৈ মম্নমাংদ
পাম্ব কৈরেন, অঙৌব মপি মচান মখা ফাক্ল
ভাইজরিব অহুদ ফত্ত হাওথি পুম্নমক, অহুবু
মথিক, মখা থন্ন পাম্ব য়াথোংদ বাইথুং ওরসনে।
পাম্ব কৈথোক, লেম্বীগী মপারি, চামরিবন মান চানখিসনো
পাথ চোথব অহুন লম.লেন, সুগুম্ন ইরাইতা
থোংনাং মোংবী চীংমুংহুং "হুংতংভান" কান.ব মরম.থৈ

থা লৈথৈ পাংন হোইদ তাংথবিরম্ম, হে লাইনিংথৌ।
অকব মুংতাইব কপ,য়াংব তাংয়াংব, নমু পোংলাই তাদব
কাওয়েন, মরাই তাদব, কুরাও কাম বাং, নমু পোংন হেন,বু
অরাং লৈন পাংন হোইগৎপীয়ু নদাইরেম,
( খুন,গং ) চাওবা/চাওবী
নম্ম হেবুংথৌ অসিগী মোংব মরাংয়াই অসিবু অরাং কৌক্র
অম্মগী কংলে মম্মাংদ লাংগোই সামু অভৌব
মালেম, লৈপুরুবী লৈরাই কাংওইরেম্বী সান
মচা লৈতংলেন, অহন,বু কোয়ৌ মুমিং খুদিংগী
মনাতেম সিংন নাম কোন,বগুম, কোল,বিরম,মো
কাওরেন, সন, সেন,বগুম, অয়ুক, ওম কোম্বাবিয়ু
মুমিদাং ওন কোন,সিন,বিয়ু থোইজি খাদ নাওম্মবীযু
হয়ি চাম্ম হায়া হে,
হায়া ভাম্ম হয়ি ও
হয়ি হয়ি হয়া হয়া
হয়ুম, হয়ুম, হায়ন
কোন, সলম,লগে ।। × ।।

অতাইরোঙ্গ মিংথৈ অসি ঈরাৎপগী অরোইবদ তাইনরম্ব বাহৈবু অতাইরোন কৌই। পিরিব মিংথৈসি থৌনিগী অরোইবদ সোনগনি।

---

# ঈরাৎফু লাৎপগী পাউতাক্ থরা

ঈরাংফু লাংপ –

মালেম থক্তা বাম পাকসগি ময়েক য়েকনি লাইতিনকোম পাকস নহাল থোইয়ুমসিংন মালেম লৈসেমদুন সাখিব অদুগী মওং লৌদুন মালেম চিথেক মরি, পরিং লাকদুন সাগনি । য়েক্লিব

প'কল অদুগী ময়াইদ থবাল লৈনা সাহনা মনা ৮ য়েকতুন সাম্নিফ অসি নহাম নোং মালেম সেমগৌদ হয়িগী নিংসা 'থরা'-ন সনাগী থবাল তাংবল সারগ তরং থক লৈথি। অদুগী থবাল অদু সাবনি। মতুদ কৌ হাপ্পগী মওংন, মালেম অসি সাব মতমদা কংখিদনব কংপি কংজাও কংকুপ সিথিয়ে! অদুবু কৌ অদুন মওং লৌরগ সাবনি। চকু অদুদি মালেম লৈপাকী মসক্তি চকু অদুদ হৈনৌ মনা অহুম পুনবগী মওংন কোরৌ খ্বাংচেং ওইখিব সচিক, য়ুহা, চেংভাগী সক্তম্নি। মনা ৫ পুন,বন থরাই ৫ গী মিয়েন লাংসংনি।

খোইয়ুম লাইন প'খদি মালেম সেংগী খৌরমবু পাম্মী পাকসগী চিরা মরিদ চুক য়ুংলিব অসিদি মালেম অসি সেম্নকপদ কাইদনব হায়দুন খোইয়ুম মরিমক্কা চুক ওইন ভাকখি; মতুগী সক্তম লৌদুন চিরা মরিদ য়ুংলিব চুক্কে। চুক অসিগী মমিংবু ঐখোয়ন চুকচিরা কৌই। মসিগী মওং অসি হয়িগী লিনথুপ্তগী পুখোকতুন মালেম কাথিব অদুনি। চুক অদুগী অকোইবদ লাংন ৭ নত্রগা ৯ লক কোইন য়েংকনি। লৈরোন ৭ নোংলোন ৭ লৈরোন.৯ নোংলোন ৯ গী মিয়েন লাংশংনি অদুদি।

লং অদু য়েংপগী মওংদি ঈরাংফুদ হান্ন লংজিন অমা থাদরে', অদুগ লং অদু কৌক্রবগী উথা য়েঙুন য়েং ওইনন হায়বদি য়েংন লৈদুন কোইববুনি। অরোইবগী লংজিন অদু কৌক্র চুক্তা য়েংপা লোইগনি। অহৌবগী লংজিনগ অরোইবগী লংজিনগ অনি অদু পুন্না ঈরাংফু সক্তগী ময়াইদা থাদগনি। লং অদু থরাই মিয়েন লাংসংনি হায়ন খনগনি।

চিথেক মরিদ য়ুংলিব চুক মরি অদুগী লাইগী মমিংনা মথাদ ভাকলি।
১। সম্বোং-পুব লাইদি-"লৈহিং কোনিজরেন" কৌই॥
২। মৈরম-পুব লাইদি-"লাইয়িংথৌ কোনসৌরেন" কৌই॥

৩। চিংথৈ-পুব লাইদি-"থোইয়ুম, লাংবুম, অপুম্বা কৌই ।।
৪। কৌক্র-পুব লাইদি-"থোইয়ুম, অচিব" হায়না কৌই ।।

হৈনফু অহুগী মঙ্গুংদ কা ১, মনা ১ লকোই ১ হাপকনি অম্বন মালেম নোংবুমনি। হয়ি-হয়া অনিমকপু নিংনা-লায়নে। মীওোম্দ পিক্লহল্লে। ঈরাংফুদ ঈশিং ৭ লক হৈগনি, মহুদি তেংবানব মপুগী উনাকাই মুংদ (খুন্দা) হয়িন উং লাওনা ভুংবদ থয়াং-ভগী কোঙ্গোল ওইনা তারকই, য়েং লাওবদ লাইজ ওইনা মালেমদ ঈরম তারেং (৭) হৈখি। লাইজ ইকৌয়োন তঙ্খনি। মথকী থৌরমশিং অসিবু "কো হক চক" লোইরকপ "থোই-হক চক" হৌরকপ মতমদ কংলা সংকুপলৈ মখোংদ অতিয়ান মপারি-অসিব, কোনজিংতি, নপ রি থনিংক্রু নহুন নোংক-হক" চকত মপু মাগী থমোই মুংদগী চিংথোকখিব লোইয়িন সিরেন পুম্নমকপু তাইবংগী লাম ময়দাং ওইনৌ হায়না তাকপি তম্বীরমই অসুম্ব ভসি কাওবদ থৌনিরোল থুদিংমক কাইদনা চৎনরক্নি।

## ঈরাংফু লাংপগী পো লম,

হনৌ মনা নত্রগ তাইরেন মনা, নত্রগা অধুম্ব হৈ-রাগী মনা ওইরনম্ব অহুম তং পয়া অমদ পরেং লেংলগ চফু অহুগী মঙক্র পুন্সিনগনি মহুদ কা মচান থোকপা অমা, মনা অমা, লকোই অমা। কৌ তাংগ্রা অমা, চুকচি মরিগী চুকচিবা মরি, য়াম, সেন্দাই (অকৎসেন) অনি লাইফি অনি, লং অহিংব, চেং হৈ থোইদিং অমুব, তিংথৌ মতোন, হৈরুক পানা ২/২ মেক্রক, থকথন অমা তাইরেল পুংকাই অসিনচিংব কয়া অসিনা" সিমরি উনংলেন সেমহুন ঈরাংফু লাংপগী থৌরম অসি পাংথোকনি।

নিংশিংগদব অমন-ঈরাংফু লাংপগী চুকচিবা মরি (৪) য়ুংবদ বা মহু মথৈ মকোক ওংহ্কহৈদে। বাগী মতাং মকোকলোম থংবন

মালেমদ য়ুংগনি; মতোন:লাম থংবন কোরো পাংগনি। বা পাম্বীনা মালেমদ হৌজবগী ফিভমদগী থুগায়হ্নন ঐখোয়ন তা-নিং তামাং ওহ্মাক্নন খোয়মশিংদ সিজিন্নরবদি নামুংঙি। চুকচিবাগী মতোন্দ হেনৌ মনা য়েপ্পদসু লপ থেকচিন্নরগ মপান্দন লোংন উহনগনি ॥

## হৈকৎ লৈকৎকী মওং :—

তাইবঙ, পানবগী মপু চৌংঙ্ য়াইবিরেন সিদবী অনিদ মীওইব ঐখোয়ন হৈ অমতং, লৈ অমতং কৎচগে হায়হ্নন হৈসেম লৈসেমহ্নন মহুগীদমক্ত হৈথা-লৈথা, অমসুং লা-থাবগী মওংসিং মথংগী অসুন্ন তৌগনি। লা অহু লোং থাহ্নন সেমলগ মপুদ নোঙ্কু কংচগনি। ল অহু থাব মতমদ লাগী লাবোন মতোম লাইগী মমাংদ ওনসিনগনি। হায়বদি "ফম্বাল-তাংবল' লোমদ মতোন অহু ওনসিন্দুন লোং থাগনি মহুগী মথক্ত হৈ-লৈনচিংব হাপহ্নন কৎচগনি।

"হৈগী-লুক"-হৈলুক কৎপ, হৈলুক সেম্বদ চু তাংকরু তংখাই খাইদোকহ্নন সেম্নবদি চু তংখাই অহু লোংন হাপহ্নন সেমগদবনি অসুম তংখাই খাইব পোং খুদিংমক লোংন লোংন হাপ্পুন সেমগদবনি। লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনিগী মসক তাকহ্নন কৎপ হৈথা লৈথাদদি লোংন থাব লা-হৈ অসিন লাইরেম্বীনি; অহুগা উপ্প থাব হৈথা-লৈথান লাইনিংথৌনি হায়ন থংগনি।

ফম্বালদ হৈ-ক্বা কৎপগী মতাংদসু ফম্বালগী মাইওন য়েৎ-খংবরোমদ হৈ কংকনি। ওইরোম থংবদন ক্বা কৎকনি লাইগী য়েৎত', থাংমৈ, লাইগী ওইদ মেক্রুক কৎকনি। অথেনপোৎ সেম্ব মতমদসু লফোই লফাং চংথোকপ হাপ্পদ লোংন হাপকনি, উপশিন্দুন হাপ্প য়াদে অনম অহা চুই। অসিগুম্বা মাংলেম

চংকী চংন পথাপ অমি য়েংহন চংকদবনি। ইপা-ইপুগী লিক্লম কাইফদে লিক্লম অমি কাইরবদি নামুংঙি থংও ॥

ঐখোইন খোইয়ুম লাইবু ঈরাং থৌনি, লাইমিং চংলকপ মতমদ ঐখোয়গী "য়েংত চংগনি" লাইগীদি ওইনি । লাইগী ওইদি-ইমালেল, সিদবানি, ইমালেল, সিদবান তাইবং ঐখোইবু লমজিং হনাও সাবিহন্ন তাইবং মপুবু তাকপিগনি । ইমালেলন তাকতনদি মপুগী মতিক ময়াইবু ঐখোইন-থংব ওমদে, মরম অহুননি ঐখোইন ইমালেল,দ হান্ন চংজরিব অমি। ইমালেল,ন তাক্লগত তাইবং মপুগী মসকু থংগনি

---

# ইরাৎফু লাংপ



ক্ষিদা সেংনব মিংথৈ :—

হে চীংঙু, খোইয়ুম, লাইয়িংথৌ
মালেম, ত'ইবং পান,বগী মপুও!
মালেম্বু, পৃবিরিব মালেম, ইমা লৈমরেন,সু
চীংঙু সিদববু পৃরিবি ইমাগী তম্পাক্ক
ক্ষ্বাল, ফক, থারগ থাম্মোই লাইয়ুম, চেংন
খোইয়ুম, লাইগী ঈরাং থৌনিজ্জগে

## ঈরাৎফু লাৎপগী পাণ্ডাক, খল্লঃ—

প ক্লিং সেল্লোং নিক্তন নদাইরেম্ব, পুবিয়ু
ফম,ফম, লাংবু সেংজরবনে
হাউং-হায়েং ।।×।।

লাই খুরুম্বদ ফমগদৌরিব ফিদা অদুদ তাইরেন মনা পাইদুন লাইজ খিকলেন চাইদুন সেংদোকনি । ফিদা অদু খুৎন সোক-তুন লাইশক্ত (৩) অহমলক কৎলগ ফমগদবনি । ফম্রব মতুংদ খুবাক্ত ঈশিং ৩ লক লৌদুন হাপলগ খুৎসা সেংদোকনি ।।

## মাইকৈ তাইবঃ—

নোংদোন, লাইশ্বরা ৭ লাই পাখং ৯ য়াখম,
লোই ৮ থেবয়োন, সলাই ৯ লৈথক, লৈথা ।।
থাদ থান চাওব, বাংত্রেন, । লোক্লিংথৌ
অরাংদ সোরায়েন,। নোংপোক্ত অচিব ।।
নোংচুপ্ত-থেংক্রুং অহন,ব । থাংজিং মার্জিং ।।
বাংত্রেন, ।। কৌব্রু ।। পোইরৈ সিংথাই ৬১- ।।
উমংলাই সয়োই ৬১ ।। ঙসি য়াইফ থৌনিজব অসি
অকাই অত্তোই ঙাকপিয়ু মাইকৈ ১০ মক,পু তাইজরি ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈয়েন অসি থৌনি খুদিংমক্কী অহানবমক্কদ খুদোন-বিন, মাইকৈ ১০ মক, কাপথোকতুন তাইগনি । অদুগ ইরাৎ ঈসোনগনি ।।

## ঈকৌরোল, লাইমিংঃ—

হে লাইজ লুন লান সেংলবা,
অতিয়া সিদবন উং হায়ন ঙংবদ
অতিয়া থয়াৎতগী কোঙেল, ওইন থোক্লগ ।

য়েং হাইন ভংবদ লাইজ ঈসিং ওইররবি,
ইরাই লৈম, ইখোরল, নামুংব, নামুংবী
তাইবঙ, পানববু য়োক, পীনবগীদমক, মালেম, দ
খোংলম, তরেৎ খোরু লৈখিবী লাইরেম,
কোলৌহাইদ-বাংগুখোং, কৌব্রুখোং, চীংকোই-খোং,
খাক্পঙ্গী, নুরাংঈ, চকপঙ্গী,-বাইখুরেম্বী;
খোংলম, তরেৎ খোরু লৈত্নিন তাইবঙ, বু য়োক, পিরিবী
ইথু সিদবগী খৌনিগী কৌজরি 'থাংকোই' খোংসান, বিরক, ও
হা-উং হায়েং-।।×।।

ঈসিং হাপ্প কোন, অহুদ, লৈ, অন্না থাদৌ, মখুৎ, অনিন কোন, গী
মপান্দ পাইহন, মথক, চিংখে, অসি সোনগনি।

অহুগ তাইরেল, পংফাই পাইদুম নুরেন, থক্তগী খিক, থ-
রকউ নাহে নাসেংলোল, লাইমিং সোন্দুম।।×।।

কোরৌ লৌন, সও প রম, তাইজিক, ও (আচমন,) তৌবগী
মওংদি-নাতৌব্র, নিংসা (স্বর) গী খোংচৎ সেম সাগনি। য়েৎকি
খুৎপিন নাতৌন ওইদ মেন্নগ, য়েৎত নিংসা (স্বর) অহু উং হায়ন
চিংসিনকনি, অহুগ অমুক য়েৎত মেন্নগ ওইদ হুং হায়ন 'থাদোক-
কনি। মহুগী মতুংদ অমুক য়েৎলোমদ হয়া হায়ন চীংলগ,-
ওইদ হুম্নি হায়ন 'থাদোকনি,-ওইদ হ-র-স হায়ন চীংসিনগনি,
অস্নুম 'অহুমক তৌগনি।

খুৎপি মরুন চিনবাদ মথক মথাদ অহুমলক সোকও,-। খুৎপি
খুদোমবীন নাতোন নাকচি অনি, ওম ওম অহুমক সোকও। খুৎ-
পিগ খুৎয়াইগন-ক্ষিৎচি অনিদ অহুমক সোকও,। খুৎপি খুৎনিং-
থৌগন নাগী নাকুচি অনি অহুদ অহুমলক সোকউ, খুৎপি খুৎনাও-
বিন কেংদোন অনিদ অহুমলক সোকও, খুৎপিগ 'খুৎনাওবীগ

খোইদৌ সোকও, খজিনখঙ্গাল সোকও, লবাইদ সোকও, অস্নুম তৌরগ ঐগী ইসা অসি মৈগী পম্না কোইরবনি হায়রুন য়েৎকী খুকউ-দগী হৌদুন খুরাক্ত ঈসিং খর হাথুন য়েৎংইনন কোইসিনগনি। অমুকস্নু খুবাক্ত ঈসিং খর হাপ্লগ লুয়েনখক্ত চাইখৎথিগনি। অস্নুমা তৌরগ থমোই লাইথমদ ঈরাৎ থৌনিগদব চীংগু, লাইবু য়েংহুম পুক্লিং চেৎন লাকসিনগনি। হৈ-লৈন চিংব তাইরেম সেংদোক হাইদোকনি॥

## ঈরাৎফু লাৎপগী মিংথৈ :-

কুম্সি চহি অসিগী লোইদাম্ (সজিবু) থাকগী
মাক্মৈ (মঙানি) পান্ব ঙসি কোরৌ সগোল্সেন্,
মুমিংকী য়াইফ পুংকম, অসিদ কংলৈ সনা লৈময়োন্গী
য়েক, সলাই (খুমন্) দা পোক্চরক্প নদাইরেম,
(চাওব) কৌবন চীংগু খোইয়ুম, লাই পুম্নমকপু
ঈরাৎ থৌনিজগে হায়ন লাইখোং ভরেংকী
খোংলম ভরেংমক্পু খুৎকাং চেৎন লোন্জদুন
লাইজ ইকৌ তম্জরিয়ে তম্নং ইহুন, তম্
ঈরেন পুংদ তুংবিয়ো। হাউং-হায়েং ॥×॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্ব লোইয়গ ঐথোয়না খুৎকাং তরা লোন্দুন পুক্লিং চংন লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীবু নোংকনি॥

## ঈকৌরোল্ :-

হাউং তম্নং ইমরু সেংথোইবী। কোংব পুম্সাইখোং
কুম্সুখোং, ময়াইখোং। চীংগোই। মুংজেং। ঙুংথোং
মুংনাওবী ঈরম, খোংলম, ভরেংমরু অমত ওইন
ঈরেন্পুং অসিদ থুংন তুংবিয়ো। হাউং-হায়েং ॥×॥

নাহৈফুগী ঈসিং অহুন "ঈরাংফু" অহুদ তয়েংলক হৈগনি।
খুংকাং তরা লোন্দুন নোল্ল্কু থুরুমগনি ॥

উংসন, তরং-নোংসন, ঙাং তরং
সন,-নোংসন হাউং-হায়েং ॥ × ॥

লৈফু অহুদ চেং লৈনচিংব চীংঙু মপুরেন সিদববু পুক্লিংদা চিংসিন্দন কংকনি। ঈরিক কনগন্না ঈসিং কন্দুন ঈরাংফুদ কংকনি ॥

## হিম্নকু যাইমকু মিংথৈরেন :—

হে তাইবঙ, পান,বগী মপু অন,জি কৌব
মপু নকোরু স র-হ, ন ওইব;
র — হ স, ন নথবাক ওইব।
হ-স-ব ন নমৈ মৈতোন, ওইবা ॥
হ — র — স ন নমৈবু নয়ান চিক্লা কংলৈ কৌবও
হয়ি কৌন অচং চংত পুম্নমকী মপু ওইব
ঙাং-হিং কৌন তাইবঙ, পান,বগী
লাংঙোন, ওইন সানরিব চীংঙু নংবু
তাইগে কুবিয়ু হা-উং-হায়েং। × ॥

অম্মম সোম্দুন ঈরাংফু অহুদ চেং-লৈ কংকনি। ঈরিক কনগন্ন ঈশিং ঈরিক কন্দুন কংকনি ॥

## কোয়ো মালেম লৈতাইব :—

উং মালেম, লৈহন,বী তফা হৈকোই চন্নু
লৈপী তোমসেন, লৈনপ,কা লৈহিংনপ,
য়োইবু থোইমোম লাইরৈমা ঈরাং থৌনিজব
থৌরম, থৌনি অসে, কাইহনবীদনব
থোইমোম, নখোং খাদা চেং লৈনচিংব কংচরি
হাউং হায়েং ॥ × ॥

মিংথৈ অসি সোন্দুন ঈরাৎফুদ চেং লৈনচিংব হাপ্তুনা কৎকনি। ঈরিক কনগর ঈসিং কন্দুন কৎকনি।

## নোংফুরেন তাইব :—

হে খোইরুম লাইয়িংখো কোইরো নোংলোনগী
অরাং পাখং য়োইরেনব থংব নোংনিংথো
অতাম্ব অতিংঙা খোইখোইব, সরাং নোংফুরেন।
ঈরাৎ থৌনিসিবু কাইহনবীগনো তিল, লৈরগনো
লাই লৈরগনো হাইন সিংভেন, লৈরাং
লৈহন তমজরি, হাউং-হায়েং কুবিয়ু ॥ x ॥

চেং লৈ থর পায়থংতুন মথকা মিংথৈ অসি সোনগনি, সোনব লোইরগ, নোংপোক চীংথৈদ, তাংগ্রা লা অমদ, হাপ্তুনা কৎকনি। চীংঙু লাই হরাওরবদি-খাইয়ুম লাই পুমমক তিল্লে। হৈকং লৈকং, তমত্তুন নাওথম নাওমুনগনি। লাই সরোইনচিংব কাসা হৈকং লৈকং তম্ব কৌই ॥

## তাইবং মপু থৌনিজব .—

হে লাইয়িংথো!
নহান নোংমগী অনজি সিদবদগী
লাংওন লাকপ হয়ি লাইমরু সিদব
হয়ি চকভৈদ লৈমুং কোনজিরেল কৌব
হয়া চকভৈদ থুমুং লোনজা অরিব কৌব
থুমুং চকভৈদ লোলাং পাখংব কৌব
কোম্ন চকভৈদ নোংদা লাইরেন পাখংব কৌব
কো সনা মপুরেন কোরৌ মালেম লৈহৌব
লাইয়িংথো নদাইরেম্ন ঈরাৎ থৌনিজব

মপুগী ভাংলো খাদ চেং লৈ কংচরি
হাউং—হায়েং কুবিও ।। × ।।
অসুম মিংথৈ অসি লোল্লগ চেং-লৈ ঈম্নাংফুদ কংকনি । ইরিক কনগম লাইক্ত ঈসিং কম্দুন কংকনি ।।

## মালেম, মীংথৈ :—

উং মালেম, লৈহিংবী, সেক্লিং য়াকম, কানা
উন.বী পুক্লিং তম্নবী, তাইবং হিথাংকম, ওইরিবী
সনা ইয়েপ.কু মসক, ওইরিবী, উং লৈহিংম্নু লৈনপ.ফা
ইমাবু থোনিজরি হাউং-হায়েং কুবিয়ু ।। × ।।
ঈম্নাংফু মহু খুং অনিন সোকনি । লৈ-মনা অমা ঈম্নাংফুদ হাপ্তুন কংকনি ।

উং সজিক, চেংভ, য়ুহা; খোইয়ুম, অহুম্মক,
কোরৌ থক্তা কোরৌ মালেম, কাইদনব
ফুংগা লোংচুম, সাম ভাক.পিরিব
খোইয়ুম, অহুম্মক-পু সেম্ন জরিয়ে
হাউং-হায়েং কুবিয়ু ।। × ।।
ঈম্নাংফুগী মগুকসমদ কোইরিব কোরৌ খাংজেং ওইরিব হৈনৌ মনাদ খুং অনিন সোকনি, অহুম্ লৈ অহু খর লৌরগা ঈম্নাংফুদ কংকনি । ইরিক কনগম লাইজ ঈসিং কম্দুন ঈম্নাংফুদ কংকনি ।

উং হুং!
সিদব মালেম, কাইদনব মালেম.গী থাকম, ওইরিব
কংবী কংজাও কংকুপ.লেন, সিদব নংবু সেমজরি ।
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

ঈরাংফু মখাদা ফৌ থারিব অহুদ খুৎন অমুক সোকনি, চেং-লৈ ঈরাংফুদ কংকনি, ইরিক কনগম লাইজ ঈশিং কন্দুন কৎকনি ।।

## মালেম তাইব :--

উং মালেম, লৈহিংবী
তম্ফা হৈকোই চম
সেক্লিং য়াকম, ফান
উনবী পুক্লিং তপলবী
তাইবং হিথাংফম, ওইব
সন ইরেপফু ফম্ব ল, ওইরিবী
লৈহি মু লৈনপফা নংবু
ঈরাং থৌনিজরি ।।

অমুম সোংগ চাং লৈ ঈরাংফু অহুদ কৎকনি খুৎফাং তর লোন্দুন পুবগনি ।। X ।।

## কোবৌ তাইব :—

উং কোবরৌ নোংলন,গী অরাং পাথং য়েংইরেম্ব
থংব নোংনিংথৌ কোন,খৈরেন, অতাংম্ব
অতিংঙা খোইখোইব লাইয়িংথৌ
খোইয়ুম লাইরুপ, লুচিংব
ঈরাং ফম্বাল, লাংদ
য়াংগোই খোংসান,বিরক,ও
হ,উং-হায়েং কুবিয়ু ।। X ।।

ইরাংফুদ চেং-লৈলনতিংব চীঙ্ মপুরেন সিদববু পুরিংদ চিংসিন্দুন কংকনি, খুংফাং তরা লোন্দুন নোম্কনি ।। X ।।

## মালং তাইব : -

উং মালং মু-সিং অপাইব
খমগোল, অয়াংব, তাইবং, থবাই মপুরেন,

য়াই,বিরেন, সিদবও, তাইবঙ, থৈবিক,পু
নিসা হোন্দন, তেংবান,ব সিন,ব থুংন
নাওয়োক,লিব সো খ্রিদব, য়াংগোই খোংদোইরক্লুন
ইরাৎফুদ ঙান,থোইবিরয়ো হাউং-হায়েং ।।×।।
ঈরাৎফুদ চেং-লৈ, লাইজ ঈসিং কন্দুন কৎকনি ।।×।।

## লাইচ ইশিং তাইব :

উং লাইজ ঈফুৎথোক লোইয়াব
তরং লাইজ অরুব অপক, মসিং খিবিকী
লুন-লান সেংলিব, অরুব অপানব
মিরিংথিং লোইয়াব সিদব য়াংগোইরক্লুন
ঈরাৎফুদ তুংবিরয়ো হ উং-হায়েং । ×।।
ঈরাৎফুদ চেং-লৈ লাইজ ঈরিক লোইনন কৎকনি ।।×।।

## খাম্বী মৈ তাইব :

উং অপান,ব খাম্বী মৈত্রেং অরাব
নতিক, নয়াই অরুব নঙান, অথোইববু
সিংথা থম,দোন, ঙমদব লাইয়িংথৌ
উং হিং-সন তরং হো সিদব
থোংসান,বিরক্ল,ন ঈরাৎ ফম্বাল, লাংদ
ঙাম্হোইবিরয়ো হাউং হায়েং ।। ×।।
চৌংঙ, মপ,রেন সিদববু নিংসংদুন চেং-লৈ ঈরাৎফ,দ হাপতুন কৎকনি। থুংফাং তরা লোন্দুন প,ক্লিং চেৎন নোক,কনি ।।×।

## চৌঙ, মতিক, ময়াই : -

উং হয়িং হয়া হে;
হে চৌংঙ, খোইয়ুম লাইনিংথৌ

হা খোইয়ুম, য়াইবী য়েঙ্গৌঙৈগী
অমম, নৈসা হল্লক,প লাইনিংথৌ
য়াইবী উংথি হুম, ওইন
খেরে মুংনাং তেশুপ,হৌ
পুইতিংঙ্ নোংথাং তরংলেন,
তরং লাইজ ঈ অপোক্প ।।
চীংঙ্ লিন্তাও তাওবী ইরোইনাই
লাইরেন, তাওরোইনাই মুংউ সিদব
মুংকাং মাহারাব, য়াইবী মুংঙৌ পিমব
চীংঙ্ ইবুংঙো নহাকী কোরৌ নোংথৌরেন
মুংনাং কাওথং কোন্দ মাসং মুংসিং সিদবন
তোংলেন তপ্প সিংল কুপদ
লাংবন, থোইমু খোন্দান,ব খোঙ্গেম
উং হায়ন ঙংবদ, ময়েক্ থোক্ল
মি-সেম্পোং কাইবী মঙুম্মুং
পরিং লাংসং হন্লক্প লাইয়িংথৌ।
চীংঙ্ ঈবুংঙো নহাকী
কোরৌ নোংথৌরেন্দ উকা মাইথোং য়াম্র
কোরৌ নোংহৌরক্প লাইয়িংথৌ ।

খোইয়ুম, সনা খুয়ারেন,
ঙাংলৌ থম্বাল, অনিমক্ক
তয়ুম, তাংজ ইকোক, কৎন
খুৎকাং চেপ্পা পুনেম,জরি ।।

বাহৈসিং অসি সোন্দুন নৈনচিংব ইয়াৎফুদ কৎকনি ।।

চীংঙ্ য়াইবিরেন সিদব

হে-লিক্লাই ইবুংঙো
কংলা নোংলৈ য়াংগী
সন্‌চীং ফম্বাল্‌ ওইরীব
সিদব মপুন চিংব
থোইয়ুম্‌ লাইয়াম্‌ খিবিক্‌পু
লৈরাং লৈহুন্‌ ভম
লাইজ ইরিক্‌ সেংথোইবন
চীংডু মিংথৈ সোন্দুন
ঈরাৎ পুনেম্‌জরকে
তাইজগে কুবিয়ু হ উং-হায়েং । × ।

রাহৈসিং অসি হায়রগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈ কৎকনি । ইরিক কনগন্ন লাইজ ঈসিং কন্দ্রন ঈর'ৎফুদ কৎকুনি ।।

লাইয়িংথৌ অসিবন লৈপাক্ত
অহানব থোক্‌চৈগী মিংথৈদি
লৈরংলেন্‌ লৈতক্‌প কৌই ।।
লাইয়িংথৌবু তাইচিক্কে হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংর কৎকনি ।

## মায়কৈ তাইব :

মাইকৈ চিথেক ৪ দা লৈপাক্‌ ঙাক্‌পদি

১। পিসাতাওন-নোংচুপ্‌ ঙাক্‌ই ।।
২। করিন-খারম্‌ ঙাক্‌ই ।।
৩। করান-নোংপোক্‌ ঙাকই ।
৪। নোংদম্‌খুবন-অরাং ঙাক্‌ই ।।

খে'ইয়ুম্‌ মাইকৈ ঙাক্‌প মরিবু
তাইজিক্কে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।

রাহৈ অসি হায়রগ ঈরাৎফুগী অকোইব মাইকৈ মরিদ চেং-লৈ কৎকনি । লাইজ ইরিক কৎকনি ।।

খোইয়ুম, লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবন
উয়ুংগী মথক্ত কম্, লিভৈগী মিংথৈদি
সংকুরেন, সংকুসং, কৌয়ে ।
মিংথৈদি লিক্লাই সিদব কৌয়ে ।।×।।

মথক্তী মিংথৈসিংসি সোক্লগ ঈরাৎফুগী ময়াইদ চেং-লৈ কৎকনি ।।

লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবগ
অসিবগ তান্নরুন খোইয়ুম,
য়ুহানে, থাবানে, চেংঙানে
য়ুচেংনে মরি পোক্লে ।

১। য়ুহান চিংগৈ ঙাক্লে ।।
২ য়ুচংন মৈরম্ ঙাকলে ।।
৩। থবান মোইরাংলাইক্লি ঙাক্লে ।।
৪। চেংঙান মুংসিৎলম্ ঙাক্লে ।
মাইকৈ চিথেক্ মরি ঙাক্লিব ।
খোইয়ুম্ লাই মরিবু ইরাৎ পুনেমজরি
মাইকৈ ৮ ঙাক্লুন লৈপাক্ সেম্ব লোইবে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।×।।

মথক্তী মিংথৈ অসি হায়রগ মাইকৈ ৪ হাইবদি-চীংথৈ, মৈরম্, মোইরাংলাইচি, কৌক্রু চুকথোংদ চেং-লৈ কৎকনি । লাইজ ঈসিং কৎকনি ।

কারনগী ময়াইদ লাইয়িংথৌ অসিবন
ঙান্তুরেং কৌনা উয়ুং ওইন য়ুংলে ।
অতিয়া সিদবন উবংগী মথক্ত
কাগু্ ওইন লেংলে মিংথৈদি
লৈতুরেং নোংতুরেং কৌয়ে তাইজিবে
কুবিয়ু-কুবিবে, হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈরেন অসি সোল্লগ ইরাৎফুদ চেং-লৈ কৎকনি ।
লাইজ ঈসিং কৎকনি ।।

## পরিং লাংসং মিংথৈ

পরিং লাংসং হল্লে ।
১। নোংয়াই মরি ওন,বনে ।
২। চাওর মপান, থিবনে ।
৩। চাওর মপান, থাবনে ।
৪। চাওর মপান, মানে ।
পরিং অমরক, থারে ।
খোইয়ুম, মরিমক,পু ।
তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎফুগী চুকচি মরিগী চুকখোংদ হাইবদি-থাংজিং, রাংরেন, মাজিং, কৌব্রুদ চেং লৈ কৎকনি । ইরিক কনগম্ম লাইজ ঈসিং কন্দুনা চুকখোং ৪ দা কৎকনি ।।

## পরিং ডাকপ

নোংপোকত-নোংসা তাওন ডাকই ।
নোংচুপ্প-লৈখোম, তাওন ডাক,ই ।
অরাংদ-নোংখোং তাওন ডাক,ই ।
মথাদ-লৈসা তাওন ডাকই ।
পরিং ডাক,লিব খোইয়ুম,মরিমক,পু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউ হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মাইকৈ মরিদ চেং-লৈ কৎকনি ।।
খুংকাং তরা লোন্দুনা নোল্লুকনি ।

খোইয়ুম লাই মরিন ঙাক্‌তুন
মাইকৈ নিপান, সুংদাই ভয়াভরুক,
লাকতুন কেন্‌চৈ কারন, লাক্লে
কাণ্ড্‌ হুইরেন, থারে সেন্‌দরে
কা কুং কাকুপ, মফুং কায়ে ।
পাকন্‌সু মপুং কারে ।
লৈরোন, নোংলোন, ৯ সেম্‌লে
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। ৯ ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোয়াগ ঈরাৎফুদ্‌ চেং-লৈ কংকনি । মতাং অসিদ পাকল, পরিং হুন্‌ব লোইরে ।

## পাফল্‌গী মিংথৈ

তিন্‌সং তিন্‌পুক, থাইন য়েৎত্রেব কোয়ে ।
পাফল লিল্‌লা নিংথৌ ত ইজিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং । × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোয়াগ পাফল্‌গী লৈনা ৮ দা চেং-লৈ কংকনি । থুংকাং তরা লোন্দ্‌ন নোল্লুকনি ।।

অতিয়া সিদবন থেঙ্‌বু কোয়ে
পাকন্‌ন ওইরোম্‌দ থেঙ্‌ন য়েৎলোম্‌দ
লৈপাক, পুব থেঙ্‌গী মিংথৈদি
কুরুং তিক্ত থেঙ্‌ লাংনৈ ক্লোরে
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং । × ।

মথক্কী অসুম সোয়াগ পাফল, থক্লা চেং-লৈ কংকনি । পুক্রিং চংন নোল্লুকনি । য়াইফ থৌনিজগনি ।।

## নোংখৌ মরোন

১। তহ্নিংঙাং তরুব ২। পহ্নি ঙাং তরুব।
৩। তুহ্নিংচি তরাংব ৪। তুকুপ লিক্ তরিব।
৫। তুখিং তরিব ৬। ঙাং ত্রুরুক
৭। তুখিং লিক ৮। কুং কুংচি।
৯। তুখিং তরাং পুকঅং হাইন কৌয়ে।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং। X ॥

মথকী মিংখৈ অসি সোল্লগ পাকল কম্বাল থক্ত চেং-লৈ কংকনি।

## অতিয়াগী মিংখৈ

চীংঙ কুরুম, অতিয়া সিদবদ
লৈপাকী মথক্ত খোং কারম্ন
সনা কম্বাল, তোংন কম দংলিঙৈ
উং লৈমিঙাং, লৈসং লৈপিব কৌয়ে ॥

মথকী মিংখৈ অসি সোল্লগ পাকল কম্বাল থক্ত চেং-লৈ কংকনি।

## মালেম, লৈরোল, মিংখৈ

উং মালেম, লৈসনা লৈহনবি
লৈরোন, তরেংতা নোংসাবি,
মালেম, চনিং লৈখৈদ
নতোম, খোক্ল লমহৌরক পি,
লৈরোন, নোংলোন অনিমক্ত
সিন, থুংন লৈরিবী
তাইবঙগী তুঙনক্রম ওইরিবী
পলেম, নহি নয়াইনবু
তাইবঙ, থরায় হিংহললিবি
মপু থুয়া থাগী

সনা তাংবল, ওইরিবী
ঙুংসি ঙুংওন, খিবিকী
মসক,পুদি পুরিবি পলেম,
ঈরাং ফম্বাল, লাংদবু
ঙেংসিন,বিছন ফম,দেংবীয়ু
ঊং ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈহিংমু লৈনপ,ফা সিদবি
থুরুম, লৈপাইজরি কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।X।।

মথকী মিংথৈ অসি সোম্রগ চেং-লৈনচিংব ঈরাংফুদ কংকনি । পুক্লিং চেংন নোম্ন,কনি ।।

## কোরৌ নোংদোন, মিংথৈ

ঊং কোরৌ নোংথোরেল,
ঙুংনাং কাওথং কোন,
অতিংঙা মালং কাকুপ,
মপুং ওইরীবও
খোঙ্গেন, য়াইবি লৈছন, তম,লিব
ঙুমিৎ থান চিংলিব
কৈনৌ থবাই মিচাক, খিবিকী
তোংচেং কুংন পাল,লিব
থকী লাইয়াম, খিবিরু
লৈতেং মপুং ফারিব
ঈরাং ফম্বাল, লাংদবু
মিৎয়েং সান,থৈবিয়ু হায়জরি
নদাইরেম্ম তাইচিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।X।।

মথক্কী মিংথৈ মসি সেম্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কংতুনা থৌনিজগনি ।

## নুংসিংকী মিংথৈ :

উং মালং নুংসিং সিদব
পাংগন, মপা লৈতব তাইবং
লিন.ব থুংলিব তাইবং মপু ।
নতিক্ক মফম, মফম, খুদিংদ
তোংলেন, তপ্প সিংতুন
য়াইবি লৈনম, য়েন্নিব
য়াইবী লৈকোন, সেম.জরি
ইরাৎ ফম্বাল, লাংদবু
নিংথিনবু লাংবিয়ু হায়জরি ।
মিংথৈদি উং য়িং হুং
সংতরেং লৈয়োম্ব স-সিদববু
তাইচিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈসচিংব কংতুন পুক্কিং চেংনা থৌনিজগনি ।।

## ঈসিংগী মিংথৈ

উং ঈফুংথোক, লৈয়াব মিরিংহিং লৈরোম্ব
তরং লাইজ অরুব অপক, মসিং খিবিক্কী
সেংথোই মসক, ওইরিব উ-বা নাপিনচিংব
থৱাই পান.ব খিবিক্কী মহি ময়াই ওইরিব
ঈরাৎ থৌরম, খুদিংদ চীংও লাইগী
ঈতিন.ফম্ব, ওইরিব ঈরাৎ লাইতিন.কোন্দ

তরং লাইজ ইরেন, ওইরিব সিদব
তাইচিকে কুবিয় হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি ।

## নুংশিৎ মিংথৈ

উং চিরি উং চিথোম,
উং চিরাক, উং চিরিং
উং চিতক, উং চিসো।
উং উলরি উং চিখা।
উং চিথুম, মিংলেন, মাপন,বু
কোলোই থান কৌজরি
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি ।।

## মৈগী মিংথৈ

উং মৈমুৎসং উং তরংঙাং
উং ঙান,তুহিং উং ঙানতুঙাং
উং সংতরেং উং কেম,লুবী
উং মৈহিংসং উং মিৎতরং
উং সংলুবি মিংলেন, মাপন,বু
সৈথান কৌজরি হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগা ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংবা কৎহুন থৌনিজগনি ।।

## নাওয়োম, মিংথৈ

উং অং য়েং, উং ঈফু
কেং কল্লাচি উং মকিক,

ওক, কুক, উং ঈং হুং সংতরেং
লিয়োম্ব উং লৈচিন, পুন.চিন
পুৎলেন, লিক্লাপুন, ঈয়োম্ব লৈহিংসং
ঈফুৎথোক, ইয়াব মিরিংহং লোয়াম্ব
মিংলেন, মাপন, কোলোই থানা কৌজরি ॥×॥

মিংখৈসিং অসি সোন্দুন ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি। খুৎকাং তরা লোন্দ্‌ন পুক্লিং চেৎন নোল্লকনি ।

## মাইকৈ লাই থাংজিং মিংখৈ

হে লাইয়িংথৌ লৈহিং কোংচিরেল, কৌব লাই
মালেম.গী সখোংদ কোলোই থাংজিং কোন
চুক্কী মসক, ওইন মালেম-ঙাক.প লাই
খোঁরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাক.পিয়ু
হাউং-হায়েং ॥×॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ থাংজিংগী চুখোংদ চেং লৈনচিংব কৎকনি ।

## মৈরম, চুক্কী মিংখৈ

হে লাইয়িংথৌ কোন.সোরেন, কৌব লাই
মালেম.গী মৈরম.দ, কোলোই খানা চাওব বাংত্রেন
লাংওন্দুন মালেম, ঙাক.লিব হে খোইয়ুম,
থোঁরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাকপিয়ু
চীংঙ্‌ ঙাংলো থাদ লৈরাং লৈকৎচরি ।
হাউং-হায়েং ॥×॥

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ মৈরম.গী চুক.খোংদ চেং লৈনচিংব কৎকনি ।

## মার্জিং চুক্কী মিংথৈ

হে লাইম্নিংথৌ লাংবুম, পুম্মাক
মালেম,গী চৌংথৈ কোলোই মার্জিং কৌন
মালেম, কাইদনবা ঙাক্লিব হে-লাইনিংথৌ
থৌরম, অসিগী অকাই অতোই ঙাক,পিয়ু
চৌংঙ্ ঙাংলো থাদ লৈরাং লৈহন কৎচরি
হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্নগ মার্জিংগী চুক,ৎথাংদ চেং লৈনচিংব কৎতুন থৌনিজগনি ।।

## লিক্লম, চুক্কী মিংথৈ

হে লাইম্নিংথৌ অচিব
লিক্লম, কোলোই কৌক্ক
কৌন লাংওন,লক,প লাই
চুক্কী মসক, ওইন
মালেম, কাইদনব ঙাক্লিব
ঈন্নাৎ থৌরম, অসিগী
অকাই অতোই ঙাক,পীযু
চৌংঙ্ নথোংথাদ
লৈন্নাং লৈহন, কৎচরি
কুবিযু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্নগ লিক্লম চুখোংদ চেং লৈনচিংব কৎকনি ।
ঈন্নিক কনগম্ম লাইজ ঈসিং কন্দুন কৎকনি ।।

## মাইকৈ ১০ তাইবগী মীৎথৈ

হে লাইয়িংথৌ খোইয়ুম, কৌক্র অন্নপ্ন
চীংঙ নোংচুপ, অরিব সম্বোং লাইয়িংথৌ
থাংভা য়ুম্বম হাংদবা কসা লাইওইর
চিংবাংলক্কি পুরৈরোম্ব হে খোইয়ুম,
নোংপোক, মালং হুম, ওইব;
চীংঙ কাইনৌ চীংসোম্ব
থংমাই মার, নিংথৌ, খোইয়ুম, উংজাব চিংমাব ।।
উংলৌরেন লৌথিব লাই, কোরৌ নোংথৌ নোরারেন
থক ওকপ সরাংলাই, থাদ ডাকপ খোংভারেন,
ঈরাং থৌনি অসিগী অকাই অতোই ডাকপিয়ু ঃ
চীংঙ থুয়া থাদ লৈকৎচরি হাউং-হায়েং কুবিয়ু ।। × ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোনগ ঈরাৎফুদ চেং-লৈনচিংব কৎকনি ।। অসিগী মথাদ সোনগদৌরিব মিংথৈরেল, সিং অসিদি ঈরাৎফু অত্থগী মমাংদ থাম্বিব তাংগ্রা লাকোইলা অত্থদ কৎকনি কৈয়ুদদি কৎপ য়াদ্রে তৌহৈদ্রে-হায়বদি লাই মঙা ফমংদংগ্রে । লাই ৫ গী মথক অতোপ্প লাই অমা অমুক লাৎফদ্রে ।।

## মিরেন লাৎসং মিংথৈ

লাইনিংথৌ অতিয়া সিদবন নমু তাইবং
মী সারো হাইরবদ, অসিব লাইয়িংথৌন
করম, তৌনা সাগদবনো হাইন হংলবদ, অতিয়ান
হে পারি অসিব, ঐমী ইমি পাদম, লাক্কুন
তাইবং মিহক, সাগদবনি, হাইব পাওতাক, ফংলবদ
অতিয়াগী মিরেন, তর সারে, হাইভেনে ।
লাইনিংথৌ অপানবগ লাইনিংথৌ মসিমগ

অনিমক্তু নমু তাইবং মীবু সারিঙৈদ
নমু পোংগী সাকোল, সারেপ, কানবা হায়রুন।
অতিয়া মহাক্তগী মখোই মরিন, চিংথোক্রুন
সাকোল, কার্রে হাইবগী মমিং মরি চিং কৌয়ে।
লাইনিংথৌ অতিয়ান সেম্বনি লিই নমু পোং
অমবু পোংনাওতোন হায়রন কৌরে। কোলোই
মিংথোরে। পোংসিবু নিংসা হাপসে হায়রুন
চীংঙ্ অতিয়ান মহাক্তগী করিগ, করাগী
ভরংবগ। ঙাকোংলেনবগ নোংদম্বব খোইয়ুম,
মখোই লাইও পুথোক্কন থবাই হাপলে।
নিংসা হোরে। খোইয়ুম্বও মুক্তা থবাইগী
মপু অতিয়া সিদবগ থবাই ৫ মিগা থান
৬মক, ওইবিরো থবাইগী মপু চীংঙ্ অতিয়া
সিদব মিংলেনদি সংকুসং সংকুরেন, কৌরে।
তাইচিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।+।।

মথকী মিংখৈরেলসিং অসি সোম্নগ ঊরাংফুগী মমাংদ থারিব তাংগ্র
লা অহুদ চেং-লৈনচিংব কংকদবনি ।।×।।

ঈরাংফু লাংপ লোইরে।

# নাওবা নাওপুরকপা থৌরম

পলেল ওইবিনা নাওবা অঙাংঙা নাওপুরকপ অসি লোইদাম
থারেপ মপুং ৩ সুবকপদ নাওবা অহুগী য়াইকনব নাহৈরোন
অংকোকলোন সোনবিগনি। সোনবগী মতমদি, লোইদাম থারেপ
মপুং ৫ কারকপদ অমুক। থারেপ ৭ তা অমুক। থা ৯ মপুং
কারকপদদি কোকথোক চামথোকপগী থৌমিরোন ভৌবিগনি।

পোৎচংদি—

অপুম্ব' পোৎলম ৫ হাইবদি-সংগোম, ঘী, চুহি, থোইহি, লফোই, হৈরুক ১ পানা ১ মেক্রুক থাংমৈ ; লৈ অঙৌবা কুন্দো পরেং ১ ঈশিং চফু অথনব ১ মুপী অতুগ চপ মাপ্পন বাংব য়েন্দৌ মকক অমা ।

থৌনির্বাদ—

থা ৯ সুরকপদ মাংগোল ময়াইদ থৌনিবিগনি, থৌনিব মতমদা মসাগ লৈ-পরেং অতু সিবিয়ু । অতুগ লৈপরেং অতু লৌথোক্লগ মমাংদ থিক্লিব ঈসিং চফু অতুদ মমি য়েংলগ চফু মঙক্ত হুকচিল্লু ।

মাহৈহি—হে ইভা লোইনবী ইমিরেন, ঐগী লাংকম,
অংতক, অকাই পুম্নমক, নংঙোন্দ সিন্নরবনি ।
ঐদি থিক,সেং, থাংসেংজরে হাইগনি ।। ৪ ।।

অতুগ মাগী নিপান থেং ক্রিন্দ য়েন্দৌ অতু পাইরগ মথোং কাক-তে কতুন লেপকনি । মুপী অতুন ইমুংলোমদ, কেকু, হাইন নিপা অতুগী করাং লিৎতুনা ইমুং চংথিনি । নিপা অতুন-কোং-কোং, হায়ন থুমগনি । মুপি অতু অমুক ম ই নোংপোক ওন্দুন মুমাং ময়াঈদ লে হম্লগ ওনাইগী ঈশিং চফু অতু মকোক্লগা হৈথৌ অতুগ চফু অতু লৈপাক্ত থাতুন য়েথাইয়ু । চফু কাইত্রবদি সেল্লো, সেংন ঈরু সান্দেউ । অসিবু কোকথোক চামথোকপ থৌনি কৌই ।। নাহৈ-রোন অকোকলোন উসিল্লা চিংব তৌতুন কোকথোক চামথোক-পিরবদি অকাই অতোই থোকপ হৌনদে ।

তায়মত, মী পোক,পদি লোইদাম থাজ তম্লানিথোঈদ পোকই থাজ ২ ইপমে, ইপল পম্বৌ কৌই । ইপারমে ইপা কৌই ।

ই·প:ৱ পসন ইবা কৌই । ইপান·ইমাদ সিন্নৱে, ইমান লোইদাম থাজ ১০ উন, :কাইমুংদ নাওরা অভাং ভাবু নাওপু:ৱ মুমিং ৩০ নাশাবগী থা ১০ সুব " পিমুং" খোংচং মাপন, মাপন্না চংলক,পদ পুংসিং ২৩০৪০ সুন্নক,প পুংগী অহৌব পুংজাদ পোক,ইব খিবিকস্তু অহৌব পুংজা তাইবং মীন উন্দবী পিপুক,মুংদগী তাইব·পান, ফাওর কপ মতমদ চক,প লম্নাং মাইরী ( রাং:কোন, ) অমাইবীন অভাং অতুগী নাওফম,লোমদগী, অভাং:লোমদ অহুমস,ক, সিংন নান্না নান,সিন বিগনি, থৌৱাই মমি কৌসিনবিগনি ।

## মিংথৈদি নিপা ওইরগন

হে থৱাই ৫ মক, মিগ থারগ ৬ মক,
চিপুংব কোন,-কোন,-কোন, ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অহুম্লক্ সোন্দুন খোইরিদ নান,সিনবিরগ খোইরি অতু লং অহিংব লংজা ৩ না পুনগনি । অতুগা অভাংগী খোইরি অতু ":রাকথৌ ন ককনি ।

## নুপি ওইরগন ওইরোমদ -

হে থৱাই ৫ মক্ মিগ থারগ ৬ মক্
চিবুংবি কোন,—কোন, কোন, ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অহুম্লক, খোইরিদ নান,সিনবিরগ :খাইরি অতু লং অহিংব লংজা ৭না পুলগনি অতুগ ককনি ।

অভাংন কপত্রবদি নাওফমদগী থৱাই মিৱেন, কৌসনগনি মথক্কী মিংথৈৱেন, অসি ৭ লক্ নত্রগ ৯ লক্ হুম হুম সোন্দুন কৌসন,গনি নাওফম্দগী । অতুদস্তু কপ,ত্রব নাওফম্ অতু ঈসিং অসাবদ হাপ্লো মথাগী মিংথৈ অসি :সা:ল্লো ।

হিংনিং চান হিংঙকুও থে থবাই ৫ মক্
মিগ থারগ ৬ মক্ কোন.—কোন.—কোন.।।

নাওকম্‌দগী অঙাংলোমদা ৩ সিং সিং নান.শিনবিরকনি। অহুদম্ কপত্রবদি, হুইত্রি কাপ.লগা অমুক কৌগনি।।

## নাওকম. ফুম্বগী মরম.—

নাওকম ফুম্ব মতমদ মুপান য়ুমগী য়েত্ত। মুপিন য়ুমগী ওইদ হুম্‌দাং অনিগী কারক্ত, খুবোম্‌ক. লুনা তৌরগ চফু ১দা পৈসা ১ হাপ.কনি। নাওকম হাপকনি পিতাই খোংদাইবিদা য়াইফ থৌজান. নিরগ সিন্নহুন নাওকম্ অহু খোইজু লৈখাম মৈ ওকলগ ফুমগনি।

## অঙাং ঈরুজবা—

খোইরি করুব অঙাং অহু ঈরু লাইসোন সোন.বিহুন লুজ-বিগনি লুজরিব ঈসিং অসি অচম্ব নত্তে ইপা মচুম. ইপু মচুম অসেংব ঈসিংনি। য়াংকোন. মাইবী ইমান অঙাং অহু ঈরুজ-বিগনি।

ইপা মচুম তারো, ইপু মচুম. তারো
মুমিংন কাত্রিদৈ কাহৌরো,
থবীন চাওত্রিদৈ চাওহৌরো
তিং-তিং চাওরো শাংঙো।।

মথক্কী য়াহৈ অসি হায়রগ ঈরুজবিহুন অঙাং মসা মউ খিং-খিং চোংহুন সান্নবিগনি।

তাইবং মালেমদ পোক্লরুব অঙাং অহু, ঈরু সান্দেংবিরগ, নাহৈ নাসেংবিরগ নাকোং থোংজাওরেন অনিদ চিংডু মিংথৈরেন অহকপবু পম্থৌন লাইমিং পিবিগনি।।

য়াইবিরেন, মিংথৈ -

"হুংঙা—তরংঙা—র—হুংঙা—হুংঙা ।।"

মথক্কী সিদব মপুগী য়াইবি কোনগী মিংলেন, থবাই ৫ মিগ থারগ ৬ মকপু, অঙাং নাওৱাদ পম্থৌন, নাপ থোংলেন ২ দা চীংঙু মিংথৈ পিবিগনি ।

# নাওৱা নাওপুরক্‌প থৌরম্

পলেম ওইবিন নাওৱা অঙাংঙা নাওপুরকপ অসি লোইদাম থারেপ মপুং ৩ সুরকপদ নাওৱা অহুগী য়াইফনব নাহৌর'ন অকোকলোন সোনবিগনি । সোনবগী মতমদি, লোইদাম থারেপ মপুং ৫ ফারকপদ অমুক । থারেপ ৭ তা অমুক । থা ৯ মপুং ফারকপদদি কোকথোক চামথোকপগী থৌনিরোন তৌবিগনি ।

## পোচংদি

অথুম্ব পোৎলম ৫ হাইবদি-সংগোম, ঘী, চুহি, খোইহি, লফোই, হৈকক ১ পানা ১ মেক্রুক থাংমৈ । লৈ অঙৌব কুন্দো পারেং ১ ঈসিং চফু অথনব ১ মুপী অহুগ চপ মান্নন ৱাংব য়েনদো মকক অমা ।

## থৌনিকম্দি -

থা ৯ সুরকপদ মাংগোল ময়াইদ থৌনিবিগনি, থৌনিব মতমদ মসাদ লৈ-পারেং অহু সিবিয়ু । অহুগ লৈপারেং অহু সোথোক্লগ মমাংদ খিল্লিন ঈসিং চফু অহুদ মমি য়েংলগ চফু মঙক্ত হুকচিল্লু ।।

বাহৈদি - হে ইতা লোইনবী ইমিরেন, ঐগী লাংকম,
অতেক, অকাই পুম্নমক, নংঙোন্দা সিন্নরবান
ঐদি থিক্তসং, থাংসেংজরে হাইগনি ।।×।।

অদুগ মাগী নিপান থোংজিন্দ ম্নেন্দো অদু পাইরগ মথোং কাক্কেকতুন লেপকনি । মুপি অহুন ইমুংলোমদ,-কেকুং হাইন নিপা অদুগী করাং লিংতুন ইমুং চংখিনি নিপা অদুন-ফোং-ফোং, হাইন খুমগনি । মুপি অদু অমুক মমাই নোংপোক ওন্দুন চুমাং মমাইদ লেপহুনগ পসাইগী ঈশিং চয়ু ওদু মকোক্তগী হৈরৈ অদুগ চফুদু লৈপাক্ত থাতুন য়েথাইয়ু চফু কায়ত্রবদি সেল্লো, সেংন ঈরু সান্দেংউ অসিবু কোকথোক চামথোকপ থৌনি কৌই । নাহৈরোন অকোকলান ঊসিন্না চিংব তৌহুন কোকথোক চামথোক-পিরবদি অকাই অতোই থোকপ হৌনদে ।

তাইবং মালেমদ পোক্লব অঙাং অদু, ঈরু সান্দেংবিগনি, ঈরু লাইসোন্ন নাহৈবিগনি । নাকোং থোংজাওরেন অনিদ চিংড মিংথৈরেন অহকপবু পন্তৌন লাইমিং পিবিগনি ।

য়ু ইবিরেন মিংথৈ –

"হুংঙ--তরংঙা-র-হুংঙা-হুংঙা" ।।

মথক্কী সিদব মপুগী য়ুইবী কোনগী মিংলেন, থুব.ই ৫ মিগা থারগ ৬ মকপু, অহাং নাওরাদ পন্তৌন নাপ থোংলেন ২দ চৌংড মিংথৈ পিরবনি ।

তাইবঙপান্দ পোক্লব অঙাং অদু পোকপ মুহিংতগীন মুমিং ৬নি মুব মুমিংত অমাইবিন "হৈলোই" ইপান থাগনি অদুগ নাওবা কোলোই মমিং থোনগনি ।

ঈপাল থাবা –

মৈতৈগী ঈপাল থাবা হাইব অসি ঈপাগী থাবা হায়বদি পন্থৌ থাক্ক ২ পুরা, ইমাগী হায়বদি অঙাংঙা ঈরিক মরু থাই ।

মমা ওইবীনথাজ ১০ নাওরা নাওপুরগ তাইবং ফাওরকই। অতুগ তাইবগু মীওইপোক ঐখোয় অসি ইমা ও গী মচানি হায়বদি-তাইবং মীওইব হায়ব অসি ইপাদগী লাংতুন ইমাগী নাওবিফম্‌দ মরা থাইহুন, নাওরা ঈ-পাম্বী ওইন হৌরকপনি। অতুদগী অমুক ইমাদগী লাংডন ফাওরক্লুন অনি ওবী ইমা মালেম লৈমগী মতমপাক্ত তাইবগু খে.ওদারে। অতুগ "চিন্দম্বী" হমনি খোমইনবিনি-অহুমগুবা ইমানি। মচা হায়বা অসি মমা-মপাগী হয়েংমুক্নী মপোক্লি। অতুন মমা-মপাগী হয়েংমুক্নী মপোক ঈ-পাম্বী থরম্মে,হায়ব খংহনব খোরম্ব, ঈপাল থাবা হাই। অহুগ তরুক্লি ঈ-পাল থাব অসিগী মরমদি- ইমাগী ইয়েল মপাল সাব। ৫ নি কিসেংব, ৬নি কোক লুক্তহুন হুকচাং সেংব পথাপ অতুবু নিংসিংবনি। হায়বদি ইমাগী তরুক্লি কোক লুজব হুমিংতগী হৌন চারি-অঙাংঙা ঈ-পান থাব য়াখিব অসিগী ইচেনবু খংহনখি। মালেম লৈমা ইমাগী তম্পাকতা নাওরা অমুক চারি ঈপান থাবগী খোরম্ব, ৬নি শুব হুমিত্ত পাংথোকই অতুবু ৬নি ঈ-পাল থাব হায়ন কৌই।।

ঈপাল থাবদ মাইখিন য়াংকোক্ত, চেং,মন মসিংগী সিংজু হাপতুন নাওরা অঙাংদ চাকইন তম্বী, হাইবদি-কোয়রক কোয়ব মালেম লৈমগী মসক্লি. য়াংকোক্ত হাপলিব মনা-মসিংগী সিংজু অতুন মালেম লৈমগী খোয়াংগী মসক্লি, হায়বদি-নাওরান পকেম ওইবিগী খোংকাপ ঈ-চাতুন তাইবং পাম্বী ১ ওইরকই হায়বগী ইচা কৌরিবনি। অস্থুম ৬নি ঈপাল হুমিত্তগী মালেমগী ঈ-দা বায়তুন, মালেমগী মতমপাক্ত নাওরা ঈপাল থাই খংনব মনা মসিংন তরা চাকইন্‌তম্বীবনি।

অতুগ মাইখিন অঙাংগী মমাদ য়াংকোক্ত, অঙাংগ কৈতুম অমাগ হাপ্লগ নচা পামত্রা! কৈতুম পামত্রা হায়ন হংই। অঙাং

## ইহৌরোই চউম্ নিংথৌ

হে সাইয়িংথৌ ওইগী মুপাদি লিপ্ ইনে,
য়েংকি সনাদি মুমিংনে, লোইদাম থাবুম্ ১০
মুমিং সিংবুম ৩০০ নি ইফা ইমেংল্লে
কোনোই মমিং থোনবু অঙাং কৌয়ে,
নাওরা নংনা তাইকং পান্দা য়াওরক্লেদো
মালং পান্বু য়ৌরক্ল্বা অসিদ হে নাওবা
কোরৌ মুমিং ৬নিবু থাম্বী মৈনিং কুম্লবগ
অসংহিংগী সংলৌ শাংথোক্নং য়েন্লাংবা
তরা চাক্ ঈপাল্ থা চউম্ তমংগ ॥

## সংলৌ এরাই সাইদুন-

মম্, মম-মম, রেক্, ইন্গনি ।
কুক্-কুক্-কুক্, রেক্, ঈমিং ইন্গনি ।

~~১। মহানবা-চথোম তাইবং মপু থংনা চাক্কে ।~~
২। অনিসুব-চথোম মালেম্, ইমা থংনা চাক্কে ।
৩। অহুম্সুব- চথোম থবাই মঙা কানা চাক্কে ।
৪ মরিসুব-চথোম পলেম, পান্থৌ থংনা চাক্কে ।
৫। মঙাসুব-চথোম তাইবং পুন্সি লৌসিং মৈরা চাক্কে ।

অঙাং মাইবিন তম্পাক্কি পাল্লগা অসুম সোল্লগ চউম্তুন ঈপাল থাগনি । মালেমগী খোম্লাং চাক্ ইন তম্বনি অদুবু চউম্ কৌই ॥

চউম্ লোইরগ য়াংকোক্ক-অঙাংগা লৈতুম অমগ হাপিলগ মাইথিন, অঙাং-মমাদ লৈতুম পাম্বা, মচা পাম্বা হাইদুনা হঙগনি । অঙাং মমান, ইচা পাম্মী হায়ন খুমগনি ।

অঙাং অত্থু মমাদা পিবিরমগনি। মনা মশিং পোৎলম অত্থুন, মাইবিন কোম্থোংদ পুথোক্তুন পিতাই খোংতাইবিদ সিম্মত্থুন থাদোক্লমগনি ।।×।।

## রাহৈদি

হে পিতাই খোংতাইপি ঙসি নম্থুন
মালেম ইমাগী খোয়াংন তরা চউম, তম্বদি
পাঙ্গন, চৈসৌনবিয়ু, "পুক্নিং লৌসিং"
থৌরৈ তেংবাংবিয়ু ।।+।।

মথক্তী রাহৈ অসি হায়রবগী মতুংদ অতাইরোন লাইরোয় থৌনি মতোন লোমত্থুন তাইনবিরমগনি ।।

### ঈপাল, থাবগী পোৎলম,—

যাংকোক, ১ হৈরম, ৭ লৈরম ৭ কবোক্ নাচন, ৭ হৈবিমনা লৈতুম ১ লাচং ৭/৯ চেং খুয়া ১ য়েন,সাং-মনা ফিংন খর, ঙা-থুম মোরোক, তাইরেন, পুংফ'ই, থোইজু,

---

ফিসং-হকচাং সেংদোকপ মুমিৎতগীন ১০ নি মথৈ নিন, মাংনে। মরু হংল। অত্থুদগী হেনব মুমিৎ ১৫ নিদি নিন্দুংনি। অত্থুদ হরাও মুংঙাইবদি অতিংঙানি ।+।।

লৈথাম, ১ ফৌদাং ১ সিংনাও ৩ থুমপাক, ৩ ঙাখা ৭ কী ঙা পরেং ১ অকৎসেন, ( সেন্দাই ) অমা ঙামু অহিংব ৩ ফৌদাং ১ অসিনচিংব পোৎলম,সিং অসি য়াওগনি ।।

মাংগোল ময়াইদ ফৌদাং থমগনি, ঙামু খোংগান, থমগনি। থোইজু, লৈথাম থাগনি। থৌনি লোইরগ ফৌদাং অত্থু মাইবিন লৌগনি ।।

ঈপাল থাবগী থৌরম থৌনি অসি লাইনিংথৌ তারি লৌসিংবগী মচা সংকাপ্পা পোকপগী ৬ নিংথৌহৈসাই থাবা হৌরে। লাইনিংথৌগী থৌবাগী মতুং ইন্দুন ঙসি ফাওব মৈতৈসিংন অকাওব লৈতন পাখাং-পুখাং কেক্কাং-পাংথোক্লবদ থৌরিমসিংবু চংনরি ।। মরু হনবগী "খেন্দোং" নোংদম মহৈন অথোইবনি।

---

# ঈপাল থাবা
## লাইয়িংথৌ লাইরেম্বগী
### থৌনিরোন,

মিংথৈ—

হে লাইনিংথৌ নোংপোক, অরিব
তাইবঙ, মালং পান্ন সাফোং হান,ব
নাতোম,থোক্ল লমহৌরক,প সিদব মপু
ঙসি লোইদাম থাজ (লম,তা) গী
নিন,থাং (৭) নি। নিম্নুং (১৮) নি পান,ব
সলাই (নিংথৌকাব) মুমিংকী য়াইফ পুংফমদ
সলাই (খুমন্দ) পোক,চব ন্নাবাগী
তরুক্কি য়াইফ থৌরম, অসিদ ননাইন
ঙম,জব কচ্চনিংব কংচগে হায়জনিংব হায়জগে
ফবাল, লাংদ তাম্থোইবীয়ু ।।×।।

মথকী ব্রাহ্মনিং অসি হায়রুন ঈরাৎফু মমাঙদ থারিব লক্লোই লাদ, চেং-দৈ কংকনি, কয়াদ লেম্বু কৎকনি, ঈরাংফুতি কৎপ য়াদে ।।

## লৈমরেন মিংথৈ -

হে খোইমোম, লাইলৈমা
ময়ান লৈমরেন, ওইবী
নম্বুন নোংথাং ওইবী
চীংগী মচা নাম্‌হৈবী
তম্‌গী মচা নামৌবী
উমা সম্বা চীংজেত্‌হুবী
খিক্‌লোই পাবন, থক্‌ত
লাঙোই খুরুপ, মান্‌বলহৌ
ভাংজ খোজুল, নাইদবী
নোং চুদম সাইজোংপি
নোংসা সাদন কৌগংবী
ফোরা মচেং খোম্ব পাল্‌করিবী
নম্বুগী ঈপাম্, বদ য়াইফ
থৌজাম্, লল্‌কুবিয়ু ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোরুগ লাইরেম্বীগী ফখালদ লৈনচীংব কৎকনি ।

অঙাং পুখোক্লগ অমাইবন ভাইবেন লোংন পাইহন ঈরু লাইশোন নাহৈরোলনচিংব সোম্বুন অঙাং মসা সেংদোকপিগনি । চীংঙু মপুদ কৎপ নম্‌সা অঙাংগী লাইপক্ত নবীগনি ।

## লংহিং মিরেন, মিংথৈ

হে থাওয়াথৈমরেন, সিদবীগী পুন্সি লংহিং
মাইখি লংলা ৯ না তিনেব পুন্সি চারি অসি
( পারি মাঙ্গমা ইযোম, ) মখোই খুদাংদ
সিদরেব, নাদরেন, লংহিংয়াই চুংতিন, ৯ খুবক
পুন্সি চারি খুজি সিবিরবনে ॥

লংহিং মিরেন খুজি পুনবিবদি নিপান্ য়েৎত, মুপিন ওইদ পুনগনি । মিরেন খুজিঃ- তাইরেন মনা অমা লংলা ৯ না পুনগনি ।

## তেন্গী মাইমিং

হং-উং-য়েং-থৈ-ঈসিং-চুংসিং-থৈলপাক-অতিয়া
মগাগী মসক, ওইরিবা হে তেম্বি য়াইওইব
৬সি নবাগী ৬ নি ঈপাল, হৈসোইগী
ঈরাং থৌনি অসিদ মাইকৈ ৫ শুংদাই ৮
কোয়ৌ মালেম তুমা মাইকৈ ১০ মক্তা
তিন্দাইবিরম্, লাইতাইনথিরম্, হাইন
থৈরাং থৈবংচনি ॥ × ॥

মথক্কী মিংথৈ অসি মোয়লগ, ঈমাংদু মথাংদ মিক তেন, মীয়ামগ খোংজি ২ দা লিরিগী মিয়াইদ চেং থৈনচিব ফংকনি ।

## তেনজিন্গী মিংথৈ

১। চৌংথৈদ-ফুনান থৈনহৈব তেম-হং-ওরং-ওরং-তিক্ ।
২। সম্বোংদ-মেপেন হাওতক্প তেম-হং-ওরং-ওরং-তিক্ ।
৩। মৈরমদ-চাইরেন, য়েন্কোইলাকুপ তেম-হং-ওরং-ওরং তিক্ ।
৪। কৌব্রুদ খোরি তেন্হৈব তেম - হং-ওরং-ওরং-তিক্ ।

মথক্কী মিংথৈ অসি লোয়গ তেন,জিন,গী মতোন্দ লৈনচিংব কংকনি । অহুগ তেন, পুহুন মাম্মন চিংথৈদগী কাপ হৌগনি । ২ সুব থাংজিং, ৩ সুব য়াংব্রেন, ৪ সুব কৌক্রু মাইকৈ ৪ দা কাপ,থোক্লয়গ, ৫ সুব তেনৱৈ অহুদি লৈরোন, নোংলোন্দ পুন্সি নিরগ হনজিল্লকতুন ঈরাংফু মযাংদ থয়গ চৌংও, নোংদম্ব নোংদম্বীদ কংকনি ।

তেন, কাপলুব হল্লকপ মাম্মদ পলেম পম্বৌন অঙম্ব শেন্দাই কংচগনি । অঙাং অহুগী মাম্মন তরেৎ সেনজান অঙাংদ লনকু-বিগনি । মমা মপা অমদি মরূপ-মপাং খুদিংমক্ক অঙাংগী য়াইফনব, থৌজামচিংব সেন্দাই অকংসেন কংপিগনি ।

## থৌজাল য়াহৈ

পুন্সি সুংসাংব মহৈ মশিং হৈব
কপ,য়াং তয়াংব, থিক,সেংব-থাসেংব
সেন,চং পাইচংব সুংঙাই য়াইফনা
পান,জৌ হায়ন য়াইফ থৌজানবিরে ।। ৪ ।

মতাং অসিদ সেন্দাই ( অকংসেন ) থৌজান ( দান ) পিবলোইরগ অঙাং অহু পুসিনহন্দ্রো । ইরিক কংগম ঈসিং লৌহুন হকসেংগনি । অমাইবন থৌনি মতোন লোমগনি ।

## থৌনিরোন, মিংথৈ

চাখা খোংজোম,নুবী-পিত্রাই খোংতাইবী
কসা অসেম, অসা হৈবীবু
তাইবঙ, পান,ব মপূন সিন,থাবদি

পোংথুগী মি-ময়েংবু সিংম নায়
সেম্বীরম্, হায়ন সিম্বারক,য়ে
খোং অহুম,গী মরিন, ইম্বা থোথবিরক,য়ে
থোরি লৈফাম্বীন মখোং মথুং সেম্বীরে
পোং-থু মি ময়েংবু কোংলোত্তোন, লোথিবন
পাকল, লিল, নিংথৌন কোন,বিরে ।।

ঈরাংফুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং-লৈনচিংব কংকনি য়াইফ থৌজান নিজগনি ।।

চীংঙ, পুরৈহন,ব ঈপুথৌ য়েক,ত্রৈ খুবন
লাইপক, খেলাইখোংদ অঙ্গি লাইয়ুম,-থা
নাওবাগী পুন্সি মুংসাংব, য়া ইফ থৌজান,ব
লল,কুবিয়ু হায়ন ঈরাং পুনেম,জরি কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।। + ।।

ঈরাংফুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং-লৈনচিংব কংকনি ।।

ঙসি কোরৌ মুমিং য়াইফ পুংফম, অসিদ
অঙাং নাওবা অসিগী খোইমুম, লাইয়াম, থিবিকী
কোলোই নিংথা মুদব, য়াহে খোম্বোক, অশোইব
হৈরম্ লৈরম্ অবাংপ অয়ান্ অহুই থিবিক্পু তাথিবিগনু
নদাইরেম খোইমুম, ঙাংলো থাদা থুংফাং লোল,লুন
থুবাক, লৈতাইদুন পুনেম,জরি। থৌজান, পিনবিয়ু।
হে খোইমুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ।। × ।।

ঈরাংফুগী মমাংদ লাকোই লাদা চেং- লৈনচিংব কংকনি। অতাইরোন লাইরোন শোন্দুন তাইবিরম,গনি। চীংঙ, নোংদম্ব নোংদম্বী ( লাই নিংথৌ-লাইরেম্বী ) অসিগী থৌনিব মতাং অসিদ লোইরে।

## থৌনিরোন,গী পোৎলম—

লাইকি কিদোন ১ অঙাংগী কিজোন, ঈরাৎফু ১ চুক,চিৱা ৪ লিরুং ১ তেনজৈ ৫ লং অহিংব ১ হৈরোম (পুন-পাজা) ১ অরাথবি ১ চেং কপী ১ হৈ মনম নাইব ১ লৈসং। চং থোকপ লংফাই ১ কা মপুম ২ মনা ২ ংকৌ থুয়া ১ হৈকক ৩ ক. তংগ্র. ৩ মেক্রুক থাংবৈ থোইদিং, তিংথৌ লে অসিনচিংব।। —।

ঈপাল, থাবগী থৌনিরোন, লোইরে।।

# য়ুম্নাং য়ুম সেংবগী থৌরম

## য়ুম্নাংব হাইবদি—

থবাইগী থম্মোয় লাইয়ুম, "ঈলিক ইতুম" নাওযোম মাংববু য়ুম মাংব হায়ন কৌই। অমুক পোক্লরুব সেম্লকপবু য়ুমসেংব হাইনা কৌই। ঈরিক-ঈতুম অহুন থা-চা ২ ঈপলে ঈপস পম্থো কৌই। ঈপারকলে হায়বগী ইপা কৌই। পলেম ইমাগী সিয়োম, মুংদ "ঈলুপ-ইতাইরে" থাচা ১০ লাংওন স্বরদন তাইবং ফাওরকপদ পলেম উনকোই সিয়োম মুংগী, "নাওয়োম" য়ুম্ব, মাংখি হায়বগী য়ুম মাঙব হায়ন থঙনৈ।

অহুগ মৈতৈন সাগৈ অমগী মঙ্গুংদ মী অমা পোকপদ মী অমা সিবদ য়ুম মাংব হায়ন চৎনরিব অসি তাইবংগী সক্তমবু পোকপ অমম্ভুং সিখিববু. "নিংসিং হুন্নবগী" সাগৈ চাসিংন পোকখিব অনম্ভুং সিখিব মুমিৎতগী লৌরগ ১০ নি স্রবা মুমিৎতা য়ুমসেংব, "মুমিৎ" শুক্লম্ব ঈরাৎ থৌনি থে রম অসি চৎনখি।

হায়বদি—মাংলমচৎত মৈতৈন চৎনরম্ব, মী অমা পোকপদ সাগৈচাসিংন হুন্নাওরুব, মী ১ সিখিবদ সাগৈ চাসিংন অরাব মুং-ঙাইতব কোংদোকপ থৌরম অসি তৌদব য়াদে হায়ন সারি রাসক-নখি। মৈতৈগী চৎন লমদাং খুদিংমক ভাইবং সেম,লক,পগী রাক্লিন য়ুম্ফম, ওই ॥

মৈতৈ পাচা সলাই চা-সিংন মী সিরগ ঙা হেন্নীব অসি পখৌ সিদবগী য়াইবিকোনগী ঈলিক ঈতুম সক্তম মহক সা হুকচাং কাই-খিব সিখিব অসি, মখৌ মওম হাইবদি লাসন থৌরম ঈরাং লোইত্রি ফাওব সা।—ঙা চাবা সলাই চাসিংন সাহেন্নসি ঙা—হেন্নসি হাইন সলাই ৭ না "কংলা উত্রা" মাংদ সরি রাসরুখি। মরম অতুননি সলাই ৭ কি মচা মী সিরগ মৈতৈ খুননাইগী ঙা হেনব হায়ন চৎনরিব অসি, সিব মুমিত্তগী ঙা হেন্নগ, লায় থৌরম থৌনি লোইব মুমিত্ত ঙা-তংব, ঙা—চাব হাইন চৎনখি। শিখিব মী অতুগী সাগৈ অতুন মুংঙাইতব অরাব কোংদোকপগী সরি রাশক থৌরম ঙাকনি।

য়ুমসেং নাহৈবগী থৌনিরোন,—থৌরম অসি নিংথৌ তারি লৌসংবগী মচা সাকাপ্প পোকপদ ৬ নি নাওরা হৈসোই ঈপাল থাবগী ঈরাং থৌনি হৌরে। মুমিং সিংবুম ১০ নি স্নরগ পাচা সিন্নাইব—উরোক উসা সাখাইরেম, তাংজ সমখোংসেং, খুজিন মোইফাং লেম্ন হুকসেংলে। মুংপান অসে অমাইবন ঈরাং খৌরম তৌরগ তাইরেন লোংন পাইন লাইজ খিকলেন চাইরগ য়ুমতাই নাসেংলে।

মৈতৈ ঈনাং চৎনবিদ মী পোকপ, সিব মুমিত্তীন মুমিং ১০ নি মুব মুমিত্ত য়ুমসেংবগী থৌরমবু চৎনখি। মুমিং অসিদ

সাগৈক্ কাইরব মথৈ য়ুমসেং নাহৈগনি সরি. য়াঁসক বারেপ কোকনি। সকোক লমলেন অঙাং মমা মচাদি হকসেং লাইসোম মসা সেংবিগনি য়ুম সাগৈ নাতৈ য়াওন সেংগনি অমাইবন তাইবেন লোংবু লোন লাইজ থিকফেন চাইথোকনি। অতুবু য়ুমসেংব হায়ন থঙনৈ॥

## য়ুমসেংবগী পোৎলম,—

চেং—লৈ, থোইদিং, তিংথৌ, লফোই, হৈকক, তাংগ্রা ১ পানা তাংগ্রা ১ সঙ্গোম অনৌব, অফম, ঘি, থোইহি, চুহি, থাংমৈ, মেক্রুক লৈপাক মতুম অমা সনা লুপা, মুং, নাহৈলুদ লুপলগ ঈসিং মচুম অসিন থিকতোক চাইথোকপিহুন হকসেং মতোন লোমগনি। হান্ন ঈরু থোকহনগনি অতুগ সেংদোক-দবনি॥ ×॥

# য়ুমসেঙ্ নাহৈবগী থোনিরোল,

## মিংথৈ

## হকসেং মীংথৈ—

১। তাইরেম্‌নন, পুংকাইন, নাপুম নাংসেন,
নাপীম, সিংবিন, লৌত্রে তাংথ্রে,
উ:থাং, বাথোক, লিসা য়াইন সেংগে
হাউং—হায়েং॥ ×॥

অমাইবন তাইরেন; পুংকাই [illegible] [illegible] থিকতোক হাইদোকপিগনি মমাগা, মচাগা॥

২। কোরৌ মচি ঈ, থাংবল, মনাও ঈ,
কসা লালোই ঈ, খাক্‌প পুরৈলোম্ব পুয়াং নাকাবা
খোংময়োকী ওন্দেব খোংময়োকী ওম হন্‌বাইব
অবাং কৌক্র অম্বপ্প য়ারক্তগী সিম্ব ঈ,
খোয়াং নানিরোংব, ফেংগাই লৈতুম, মুংতুম, ঈ,
অরাম্বম, ঈদি বাইচেং ঈ, অসাংবম, ঈদি
বাইকেম, ঈ, নোংথৌ সোরোরেন, অরিব
মরিক্‌প মরিক্‌পী সম্‌পোক্‌প সম্‌পোক্‌পী
মুমিৎ লুতুম, থাব লাম্তম, হৈবী
ইবেন, পিতাই খোংদাইবি কসা অসেম, অসা হৈবী
ইবেম সেম্বীমু সাবিয়ু, ফাত্ত হাওদি পুম্নক,
হাওরৈ থা পাংন হোইথবিয়ু, হে পিতাইবী
অক মুংঙাই কপ্‌য়াং তাংয়াং থিক্‌সেং থাসেং
থিবিক্‌পু হাওরৈ অবাং পাংন হোইগৎপিরম্মু
পাম্নরগে সেংনরগে। তিন্‌ ফত্তব, লাই ফত্তব
লৈরগমু হাউং — হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মমা মচা তাইরেন পুংফাইন ঈসিং লুপতুন খিক্তোক চাইথোকপিগনি, অদুবু হক্‌সেংব য়ুমসেং নাহৈব থৌনিরোল কৌই ।।

## য়ুম্‌ সেংনব মীংথৈ —

তাইরেম পুংফাইন নাপুন নাসেংন
নাপিন সিংবিন নাথাই নাতাং
লৌক্রে তাংক্রে, চোক্রে, উথোক, বাথোক,
নাপী নাসেং সিদ নাদ য়াইন
হাউং — হায়েং ।। × ।।

মাংসোক, মদাইমাদ কম,মেন, মদাইমাদ
যাওংদ কোন্দংদ তাক্ল, য়ুম,তাইম
সেংখোং নারিন,মা পরে হৌওম,মাগী
থুনাম্ব মাওব নকমসেং নমুংলাং
নখোংকান, নরাল,ঈ চাসোংফম, নাওহোংফম,
মাংগোল্লাং নমুংলাং নুম্বমাং নথেন,পুংগী
কাওম সুমা য়োংববু থারে লমুলৈমাদ
তাইরবনি সেংওবনি হাউং—হায়েং ।। X ।।

মিংথৈ অসি অসুম সোক্লগ ইমুং মমুং চওহুন হাইদোক সেংদাকনি। অরেম্ব ঈসিং অহু কোরৌ কারসে হাইহুন য়ুম, লাইখন্দ ঈসিং চাইখৎপিগনি।

মথক্কী থোৰমসিং অসি তৌব লোইরগ অঙাং সুমিৎ থুরম-হুনগনি মফমদি মাংগোল ইচিনফমদনি।

## সুমিৎকী মিংথৈ—

হে সুমিৎ সনা অপান,ব সিদব নহাকী নঙান ৭ না
সুমিৎ চৈসিং ৭ ওইবগী মিংলেন মিংথৈদি
তাওহুইরেং অহন,ব লাইরেন, তাওদন,ব
য়োইময়াই, য়োইখোম,থোক,, খোম,থোক, নানৌব,
য়োইপরেং, পরেং লৈসংব, কৌরৌ সুমিৎ ৭ কী এমুংদ
পোক,প নদাইরেম, (অঙাংগী মমিং পন,গনি ) না
সুমিৎ সিংবুম, ১০ নি সুরবগী য়ুম,দাই নাসেংলবগী
নঙান, নপাবু লাংব ফংজরে
নদাইরেম, অসিবু থিক,সেংব থাসেংক
পুন্সি মুংসাং মুংঙাই য়াইফ পিনবিরম্মু
কুবিয়ু হাউং—হায়েং ।। X ।।

অঙান খিং খিং থোংগাক্ক,প স্থমিং মাংগোল ময়াই য়ৌরকপ মতমদ মাংগোল ইচিনকমদ অঙাং পুৎফাং লোন্দুনে স্থমিং খুরুম-হনগনি। মথক্কী মিংথৈ অসি লোন্দুন। অথুম্ব মরম ৫ অত্থ পুন্না স্থমিত্ত কৎলগ চুক্নি তাফমদ লা লাত্তোন অমদ হৈংত্থুন কৎকনি ।। + ।।

---

# অঙাং চউম্ব থৌরম,

## থৌনিরোল,

## অঙাং চউম্ব হায়বদি—

অঙাং চাকপিজ্জব তম্বীববু অঙাং চউম্ব কৌই। অত্তদি স্থমিং থা অফব থরাহ অচংব থপাল, অফব পুংফম য়েংবিরগ লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদ থৌনিজগনি। অথেনপোং কৎকনি। অঙাংগী ফিজোন হোংগনি। পুথম, তেংগোৎ ঈসিংকোন তম্বীগনি। তরা লুক্লেন হৌবগ লাইনিংথৌদা কৎচরগ অঙাং চাউম, তম্বীগনি

অঙাং চাউম্ব হায়ব অসি স্থপীন থা ৫ দা নত্রগ ৭ তা তৌই। স্থপান থা ৬ তা নত্রগ থা ৮ দা তৌগনি। অঙাংন চাওরক্লব মতমদ চানিংথকনি হ্নুন চারদি কর্বিষ্ণ অকাইব লৈতে হায়বদি ঈপান্দ তরা চউম, তমহুন চিনজন থ্রবনি।

## চাউম.লোন্ মিংথৈ—

হে নাওরা তরা সংলোই ফুংদন
তরা চাউম তম.গে চারো ;

চথোম, লুয়োক, মঙা লেম,
তরা চিন,জন,ব মতম,দ হাই
পলেম, মমান ( পারি ) নাওরা
১ বা চথোম্ম তাইবং মপূ থংন চাক্লে ।
২ সুবা চথোম্ম মালেম, ইমা থংন চাক্লে ।
৩ সুব চথোম্ম থরাই মঙা ফান চাক্লে ।
৪ সুব চথোম্ম পলেম, পম্বৌ থংন চাক্লে ।
৫ সুবা চথোম্ম তাইবং লৌসিং মৈরা চাক্লে ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ সোল্লগ, লাইজ ঈসিংদ খুৎ লুপতুন খুৎচুম্ম চিনবান য়ারেন খোংজি তেংগনি, নানথোকপিগনি । অহুগ মথাগী লাইরা অসি হায়রুনা তরা সংলৌ এলাং পায়রুনা নাওবাদা ইনবীগনি পলেমন ফৈরাথক্ত পমলগ ।।

লাইরা মিংথৈ—

মম,—মম,—মম,—মম,—মম; চাক, ইন,গনি ।
কুক—কুক—কুক—কুক · কুক, ঈসিং ইন,গনি ।।

অসুম্ম চাক চথোম ৫ ইনগনি, ঈসিং চথোম ৫ ইনগনি । অসিগী মতুংদ চানিংবমথৈ পিজব য়াই । অসিবু অঙাং চউম্ব হাইন অসি হায়রুনা অরা সংলৌ এলাং পায়রুনা নাওবাদা ইনবীগনি থংনৈ ।। × ।।

---

# নাহুৎ নারেং তম্বা

## মৈ—লাৎপ—থৌনিরোল,

থৌরম অসি নিংথৌ তারি লৌসিংবগী মচা সাকাপ্প পোকপ কুমসিং চহি ৭ সুরকপ মতমদ নাহুৎ নারেং থৌ তৌহুন— ঈরাৎ

কপালসেম থাম্বী মৈহৈবোন ঈরাংখি। কুমসিং চহি ৯ সুবকপদ নমস। খিন্দুন লাইমিং মিংখিরেম শিক্লাং লাংবুন খোইথা, লংহিং ৯ সুববু পৌজানবিখি।

## নাহুৎ নারেং মতমদি—

চহি ৩দা অমা। মঙাদ অমা তোগনি। মহৈ মসিং তম্বা হৌব অসিসু চহি ৩ নত্রগ ? দা অক কত্ত পুংকম য়েংহন তৌগনি। য়েংপদব অমা—অঙাং অহুগী মমা মসা লুম্নবদি য়াদে।

# মৈফম য়েংবা

মৈ-লাংপগী মৈফম য়েংনব খুৎহাং অসি মথাগী পাঙ্ভাক অস্তুম্ন তৌগনি—অতিংঙাদগী মুংসিং ১৮ লৈচিন্দগী ২৯ ঈসিং ভবংদগী ৭ থৌনিগদৌরিব মুমিং অহুগী থবাল মসিং অঙ্ক ময়েক ওইন পুথোক্লগ হাপ্পু অহুগ পুন্ন তিনসল্লু তিনসলবগী অভাব মহৈদ (ফল) ৩না য়েন্নু, অরেম্ব মহৈন মৈফম তাক্কনি।

## অঙ্কগী খুদম

| | |
|---|---|
| মুংসিং—১৮ | ৩)৭৬(২৫ |
| লৈচিন=২৯ | ৬ |
| ঈসিং — ৭ | ১৬ |
| ৫৪ | ১৫ |
| থবান মসিং — (২২) ব্রেকেৎন | ১ অরেম্ব |
| ৭৬ | |

কোইরিব অমদি খুদমগীদমক্তনি মুমিং অহুগীদ ওনগনি।

১ লেমলপন—কোরৌদ মৈ—লৈ।

২ লেমলগন-লৈম্নুংদা মৈ—লৈ
লেমদ্রবদি —লৈথক্ত মৈ—লৈ।

লৈথক্ত মৈ লৈরবদি মকম অহু য়াই তৈথোক্লগ য়াই। কোরৌদ মৈ লৈরগন মকম অচু লৈবাক খুদোন অহুম থোনগনি। লৈম্নুংদ মৈ•লৈরবদি মকম অহু লৈবাক খুদোন ৩ তৌথগনি। মৈ লৈব মকমদ অহুম মৈ হৌত্নন থৌনিজগনি।।

## থৌনিরোল, পাওতাক—

ঈবাং থৌনি তৌনবগী মকম অহুদ য়াম্ন পাকল য়েক্কনি। পাকলগী চিরা ৪দা ঈংবাংফু অমমম খিনগনি। কম্বাল মমাংদ ঈরংফু অচৌব অমা খিনগনি। মাইকৈ চিরা ৪দা চংবী লাপান

চুপান, কোংয়াং য়া থাগনি। অহুদা য়াইবী লংলা ঈংলম ৭ নং নত্রগ ৯ না, লৈথক লৈথা নোংলোন সেমগনি। হৈনৌ মনা পরেং ১ কোইগনি, থাকন ১ খনগনি। অহুম্ন তাইবং পানব মপুগী মেলাং কম্বাল সেন্নগ থৌনিগনি। মৈগী থাকন্দি অংাংবা মচুন ওইগনি।

পোংলম

নিং মরম, উ হৈক্রু, সহি, উপন, চাওখোং, হৈবোং, নোংলৈসং, চীং য়েন, সিন, পোরোই, কুহি; ফৌ, য়াম চেং, থোইদিং লৈ, তিংথৌ, তাইরেন-পুফাই, সঙ্গোম অনৌব, লফোই চং থোকপা ২, চুহি, কম্বি ২ খোইহি, মেক্রুক, মৈরা উচান, লাইফি ২, কক, ৩, হৈকক-পানা ১০/১০ ক মপুম ৭ মনা মপুম, ৭ লং অহিংব, যুবি ১, ঘা, থও ঈয়াংফু ৫, হৈ মনম, নাইব ১ লৈসং, সেন্দাই ১০, হৈরোম ( পুনপাত্র ) অমা। অথেনপোৎ ( সিধা ) ১ থাকন, ১ অসিনি। য়েক ৭ সলাই ৯গী উনা মৈ লাৎপগী সিং ওইগনি।

## অঙাং ঈরুজবগী থৌরম.

চহুরা অহুম্ন পুল্লাং ওদা ঈসিং সোকউরগ মসম, কোকপা অঙাং অতু ঈরুজগনি। খোংনেৎ খুদা ১ দা মমাই নোংপোক ওন্দুন লেপহল্লো৹ খুদৈ অঙৌব ১ মথক্তা খনবিয়ু লুরেন থক্তা অমাইবন ঈরু লাইসোন্না নাহৈ নাসেংগনি. চহুরা অহুম্ন লুরেন থক্তা ঈসিং হৈথত্নম ঈরু সানদেংবিগনি। অঙাং ঈরুজবা লোইরগ তোপনা ফিদা ১ সৌন্নপুংগী অরাং থংবদ থাবিগনি৹ ফিজেৎ লৈতেংগী মফি মরোন থাবিগনি। অতুগ চৈরে মফি সেৎপিগনি। অমাইবনা নাহৈ নাসেং মিংথৈন হাইদোক সেংদোকপিগনি। অঙাং অতুবু মৈদা লৈ কৎহনগনি। খুরুমহুনা য়াইক থৌনিগনি। পলেম-পাম্বৌ খুকমহনগনি। সোন্নপুং ময়াইদা চংহুনা খুরমগনি। অহল লমল৹ মরুপ মপাংসিংনা মৈদ লৈ কৎপিরগ য়াইফ থৌনিগনি।

থৌনিরোনগী অহানবদা অমাইবন হকমুং হকচাং সেংদোককনি। তাইরেন, পুংফাই পাইহুন নাহৈ নাসেংগনি। পোৎলম-সিংবু সেংদোক হাইদোকনি। ফিদাম্ব সেংদোকনি। অতুগ খুৎ-নিংথৌন ফিদাদ ৩ লক সোকতুন লাইপক কংকনি অতুগ ফমগনি।

---

# মৈ ঈরাংপগী পাফল



থৌনিরোল মিংথৈ -

হয়ি— হয়া হে, হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
মালেম, তাইবং পান, বগী মবুংঙো নন'ইন
ঙসি লোইদাম, ( লমতা ) থাজগী

মাক্‌মৈ ( ১০ )' নি পান্‌বা
কোরৌ ( নিংথৌকাবা ) নুমিৎ
সলাই ( নুরাং ) দা পোক্‌চবা
নদাইরেম্‌, ( চাওব-চাওবি ) না
চীংঙু লাইগী থৌনি থৌরম্‌ তৌজরিব
থৌজান লন্‌কুবিরম্‌ হাইনা থৌনিজরি
হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈ-গী ময়াইগী তাংবল কম্বাল থক্লা লৈরাং লৈকংহনগনি। অমাইবনা থৌনিবিগনি ।।

## নুসিংকী মিংথৈ—

হে খোইমুম্‌, লাই, নুংকাং মাহারাবও
নুংসিং নিংথৌ অপান্‌বা কাসা মনোংথৌ
ঈরাৎ থৌরম তৌজরিবা অসি থৌজান্‌বিয়ু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

চীংথৈ পাংবদা তাঙ্গা অমা থারগা, চেং লৈনচিংব', লাইজ ঈরিক কন্দুনা কৎকনি ।।

## মৈগী মিংথৈ—

হুং-সং-তরং, হুং-সং-তরং, হুং-সং-তরং
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈ-গী ময়াইগী কম্বালদগী মমাংদা লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি ।

## অতিয়াগী মিংথৈ—

হে চীংঙু সিদবা পোক্‌লেন্‌, পোক্‌পা
অতিয়া মসক, লাক্‌ওম্‌দবা, থরাইগী মরু

লাংবুম, লাই সিদবও ।।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।+।।

মৈগী ময়াই ফম্বালেন্দা লৈনচিংবা কংকনি। ঈরিক কন,পন্না লাইজ ঈসিং কন্দুনা কংকনি।

## লৈমারেন, মিংথৈ—

হে ঈমা লৈমরেন, সনা ফুদোঙ,মবী
নোংফুরেন, অচিবি অকোংতংতবী
অরাই কংদবী ঙাংখা চেংঙবী
ফুরেন, লৈমা লুচাওবী নাক,থা লৈমা পাওদোইবী
উতং কাংকৈ থক্তা য়াহিপ,পি
লাইজ ঈরেন,ফুদা য়াতাবী
লিকোল, অচংবদা খোংনেৎ খুদানবি
নোংদা অচংবদা খুদানবী হে-লাইরেম্মা
চীংঙ, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক,পু
ঈরাৎ পুনেম,জব থৌজান, লল,কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।×।।

মথকী লৈমরেন মিংথৈ অসি সোনবা লোইরগা লৈমরেনগী ফম্বালদা চেং-লৈনচিংবা কংকনি ।।

## মাইকৈ তাইবা মিংথৈ—

কুরুম,লেন, মৈনাইবা, কুরুম,লেন, কিংনাইবা
কুরুম,লেন, সনাইবা অহুম্মক,পু তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

নোংপোক থংবা মৈকমগী থম্বাল লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কংকনি। পুকনিং চেৎনা নোম্লকনি।।

হুম,লেন, হামলেন, ইখক, তম্নং
অহুম,মক্তা নদাইরেম, ঐনা কৎচরি
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

অবাং থংবা লৈকা লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কৎকনি মৈযনগী থম্বাল লৈনাদনি ।।

উং-মুংমু থাওয়াই খুংম্ন খুংলাই
খৌ অহুম,মক,পু কচ্চরি তাইজিকে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মথা থংবা মৈফমগী থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

ঈ হিং সং, কং হিংলেন; ইকুপ, তম্নং
অহুম,মক,পু তাইজগে কুবিয়ু খৌনিজরি
হাউং-হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, নোংচুপ থংবা মৈফমগী থাম্বল লৈনাদ চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## ময়াই থম্বাল লকা মিংথৈ—

নোংপোক, ঙাক,পা "কান্না" নদাইরেম্ন
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ', ময়াই লকা থম্বাল লৈনা চদা নোংপোক থংবদগী চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

মথা—ঙাক,পা 'কন্নি' তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মথা থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

নোংচুপ—ঙাক,পা 'পিসা তাও" নদাইরেম্ন
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা নোংচুপ থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

অবাং—ঙাক,পা ".নোংদম, খুব" নদাইরেম্ন
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা অবাং থংবা লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

মৈরম,—ঙাক,পা "য়ুচেং" তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈরম,গী থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

মোইরাং লাইজি ঙাক,পা "থবা"
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং । × ।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মোইরাং লাইজি থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কৎকনি ।।

মুংসিৎলম, কৌক্র ঙাক,পা "চেংঙা"
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। + ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা কৌক্র থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

চীংথৈ—ঙাক,পা মার থাংমাই চীংঙু নহাক,পু
নদাইরেম্ন তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা চীংথৈ থংবা থম্বাল লৈনাদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

## থম্বাল লৈখোক মিংথৈ—

চি-কিং-রৗং-মরু ক্লিং-কোলোই মিংলেন,
নদাইরেম, ঐনা তাইজিংগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা থম্বাল লৈখোংদা চেং লৈনচিংবা কংকনি ।।

## থম্বাল থমচেৎ মরু মিংথৈ -

থরাই মিচাক, নোংথৌ সিদবা
উয়ুং ওইনা ভাক,লিবা নহাক,পু
কোইনা সৌরা ওইরিবা লাইদি
নোংতারেন, ভান,তুরেন, তকুপ,লেং
নন্দম্লেন, মৈনাইবা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মহুংগী থম্বাল থমচেৎ মরুদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

## অঙ্গি লাইয়ুম, মিংথৈ—

হে লাইরেন, মেহল্লাং তরৈবা
সিংকাপ, ওইহনা লৈয়োম, মুংলোন,
পুবিরিবা লাইনিংথৌ নদাইরেম, ঐনা
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অঙ্গি লাইয়ুমদা চেং লৈনচিংবা কংহুনা থৌনিগনি ।।

## সনজিং মিংথৈ

সনজিং-চীংগী মন্নক, গুইরিবা অতিংকোক,
লাইমিংথৌগী মিংলেন,বু অ-কু হিং
রং কৌর নদাইরেম, ঐনা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।+।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অত্তি মকোক সনচিংদা চেং লৈনা চিংবা কৎকনি ।

## তাইবঙ, মপুগী মিংথৈ -

অতিংতাগী মথক্তা মিংলেন্দি
হয়ি হয়া হে মালেম, তাইবঙ, পান,বগী
চীংগু, মপুরেন, লাইনিংথৌ থোইথোইবা
অং সন্তরং ঈ সিদবা তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা তাইবঙ মপুগী ফম্বালদা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি ।।

## লৈচি মিংথৈ

সং-তরং তনৌবা লাইমিংথৌ নদাইরেম
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, অজিগী লৈচি য়েং ওই অনিমক্তা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## অগী লৈচি মিংথৈ—

সংথুপ, লেং, মুংতা লেংবী, থোইমোম, লাইরেম্বী
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। ×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, লৈচিদা চেং লৈনচিংবা কৎ-ফুনা থৌনিজগনি ।

## কম্বালমেল্গী মিংথৈ—

চৌংঙ্, অতিয়া সিদবনা মালেম, মসক, থোরুবা
পরিং কারন, লাকুনা কারনগী ময়াইদা উয়ুং ওইনা
মিংলেন্বু সংকু সং সংকুরেন, ননাইনা তাইজিকে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।—।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা অতিয়া সিদবগী কম্বাল লেন্দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## অসিবগী মিংথৈ

হে লাইনিংথৌ মালেম, তাইবং পানবা
কাকুপ, হুইরেন, থানা চুপ, সেল য়ুংলিবা
নদাইরেম্ম তাইজগে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। × ।।

চিথেক্কী চুক্খোং ৪দা হাইবদি-থাংজিং, মারজিং, রাংব্রেন, কৌব্রুগী চুক্খোংদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## পরিং লাংসং মিংথৈ—

১। অরাং ঙাক্পা নোংথোং তাও তাইজিকে ।
২। নোংপোক ঙাক্পা লৈথোম, তাও তাইজিকে ।
৩। মথা - ঙাক্পা নোংসা তাও তাইজিকে ।
৪। নোংচুপ,—ঙাক্পা লৈসা তাও তাইজিকে ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা পরিং লাংসগী নোংপোক, নোংচুপ, মথা, অরাংদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## চুক্চি মিংথৈ—

১। কৌব্রু লিক্লম,—ঙাক্পা উরৈপান,

তাইজিকে কুধিবু হাউং হায়েং ।। X ।।
২। মিৎলম্ চিংথৈ—ঙাক,পা উরেংবা
তাইজিকে কুবিবু হাউং হায়েং ।। X ।
৩। মৈরম্—ঙাক,পা উসিংবা তাইজিকে হাউং হায়েং ।।
৪। লাইচিরম্ ঙাক,পা উরৈবা তাইজিকে হাউং হায়েং ।।
চুক্চি ৪দা ঙাক,লিবা লাই, চুক্ খাং ৪দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।

## ময়াই কারন্ মিংথৈ—

হে লাইয়িংথৌ কারন্গী-ময়াইদা ঙাম্নোইরিবা
মিংলেন- তম্দুম্লেং কৌবও হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্নগা কারন্গী ময়াইদা ঙাক্লিবা লাইয়িং-থৌদা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## লৈরোন্ নোংলোন্ মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ চিংঙ্ অতিয়া সিদবও
চৌংঙ্ ইবুংঙো নহাক্না লৈবথিবিক সেম্-সাদুনা
লৈরোন-নোংলোন, অনিমক,পু সেম্বীরিবা
মিংলেন,-লৈতুরেন, নোংতুরেন, কৌব হাউং হায়েং ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্নগা তাংবল, ফম্বাল্লেন্দা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিগনি ।

### অরাং থংনবা থম্বাল, লৈনা মিংথৈ –

য়োম্বু সিন্নৈমা মিংলেন,বু হুন্ফ্ নরেংম্বুবী
মুকমু লৈতোন, তোংবী, তেংবাম,বা মপুগী
সায়ু ওইরম, ঙান,বী ইমা তাজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। X ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগা অরাং থংবা থম্বাল লৈনাদা লৈনচিংবা কংকনি।

## নোংপোক্কী থম্বাল লৈকা মিংথৈ—

নোংপোক, লৈমা পান্থোইবী
লৈরোল, নোংলোন, অনিমক্তা নোংসাবী
পিসিন্নু খোৈরি লৈফাম্বী তাইগে
কুবিযু হাউং-হায়েং।।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা নোংপোক্কী থম্বাল, লৈকাদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

## মথাগী লৈনা মিংথৈ

হে খোইয়ুম, লাইরেম্বী খোঙাক, লৈমা
চিরা কোংদিংমু ফান্নু কৌবিও
তাইজিংকে কুবিযু হাউং-হায়েং।×।।

মথা থংবা থম্বাল লৈনা—লৈকাদা চেং লৈনচিংবা কংতুনা খোৈনিজগনি।।

## নোংচুপকী লৈনা মিংথৈ—

নোংচুপ, পুংমাই লৈমা ঙাঙোইমু লাইরেম্বী
তাইজগে কুবিযু হাউং-হায়েং।।×।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, নোংচুপকী লৈনাদা চেং-লৈনচিংবা কংতুনা খোৈনিজগনি।

## লাংবুম, মিংথৈ—

হুং-সং-পু, সংপুলেন, চি-পিং থক, থক, কোৌয়ে
তাইজগে কুবিযু হাউং-হায়েং।×।।

মিংথৈ অসি সোল্লগা ফম্বালেন্দা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি।

ঈসিংগী মিংথৈ—

অংচিরি, অংচিখোম, অং চিরাক,
অংচিরি, অংতক,, অং চিসো
অং উল্লরি, অং চিখা, অং চিথুম,
তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ॥ × ॥

ফম্বালেন্দা লৈরাং লৈহুন, কৎতুনা থৌনিগনি য়াইফ থৌজান, পুক্লিং চংনা নিজগনি।

য়াইবিরেন ৫গী মিংথৈ—

১। পোংথাংলেন,—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ॥
২। লাইয়িংথৌ অপানবা—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং।
৩। থাংজিং লাইমক য়াইখুরেন,—তাইজিকে হাউং-হায়েং।
৪। মাংজিং লাইয়িংথৌ মিরাইরেন,—তাইজিকে হাউং-হায়েং ॥
৫। বাংপুলেল, বাংগোইরেন,—তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং।

খোইয়ুম, লাই য়াইবিরেন, ৫মকপু ঈরাৎ থৌনিতুনা ফম্বালেন্দা লৈরাং লৈহুন কৎতুনা থৌনিগনি। মথকী থৌনি রাহৈসিং অসি সোনবা লোইরগা মৈ হৌনবগীদমক্তা সেম, সারগনি, মৈ হৌরগনি।

# মৈ হৌবগী পাওতাক

মতাং অসিদা কো সনা পাখংবা মৈ কৌবা লাইবু থৌনিজতুনা ইরাৎ থৌনি তৌগনি। মৈ-হৌফমদা চাইরিবা পুম্নমক লানা

সেংনা খোম,জিন্দুনা থমগনি। অদুগা চাইরেন পুখম (কন্বী) অমদা মৈ হৈরগা মৈফমদা পুসিনগনি। অহানবদা লৈমরেন সিদবীবু নিংসিংলগা সনা মহিবু সনা হিদাকী পান্দমগুম মতি ওইনা নৈ হৌফমদা চেনহলগনি বাথম্না। লাইরিক লৈমা সিক্তহৈবী কো সনা পাখংবা, মৈ কোবা লাইয়িংথৌ, নিংসিংলগা, মৈগী থৌনিনা চিংবা পংথোকনি। কন্বীদা মৈ হৌরগা মৈফমদা পুসিনা মথাগী মিংথৈ অসি সোম্নুনা থৌনিগনি।।

# মৈগী থৌনিরোল্

হে খান্বী মৈত্রেং অরাবা ক সনা পাখংবা
লাইনিংথৌ থবাই য়াইবিরেন, সিদবও
লাইজ অয়িংবনা নাওয়োম, ওইবা
মালং অসেংবনা লাঙ্গোল, ফবা
খাম্বি মৈ স্বইহৌ মৈচাক, ফবীয়ু
ঙসি কোরৌ ( নিংথৌকাবা ) গী য়াইফ পুংফম,
( ১০ ) তাবদা সলাই ( লুৱাং ) দা পোক,চবা
নদাইরেম, ( চাওবা—চাওবি ) ননাইন
ঈখ্ সিদব ঈরাৎ থৌনিজব অসি
থৌজাল, লন,কুবিযু কুবি হৈবা কুবিয়ু
হাউং—হায়েং। ×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা মৈদা চেং লৈনচিংবা লাইজ ঈরিক কৎতুনা থৌনিগনি।।

অসিগী মতুংদা অমাই কাইজব', অমাই লাক্লৌ, শিন্বনা,

খাম্বী মৈত্রেং অরাববু, য়েংকী খুদোম্বীন য়েংওইন ৩লক কোইগনি। অমুকসু ওইগী খুদোম্বীন পরে হন্দোক্তুনা ওই ওইননা ৩ লক কোইগনি। অতুগা মৈহম ১ মচিন লুকথন লৌথোক্লগা সম্পাং পাংবদা মমাই ওন্থোক্তুনা মিংথৈদি :—

"উং-সে" হাইনা হন্দাক্ও।

ঐহাক, মহাক্ নাহাক, থরাই খংবা হায়বদি-অমাইবা ৩না, খা, অরাং, নোংচুপ, যুম্বা সানা মাইয়োক্লরগা, মৈ অচু খুৎনা সোক্লা লৌরগা হকচাং অপুম্বা মৈনা কোইগনি। হায়বদি—মৈনা কোইববনি হায়দুনা পুক্লিংদা নিংগনি। মৈ কোইবদি য়েং-ওইননা কোইগনি অম্মুনা মৈদা চেং লৈনচিংবা কংকনি।

অতুগা কম্বীগী মৈ অচু মৈফমদা থাদতুনা সেম-সাদুনা মৈ হৌরগা, মথংগী মিংথৈ অসি সোন্দুনা তৌগনি। অমাই কাই-জবগা, তম্পাক লৈহৌমাই, লংমাই লৈহৌমাইগা, মাইচৌ ৩মক্লা মাইয়োক্লরগা পুক্লিং সেলোং নিক্তুনা মৈ কোবা লাইয়িংথৌগী মিংথৈ মিংলেন ৯সুববু সোম্না সোম্না থৌনিগনি। মশিং ১৮লক নত্রগা ১০৮ লক হন্ন হন্ন সোন্দুনা চেং লৈনচিংবা কংতুনা থৌনিগনি ।।

## মৈগী সলাই মচু মিংথৈ—

অমুবা, অঙাংবা, অঙৌবা, অসংবা
মেমান্বা অরাওবা, হিগোক, মচু ৭না
তিল্লবা মৈ কোবা লাই, ফম্বাল- লাংদা
ফম্বাল লাংবিয়ু, ঙসি কোরৌ নোংদা
য়াইফ পুংফম অদিদা হাউং-হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি অমাইবনা ।।

## অতিয়াগী মৈগী মিংখৈ—

উং মৈমুসং, উংতরংঙাং, উং ভান্তুহিং, উংভান্তুঙাং
উং সংতরেং, উংকেমমুখি উং মৈহিংসং, উং মিৎ তরং
উং সংমুবি, মিংলেন, ৯ থানা কৌজরি হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং, থোইদিং লৈনচিংবা অমাইবনা কৎতুনা থৌনিবিগনি ।।

## অসিবগী মৈগী মিংখৈ—

উং অং য়েং, উং ঈফুকে কক্রচী
উং মকিক, ওক, কুক,, উং ইং হুং
সং তরেং লিয়োম্বা উং লৈচি পুন, চিন,
পুৎলেম, লিক্লাপুন, ইয়োম্বা লৈহিংসং
ইফুৎথোক, ইয়াবা মিরিংহিং লোয়াম্বা
মিংলেন, ৯ কোলোই থানা কৌজরি হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা চেং লৈনচিংবা মৈদা কৎকনি । অমাইবনা ।

## পাথংবগী মৈগী মিংখৈ -

উং চিরি, উং চিখোম, উং চিবাক, উং চি-লিং
উংচিতক, উং চিসো, উং উলরি, উং চিথা
উংচিথুম,, মিংলেন, ৯ কোলোই থানা কৌজরি
হাউং-হায়েং । +।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগা, মৈদা চেং, লৈনচিংবা কৎতুনা অমাইবনা থৌনিবিগনি।।

## পোইরৈ, খুম্বোক, মৈ –

১। পোইরৈতোম্বা খুনথোক, মৈ।।
২। পোইনাও তানা খুনফাও মৈ।
৩। থাংজিং উপি উরেন, মৈ।
৪। সত্ত্ব ভেক, চাক, মৈ।।
৫। হেম্বা পাম, চাক, মৈ।।
৬। তরা চাক, থোং মৈ।।
৭। সংলৌ য়েন, ফুৎ মৈ।।
৮। চাবোক, কদাং মৈ।।
৯। অমন, সিংগুম, মৈ।।
১০। চক, পা ফুইক, মৈ।।
১১। চরু তাংসম, মৈ।।
১২। লমজাও খাম্বী মৈ।

তাইবং খাম্বী মৈরম, ১২ নি থোইদা
ননাই ( চাওবা·চাওবী ) গী য়াইফবা
পিবিয়ু হায়জরি হাউং-হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংখৈরোল, অসি সোল্লগা; মৈদা চেং-লৈনচিংবা কৎতুনা অমাইবনা থৌনিবীগনি।।

অম্বুন্না মৈগী মিংখৈরেল, অসি হুন্না হুন্না ফলক নত্রগা তরা-নিপাল্লক ( ১৮ ) নত্রগা ১০৮ লক সোন্দুনা চেং-লৈনচিংবা কৎতুনা থৌনিবীগনি। থৌরমসিং অত্তুগী মতুং ইন্না নাহুৎ নারেংবা, থাংদিন লেংলোই খোইথাংবা, লাইমিং পিবা, ওইরবস্থু মৈ লাৎপগী থৌনি থৌরম অসি লোইরগা পিবীগনি।।×।।

# লাইমিং লৌবগী থৌরম্

লাইমিং ফংগদৌরিবা ( চাওবা-চাওবী ) অতু অমাইবনা অহান্‌বদা নাহৈ নাসেংবিগনি। অতুগা লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীদা খুরুমজগনি। চৌংগু য়াইবিরেন্, সিদবা সিদবীগী, মিংথৈলেন অহক্‌পা অসি পম্বৌনা, মপারি-মমোমগী, নাকোং থোংলেন্, অনিদা তাক্‌পিগনি। লাইমিং লৌবগী পোৎলম- "লংহি থাংদিন" মচা ২, ১ গী লিক্লাং পরেং ৩, অসিনি ।। ✕ ।।

**লাইমিং—**

হয়ি—লাইমরু—ক·স·ন
মপুলেন্—হৈরোম্—সিদবা ।। ✕ ।।

"হয়ুম্—সিদব"গী মিংলেল্, য়াই অসিবু ফংজববদি খোইয়ুম লাইগী লাইমিং ফংজরে। পুক্রিং চেৎনা সোল্লো ।।

## লিক্লাং মরু লাইসোন্—

মরু যাইমরু মনিক্, য়াইনিংথৌ
চাক্লিক্, মরু নোংথৈ মরা ওইনা
তুবি মঙান্, অরাব লিক্‌সি, লিকোই
য়াইবী কোংগোইহক্, ময়াই সনচীৎ
চিকিংরীং মরু হিং ।।+।।

মথক্তা মিংথৈ অসি লিক্লাং পরেং ৩দা সোল্লগা লুরেল্, ঙক্‌-সমদা সিবিগনি ।। ✕ ।। ✕ ।

# থাংদিন, লংহিঙ পিবা

## লংলা ৯গী লাইমিং—

কৌক্রু থাংমাই মারহন, নোংথৌ সোরারেন,
তাওবিরোইনাই, নোংপোক, অচিবা চীংখৈ য়াইফু
থাংজিং লাইমরু, বাংপুলেন খানা চাওবা ।। ম ।।

মথক্কী লাইমিং ৯ অসি থাংদিন, লাংলা ৯গী লাইমংনি ।

## মিংথৈরেল,—

উং-হুং-লৈপী তোমসেন, নপ-ক্ষা ।।

## কিসি ৩গী লাইমিং—

১ । মাস্তোমলেন, ২ । য়াইতোম্লেন, ৩ । হৈলোম্লেন, ।।
উং—যেং-হুং-হ-র-স হহিং-রহিং-সহিং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি কিসি ৩দা সোনপনি অহুগ অমুক মথাগী মিংথৈলেনসিং অসি সোল্লগা থাংদিল, লংহিং অত্থু লাইমিং লৌরিবা মুপা অত্থুদা থাংবিগনি ।।

## লিক্লাং—থাংদিন, অপুনবা মিংথৈ—

উংক্ষা-উংকুঙ, উংখে অং-হং-সং
হহিঙ-রহিঙ-সহিং অচি লাইমিংথৌ
লৈ-নোং ৯ গী চেংলৌ সকথোং ওই, মালেম্
মপুঙ, লাক্লা মুগতিন, য়াইমরু মুংতাই ৯ মুবা
সম্ লেংলোই খোই থাংজরে ।X।।

থাংদিন, লংহিং লংলা, খোইথাংলিবু মতাং অসিদা য়েংওইননা থাংবিগনি ।

## মৈদা থৌনিজবা মিংথৈ—

হে লাইয়িংথৌ নহাক্না লৈবখিবিক,
থৌজাল, লন,কুবিত্থনা ঙসি কোরৌ হুমিত্তা
ঈরাং থৌনিজবসে অকবা মুংঙাইবা
পুন্সি মুংসাংবা য়াইফ থৌজাল,
পিনবিয়ু নমিং নথা সুদবা রাহৈ,
অরান, অকুই খিবিক, তাখিবিগন্নু
হে লাইয়িংথৌ হাউং হায়েং ॥×।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন্নগা মৈদা চেং লৈনচিংবা কংহনগনি। নোল্লক্না য়াইফ থৌজাল নিজগনি। পলেম,পম্বৌনা চিংবা থুরমগনি। চরৈ, অকংসেন্না থৌনিজগনি। ময়াই কোইরেন সোন্নপুংনচিংবা খুকমত্থনা থৌনিজগনি। মতাং অসিদা অমাইবনা অতাইরোন, লাইরোন, সোন্দুনা লাইতাইনরগা থৌনি মতোন লোমগনি ॥×॥

## মৈ-মুংপগী মিংথৈ—

হে ইমা লৈমরেন, সিদবী নংনা কোল্লো।
মালেম, লৈয়াই থক্না কোল্লো॥
খাম্বী মৈহৌবগী মৈচং হল্লে কোল্লে॥
মালেম, থরক,মুংদা কোল্লো॥
লাইজ অয়িংবনা নাওখোম, ওইরে কোল্লো॥
মালং অসেংবনা লাংগোন, ফরে কোল্লো॥

## মৈ মুংপগী মিংথৈ—

লৈতাইবি নংনা তাইসিন,বিয়ু
লৈনেংপি নংনা নেংসনবিয়ু

মৈমুংপি নংনা মুথংপিয়ু,
সুম্মং—সুম্মং—সুম্মং ॥ ×॥

মথক্তী মৈ মুংপগী মিংখৈ অসি সোন্দুনা, অথুম্বা, অয়িংবা, সংঙ্গোম, অনোবা, চহি, খোইহি, পুন্নপ ঈসিং থরগা যানসিন্নগা, তাইরেন, পুংকাইন লুগুনা মৈদা চাইসিন্দুনা মুংথংকনি।

---

# লুহোংবা

পাখংবব নিংথৌরেন অখোইবা হাপ্পদ লংইরেম্বী ৭ না যেংওইনন কোইন্নগা, নৈরাং থুজোক থম্না হাপ্‌তুনা, পাখ বগী লুরেন্ থক্লা লৈ-কংলি। অসুম্না লৈবাক্তী অকন, অথৌ পুম্নমকসু লৈ কংলি। পাখংবব নিংথৌরেন, অখোইবা ফম্বাল তাংহন্‌খি। লুহোংবা ফম্বাল তোংবা, ফম্বাল, কোইবা থৌরম অসিদগী হৌদমনখি। (ফম্বাল লোল)

অসুম্না নোংবাল, পোম্বি লুহাওবগা, কৌব্রু নামোইনুগা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী মতমদগী কোইনব, চা-থাই মৌহাইনব হৌদোক্কনা যুমশকৈশ মুমিংত লুহোংবগী থৌরম্ পাংথোকখি। (কৌব্রু নামোইনু লাইরিক)

"কোম্হৌরম তম্ফা" লাইরেম্বীগী সম্লাংদগী সাওনখিবা, লৈসং খেকবাইব লৈরাংবু চাংও লাইদা কংপদা, খোইদুম্ লাইনা পাম্নশি পেন্নখি। লাইগী হৈকং লৈকংপদা, লৈসং হায়িব লৈ অসি কংকনি। (খোরিফাবা নাওখেমলোন)

"ঋাংঙ্ তম্ফা" লাইরেম্বীগী মীচৈদগী য়েলাংর মুং-ওনখি। ফিরুকস্ন মুঙওনখি। ঋাংঙ্ তম্ফা চৌংলা ত্রে। লুহোংবগী হৈসেম্বদ হৈক্রু, হৈনিং, হৈজং, লকোই-চুঙৌ, লৈসং অপিনচিং ব পোংলমসিংসি তম্ফাগী মতমদগী হাপকৎনহুনা সেমনরকখি। মৈতৈগী লুহোংব হাইবা থোরম, অসিগী অনান, কুয়া হাপকংহুবা ওসি কাওম ক্ষজবা হাপকৎপগী অরোইবা লৈতনা চৎনরি। (থাংগ ঋাংঙ্ চৌংকোইরোন)

## লুহোংবগী চৎনব পথাপ—

নিংঙোন চংহাই মৌহাইনহুনা পিনবা। হৈখিল লৈথিরবা বারোইপোং খাবা, হৈজিংপোং পুবা, পিবা পাওতাক (বাতেংন) তৌবা। লুহোংবা মুমিত্তা সোম্পুং ময়াইদা ঈরাৎফু অমা লাৎপা। মিংথৈ সকপা। ঈরাৎফু মমাংদা পিবা কম্বাল তোংবা। কম্বাল মথাদা থম্বাল, লৈনা য়েকপা। পুন্সি লৈপুন পুনবা কুজপোং কৎপা। মিতম ঙা থাবা। সেন্দাই কংপিরা। য়াইক খোজান পিখিরিবা কৈ পুন, খোঙ্গা কুজপোংতা হাপ্পা। পিবাগী মমাদা কুজপোং সিন্নবা অহুবু কুজপোং য়াবা কৌই। লৈমনা পিবা খ্বাজ ৭লক কৌইবা। কোইবা খুদিংগী লৈরাং খুঙ্লাক লুরেম থকা কংকনি। লৈরাং কুঙো পরেং ২ হুকনি। লৈমা, পিবা পুন্না কম্বাল তোংগনি। পিবানা মও কগী, লৈপরেং ১ লোথোক্লগা লৈমদা হুকনি। সোম্পুং ময়াইদা, লৈমা-পিবা, য়েৎকা ওইগা খমরাং লোপহনগনি। চুর তুংবুন ফিজি ২ পুমগনি। মমাই নোংপোক ওন্দুনা, সরি পন্দোমনননি। লাইতিংথৌবু নোম্নকনি। চুপিনা মাং থাহুনা চংঙগা লৈমরেনগী ম সোফ কাদা কম্বাল, ফমগনি। কাংথুবি, কা লালনগনি

লৈমা-পিবা। মমা-মমান়া ময়া, মমৌদা কা লাম্নগনি। তুং-বুল চরৈ ফিজি২ থোক্লনি। পিবানা থোক্লগা সাগৈ অহল, সোম্নপুং ময়াইদা, হৈরাম্নহুনা সকথং মাইথংনবা, ঙাইকোম্নবা খুরমগনি। পিবা সেম্নবদা সেন্দাই কৎকনি। মুপি ময়ুম্না লৈমা থিল্লক্লবা মতমদা, পিবানা অহনসিং খুরুমগনি। মঙানি সুবা মুমিত্তা মুপা ময়ুমগী মুপি ও চৎহুনা "চৌংমুং-মুংসাং" কাইগনি। তরুক্লি সুবা মুমিত্তা মুপি ময়ুম্না মচা, ময়া ঙাইসেন চাককৌগনি। অহুবু মঙানি চাক কৌবা কৌই।

## পিবাগী থৌরম,—

পিবানা লুহোংবা লাক্লমদাইদা, য়াইফ থৌজাল পিবা; পিবা কাদা ফক্ অমা থাগনি। মমাংদা সন-লুপা লৈ তাংগ ১ ও পরেং থাগনি। হৈরুক তাংগ্া ১ কা তাংগ্া ১ ঈরাংফু ১ মেক্রুক থাংমৈ, লৈ, কৎতুন ঈরাংফু হাম্না লাংথোকপিগনি। অমাইবনা।।

অহুগা পিবানা কা তাংগ্া ১ দা সেন্দাই অমমম হাপলগা পম্বৌ· পলেমদা কৎকনি। পম্বৌ· পলেম্না নাম্থবিহুনা থৌজান পিবিগনি। ফিদা অহু পিবানা খুৎনিংথৌনা শোক্লনা লাইপক্তা ও-লক কৎলগা ফমগনি। ঈথিক কংগন লোহুনা হকসেংগনি। লৈ লাং-গনি। অহুগী মতুংদা পিবানা লুহোংবা লোইহ্রিফাওবা কনাগুম্বা অমদা মকোক লৈপাকতানা খুরম্বা য়াদে। হাইক্লেৎ নোনবদি য়াই।

অহুগা পিবানা লুহোংবা লাকপা মতমদা লম্বীদা ও লক পোৎথাগনি। মুপিগী কোম্থোং রোৗরগা মৈরা ও পাইহুনা মৈথাং ও লক্ মৈ ওকপিগনি। মনেম ও না ময়াদা কা তাংগ্া লান্দুনা ওকপিগনি ময়ানা নোম্লকনি। কা অহু সোক্লগা লাইপকতা

কংকনি। সোম্নপুংদা চংঙকনি। নোমৎক্লয়গা ফম্‌ফমলাংদা লাইপক্ত ৩ লক কংলগা ফমগনি॥

মৈতৈনা ঈশ্বাং থৌনি খুদিংমক্তা খোইজু লম্ ওক্ ( মৈওকপা ) থৌরম অসি চৎনরম্মী কম্বি অমদা মৈ হোরগা খোইজু, লৈখাম মেক্রুক থারগা মৈথু অহু চংঙ্‌কইবা মীওইসিংদা লুম্‌জিনবিরগা অমাইবনা ঈসিং, তাইরেন পুংফাই পাইহুনা নাহৈ নাসেংবিগনি মফমদি কোম্বোং—নত্রগা সুমাং ময়াইদা অহুগা য়ুম চংঙকই। তিল্‌মু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবা ভুরৈ ইরৈ চেন্দনবা লাই তাইনবগী থৌরম্নি—অহুবু মৈ,ওক্‌পা কৌই॥

ইবেম্মা পাল্‌থোইবী লুহোংঙগা-থাবা মরাং য়াইদা থিল্‌-থিবদা থাবা সিংনা কোম্বোংদা উচান্‌ থাম্বী মৈরা ও চিল্‌ওক্লনা থারগা খোইজু, লৈখাম, মেক্রুক কবোক অফাবা মৈদা কংলগা মৈথাং ৩লক ওকখি। অমাইবনা নাহৈ নাসেংবিখি। মনেম্‌-বোক্ মমুতেক্‌ঙানা, চরৈ মইনফিনা কোম্লগা মমৌবু মরাং য়াইদা পূসল্লক্‌ই কংলৈ সুমাং মথৌপুং। নোমৎকখি অসুম্না ঙসি ফাওবা লুহোংবগী মৈরা ওক্‌পগী মওং অসি চৎনথি॥

## মৈরা ওক্‌পগী মিংথৈ—

মৈ—ঈসিং—দুংসিং লৈপাক্—অতিয়া— মঙাগী
মতিক্ ময়াই ওইবা, থাম্বী মৈ ওক্লে। য়াইফরে ॥ X ॥

মথক্তা মিংথৈ অসি সোম্লগা মৈরা ও পাইহুনা চিন্‌ওক্লরগা, কবোক অফাবা, মেক্রুক, লৈনচিংবা চাইসন্দুনা, মৈথাং ৩লক, ওকনি॥ তিল্‌—লাই ফত্তবা তাইবা থৌরম্‌—মৈ ওক্‌পা কৌই॥

## লমলাইগী পোৎলম্—

ফিরুক ১ কবোক, মতুম ১ লফোই লফাং চং ১

চু-তাংকক, ১ হৈ মনম, নাইবা ১ মনা ১ কা ১

মথক্কী পোৎলম,সিং অসি লুহোংলিবা মুপি অত্থুগী কোন্,-থোংদা লম অত্থু কোল্লিবা লাইদা কৎথোকনি ।।

## মিতম্, ঙা থাবগী পোৎলম্,—

ফিরুক ১ ঙামু ৭ হৈরুক তাংগা ১ পানা ১
মেক্রুক থাংমৈ, সেন্দাই ১ অসিনি।

কুজ্ঞ পোৎ কৎলকপা মতমদা মথক্কী পোৎলমসিং অসি পুত্থুনা মুপা মুপি ২গী মী ৩/৩ চৎতুনা ঈসিংদা ঙা থাদগনি। অনিগী অতেক অকাই, অফ মুংঙাই খুদম য়েংবনি। মসা কন,বা ঙামু ২দং থল,লো ঈসিংদা চপ মান্ননা থাদোকপিগনি। ঙা অনি অত্থুনা পুন্না মসা খিং খিং লাওনা চৎমিংশ্রবদি য়াম্না ফরে। ঙা অতৈদি ঈসিংদা থাদোক্লম্ন ।।

## কুজ্ঞ পোৎকী পোৎলম,—

য়ুবি ১ হৈ মনম নাইবা ১ কৈজোম ১ কাতি ১
খুজিম্থাং ১ কোয়েৎ ১ লৈসং ১ লৈ পুল্লৈ ১
লংহিং, তিংথৌ কেতুকি মনা সমচেৎ ১
লফোই চং থোকপা অমা চেং থর্‌া মিংসেন অমা
সেন্দাই অমা কা মতোন থোকপা অমা মনা ১ কম্বি ১
ফিরাক তাইবা ফি ১ সিং ওইকোন, য়েৎকোন ২
থুম ২ মুপি ময়ুমগী থৌরাংনি পুন্না য়োমগনি ।।

মথক্কী পোৎলমসিংসি কুজ্ঞ পোৎ কৌই। পুন্সিগী লল,উন, পোৎনি। হায়রিবা কুজ্ঞপোৎ অসি মুপাগী মমানা য়াগনি। কুজ্ঞ পোৎ অসি ময়ুম য়োরগা লৈমা, পিবা নত্তনা অতোপ্পনা সিজিন্নবা য়াদে। কুজ্ঞা পোৎকী লফোয় অত্থু, লৈমা-পিবা ২গী

কাংথোন লুখুমদা থমগনি। পিবানা চাগনি। অতোপ্পা মীনা চাহৈদে।।

## অপোকপগী হৈজিং পোৎলম,—

হৈক্রু ৩ হৈনিং ৩ হৈজ্রাং ৩ লফোই চং ৩
চুঙৌ চুকক, ৩ লৈসং মতোন, ৩ য়ুবি নক্রগা
অৱাথবী ৩ কবোক ৩ কা মকু পানবা ৭ মনা ৭
পান্নাও ৩ সিংনাও ৩ য়েৎকোল,-ওইকোন, ৩/৩
লসিং মপোপ ৩ নক্রগা ৭ য়াওগনি।

পোৎলমসিং অসি ৩/৩ না খুজিং ওইহুনা হাপকনি অহুগা ফিরুক ১দা হাপলগা সেম্মো অহু পুগনি। অপোকপা পুন্নোন ৩দা কৎকনি।। চং থোকপা মসিংনা কৎকনি।

## অথেল পোৎকী পোৎলম,—

চেং থরা এন্সাং মনামসিং থরা।।
লফোই চং ১ থুম ১ হৈক্রু ১ হৈনিং ১
হৈজ্রাং ১ চুঙৌ চুকক, ১ লৈসং মতোন, ১।।
য়ুবি নক্রগা অৱাথবি ১ কবোক, থরা কা ১
মনা ১, পান,নাও সিংনাও লুক,মাই ১দা হাপকনি।
অথে,না,পোৎকী পোৎলমসিং অসি লৈমরেন্দা কৎকনি।

## চিংন্নুং ন্নুংসাং পোৎলম,—

চেং ফিরুক, ১, থুম,পাক ২ পান্নাও ২
সিংনাও ২, হৈ মনম, নাইবা ১, পৈসা ২

মুপী ময়ুমগী ফুঙ্গালাইক মমাংদা থম,গনি। ৫নি মুবা মুমিত্তা মুপা ময়ুম,গী মুপী ৩ পা। মুপী ময়ুমগী মুপী ৩ পা পুন্না থৌনিজরগা, "চাংমুং মুংসাং" ফিরুক,, অহু কাইথনি খুদম,

য়েংগনি। কক,চেংনা-চিংবা তিন, মচা য়াওরম্বা ফৈ। অসিবা য়াওরম্বদি ফত্তে ।। × ।।

চাওপোৎ—কবোক, পোৎলেল, ২ কা-হৈ পোৎলেল, ২ সাজম, নাহুনা পুগনি অহুবু চাওপোৎ পুবা কৌই। অহুগা ইবেম্মা পাম্হোইবী লুহোংবদদি—চাক, অথোংবা চফু, এন্সাং অথোংবা ইরাল, সাজম, সাহুনা পুখি। মী ময়াম, চামিন্নবনি। × ।।

হৈজিংপোৎ থাবদা পুগদবা পোৎতি—অপোকপগী ফিরুক, ১০ লম,লাইগী ফিরুক, ১০ হৈজিংখরাই ৩০ নত্রগা ৫/৭ পুবা য়াই। সোম্নপুংগী লাইয়িংথৌদা কৎনবা পোৎলম,—কবোক, হৈরুক, ১০ কা ১০ লৈলাংনদোনা ১০ মেক্রুক থাওমৈ পৈসা ১০ তাইরেন, পুংফাই অসিনি ।।

হৈজিং খরাইদা হাপ,কদবা পোৎতি- লংফাই চং অমমম, কবোক, হৈজাং চুঙৌ তাংকক, ১০ হৈক্রু ১০ হৈনিং ১, হাপ,কনি। লৈমগী ফিজেৎ লৈতেংগী পোৎলম, অচা-অথক্না চিংবা কয়া লুক্‌মাই অমমম,দ সেম,হুনা পুগনি। অহুবু হৈজিং খরাই পুবা, হৈজিংপোৎ থাবা কৌই ।।

মুপি ময়ুমদা—মুপা ময়ুম্না,হৈজিংপোৎ কৎলম্নবগী মতুংদা; মুপিগী মোপুরা অমনা মুপা ময়ুম,দা, লাক্তুনা, তাংগ্‌া মথোন, ৩ কা তংথাই ৫ না সেম্বা তাংগ্‌া ১, লৈ অংঙৌবা পরেং ১ কৎকনি। লুহোংবগী "পিবা" ওইনা লাক,পিয়ু হায়না পাও-তাক্লম,গনি। অহুবু—পিবা পাওতাক, (বর-বাতো'ন) তৌবা হায়না কৌই।

সোম্নপুংদ পাফল, য়েক্লিবা অহুগী মথক্তা লূহোংকান, থাগনি অহুগী মমাংদ হৈরুক, ১ কা ১ মেক্রুক, থাউমৈ ১ অকৎ

সেন, ১ লৈনচিংবা কৎকনি। অদুগা পিবা অদু সোম্বপুংদা পুসন্‌গনি নোম্নক্কনি। সংলেন, মপু নোম্নক্কনি। লুহোংফান, খুংনিংথৌন সোক্তুনা ৩ লক, লাইপক, কৎকনি। অদুগ ফম্‌-গনি। পিবাগী মাংদ নুপী ময়ুম্‌গী পান্থৌনা মাই অরাং ওন্দুনা হক্‌সে গনি। অনম, অথৌ কোক্কনি ঈরিক, কংগল, ৩ লক লৌথুনা হক্‌মুং সেংগনি অম্মুম্না পিবাম্ব সেংদোক, হাইদোক্কনি। ঈরিক, কং-গন, ৩লক, লৌহন্‌গনি। পিবাগী মমাংদা লৈপাকত ঈসিং খরা খিক্‌থগনি-অদুগী মথক্তা তাংগা ১ থাগনি।

# লুহোংবা ফম্বাল্ সেন্



থৌনিরোল, মিংথৈ—

ঙসি লোইদাম, থাজ ( লম.তা ) থাগী মাক.মৈ ( ২০ ) নি পানবা
কোরৌ হুমিং ( নিংথৌকাবা ) গী য়াইফ পুংফম, (৪) তাবা মতম

অসিদা সলাই ( লুরাং ) দা পোক,চবা ননাই ( চাওবা ) গী
ইমোম, লাংলেন, ( তোম্বী ) চন্নু অসি থাজ কুজগে হায়বগী
ননাইনা ইপা-ইপু, ইপুধৌ, পুরোল, ৩ মক,
ঈবেন,ধৌ পেলোন,৩মক, কোলোই মিকৌ তম্লী
খুংফাং চেপ্পা লোম্না পূনেম,জরি থৌজাল, লল,কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।। × ।।

পিবাগী মমাংদা মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা তাংগ্‌া অদুদা লৈ
ঈসিংনচিংবা হাপ,তুনা কৎকনি ।।

সলাই ( খুমল, ) ( চাওবা ) দা ইমোম, ( তোম্বী ) চন্নু
অসি থাজ লল,কুজগে ।। লৈরাং লৈকৎচগে ।।
লৈপাক, নোংথৌ অনিমক্লা কাকুপ,নঙৈ রাদি
লৈপাক, মমিং ফা কৌয়ে । নোংথৌ মমিং বুং কৌয়ে ।
লাইয়িংথৌনা লৈপাক, নোংথৌ অনিমক্কী মরক্তা
মনা কাগোক, কুম্বগী মন্নুংদা লৈরিবৈগী মিংলেন,দি
তিং-থক, কৌয়ে । লাইরেম্বীগী মিংলেন্দি-কোন্দে লৈরাংম্ন,
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।। × ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোন,বা মতমদা পিবাগী য়েৎকী খুউদা ওইগী
খুৎনা সোক্কনি । য়েৎনা ঈরিক, কংগম্না ঈসিং কন্দুনা মাংদা
তাংগ্‌া অদুদা কৎকনি । লৈ মনা অমম্না ওাংগা কৎকনি ।
পিবাগী লুরেন্দা লৈ, ঈসিং কৎকনি।।

লবাই কোইরেন, সেম, নাপ নাকোং সেম,
মিৎকোই চাইজি সেম,, লাইপক, খেলাই সেম,
পিম্নুম, পাগোইসেম, নাখোং নাচি সেম,
নাতোন, নাক,চি সেম, খজাই চাইরুং সেম,
চিন,বান, য়ারেন, সেম,, খোইজি খোংখা সেম,

থৌরি লুখম,সেম,• লুমাং সম্ব,ম, সেম,
তান,ফম, খোইথা সেম,• খুনিং পাম্বোম, সেম,
খুজেং খুনিংসেম, খুংনম, খুবাক, সেম,
খুংপি কারোং সেম,• খুজিন, লৈকানচিংবা সেম,হনা
অসেম্বগা অসাবগা লাইয়িংথৌ নঙ,বু তাইজগে
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা ইসাগী হক্তা লুরাই কোইরেন,• নাখোং নাচি ২ লেংজুম ২ মফম ৫ অসি সোকনি। তাংগ,দা লৈ কংকনি। তাংকক, অমা ।। X ।।

## ইমুংগী থৌনিরোন,

ইমুংদ অমাইবনা চহু লৈমগী য়াইফনবা ঈরাৎফু থৌনিবিগনি। পস্থৌনা নাহৈ নাসেংগনি। চহু লৈম অহু ঈরিক, কন,গন, ৩ লক, খুংবাক্তা হৈরগা হক,মুং সেংগনি। অপুগা পস্থৌদ নোল্ল,রু থৌনিগনি• পস্থৌনা লুলেন, থক্তগী নাম্বিহুনা য়াইফ থৌজাল, পিবিগনি। চহু লৈম অহু নিংসা সোর য়েংলগা সোর,ন লৈব মাইকৈদ খোং হান্না থাংহুন খোংসাল্লকনি। সোম্নপুং লাইবক, কংতুনা নোল্ল,কনি। ফম্বাল, মমাংদ ফম,হন,গনি অমাইবন নাহৈ নাসেংগনি। লৈমগী খুংবাক্ত ঈরিক, কংগন, ৩ লক, হৈহুনা হক,সেংগনি ।।

## অতাই কসা অপোক,লেন, মিংথৈ—

হেবুংথৌ হেবেম্মা য়োইবু কসা তাই
য়োইরেন, কসাতাই• য়োইহৈ• চিগা তাইগে
তিল,মু হোইব লাইমু হোইবু তাইগে

কসা চংপি তাংগা চংপিবু তাইগে
থম্মোই নামোইবি সুক্ক হৈবিবু তাইজগে ।।
সোইকু হৈবি, লল্‌কু হৈবিবু তাইজগে ।।
থুম্‌কু হৈবী, ফোকু মবিবু তাইজগে ।।
চাক্‌কুবি তম্পাক্‌ পোক্‌পিবু তাইজগে ।
ধবি পোক্‌পি নিংথৌ পোক্‌পিবু তাইজগে
হুপ্‌লা হাম্বা পোক্‌পিবু তাইজগে ।
সুক্‌নাও সোইনাওনি খুন্‌হোং লৈহোংনি ।
ঐবু সিজ্ঞব—চৌংঙ্‌ ইবুংচো,
নোংথোরেন, অথোইবা নংবু তাইগে ।
লাইরেম্মা সিদবীবু তাইজগে কুবিয়ু ।।
হাউং-হায়েং ।। ম ।।

মথক্তী মিংথৈ অসি সোল্লগা লৈম-পিবা মনিমক্‌ তুনা তাইরেন্‌, মনা পায়তুনা সেংদোক্‌ হায়দোক্কনি ।।

## লাইরেম্বীগী মিংথৈ—

লাইরেম্বীগী মিংথৈদি কোন্দে লৈরাংমু কৌই ।
লাইরেম্বীবু তাইজগে কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্তী মিংথৈ অসি সোল্লগা, মুপীগী য়েংকী লেংজুম্‌দা পম্থৌনা ওইগী থুংনিংথৌনা সোক্কনি, অমুগা মুপীগী লুরেন থঙ্ক লৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি ।। মুপি মমাংদমু তাংগ্‌া ১ থারগা লৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি ।। X ।।

## সিরাগী পুরোন্‌ মিংথৈ—

ওসি লোইদাম্‌ থাক্ক ( লমতা ) গী
মাক্‌মৈ ( ১০ ) নি পানবা, কোরো ( নিংথোকাবা )

মুমিৎ য়াইফ পুংফম,, (৪) ত.বা মতমদ
সলাই (লুরাং) দা পোক,চবা নদাইরেম, (চাওবা) দা
সিঙেন, পুখোং খংনা লৈরাং লৈকৎচরে।
মপারিবু পোক,চবা — ইপা-ইপু-ইবুধৌ
পুরেন, ৩ ইবেন,ধৌ পেলেন, ৩
থাহনা খোইয়ুম, লাইমিং সোম্নুনা
লৈরাং লৈকৎ তম,জরে, নদাইরেম, (তোম্বী) অসি
থাঞ্জ লল,কুজরবনি হাউং-হায়েং ।। X ।।

মথক্কী মিংথৈরেন, অসি সোয়লগা, পিবাগী মাংগী তাংগা লাদা চেং, লৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি ।। X ।।

## লৈপুন মিংথৈ—

হৈরাংনে, তাওজিংনে, মমুংনে
সিংঙেম্নে,লৈরাংনে, তাইজিক্কে ।।
হৈ কৌবদি মুপানে, লৈ-কৌবদি মুপিনি ।।
থাবু সিংঙেন, কৌরে। মুমিৎপু লৈরাং কৌয়ে।
মুমিৎ চৈপিং ৭ মাদা লাংওন,লক,পা
হৈরোম, সিংঙেন,, হৈরাং, লৈরাং অনিবু
য়াইবি লৈপুন, পুন,বিরবনে, সলাই ২ তাইনরে ।।
হাউং-হায়েং ।। ঌ ।।

মথক্কী মীংথৈ অসি সোয়লগা মুপাগী মথুংনা মথক থংগনি। মুপিগী মথুংনা মথা থাহনা, লংজা ৭ না, মুপি মমানা লৈপুন, পুন,-বিগনি। লৈপুন,গী মথক্তা কুজপোৎ, থাংগৎকনি। কুজপোৎকি মথক্তা লৈ, কৎকনি ।। কোরৌখালেম, অনিগী ফিথুপ, কাই-ফদে। মতাং অসিদ মিতম, ঙা থাগনি।

## থৌজান, মিংথৈখেলেন—

হে চীংঙু খোইয়ুম, লাইয়িংথৌ
নহাক্না সিন,থোং ওইনা থম্বীরম্বা
ইপা ইপু অপোকপা মথং-মথং চৎনরক,পা
খোইয়ুম, লাইগী খুৎসেম,বু কাইদনা পাগী পারম,থি
নুগী মুরম, থিহুনা থাজ লন,কুবিরবনে ।।
ঙসি কোম্বৌ মুমিত্তা ইকুনা ইমোম, লৈম চম্বু
লৈরাং লৈকৎচরে, লৌসিং নাওবা ওইবিনি,
পারি ইবুংঙো, ইমোম নখোই অনিমক্না
পাইমা খোইচংনা তিল্লাং খোইতানা
য়াইফ থোইন মুংসাংন, মুক্তা সোইদনা
ইপা ইপু অশোকপা খোইয়ুম, লাইগী থৌগন,বু
পুক্লিং চেৎনা পাল্লো হাউং-হায়েং ।। ৯ ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগা, কুজপোৎকী মথক্তা চেং লৈ, ঈসিংনচিংবা কৎকনি। পৈসা ১ কৎপিগনি। অউন,. পোৎকী পোৎলম,সিং অহু তাইরেন, মনা পাইহুনা ঈসিংনা হাইদোক, সেংদোক,পিগনি। অহুগী মতুংদা নুপী মরুপ, নুপা মরুপ,. কুজপোত্তা অকৎসেন, কৎপিগনি কৎপগী থৌরম, অসি লোইরগা পিবা সেনবনা কুজপোৎ মথক্তা লৈপুন, থোক্লগা হাপ্তুনা পুরকনি। পিবা মমাদা কুজপোৎ য়াহন,গনি। লৈমনা পিবা ফম্বাল, ৭ লক, কোইগনি। কোইবা খুদিংগী লৈরাং খুজোক, লুমেন্দা কৎকনি। খুৎকাং ১০ লোন্দুনা লোল্লক্লম,গনি। অরোইবদা লৈরাং পরেং অনী ওক্তা হক্লমগনি। লৈম ওইথম, ফম্বাল, লাংগনি। পিবানা মাগী মওক্তগী লৈ, পরেং অমা লোথোক্লগা লৈমগী ওক্তা হক,পিগনি ।।

অহুগা সোম্নপুং ময়াইদা—লৈমা—পিবা নোংপোক, ওন্দুনা থম্‌ব্রাং লেপকনি। চরৈ অনি লৈপুন্‌বিগনি। সরি রাশকরুগনি।

## সরি রাশক রাহৈ—

ঐখোয় ২গী পূন্সি অসি ঙসিদগী
লৈপুন্ ওইরসি সরিসো ।।×।।

অমাইবনা—ঙসি পারি ইমোম, ২ লুহোংবা অসি সুক্তা সোইদনা পান্‌মিন্নসি, পূন্সি লৈপুন্‌নসি হাইনা সরি রা-সরুরে। য়াইফরে ।।

মুপিনা মমাং থারগা, মুপানা তুং ইন্দুনা ইমুংদা চংঙকনি। হৈরান্নগনি। মুপিনা-মুপাদা, লালগনি। মুপান অমুক মুপিদা লান্‌গনি। চরৈ কিসিথোক্কনি। পিবা থোক্লকনি। মিংথৈ লোইসন্‌গনি।

মুপি ময়ুমগী অহন্‌সিং খুরুম্‌গনি। মুপি ময়ুম্না পিবা সেনবদা অকৎসেন কৎকনি। কোইয়েৎ, লৈপরেং লাইনিংথৌদা কৎকনি। মুপিগীসু লৈ পরেং অহু লাইনিংথৌদা কৎকনি। নোং ঙাল্লগা লৈমনা থৌনিজহুনা পুন্সিগী মরন্ ওইনা চেক্‌শিন্না থমগনি লৈ পরেং ২ অহু ।।×।।

---

# অহোং য়োইথোনব

থৌনিরোল

নহাননোং হয়িঙৈ—মাংলম, চংকী চংন পথাপ,-"অহোং য়োইথোনব" হায়বদি মচা নিঙোল থাজবগী-থৌরম, থৌনিরোল,নি। খুাইন সিংনব ওইরবসু নত্রগ চেন্নব ওইরবস্, য়ানবগী মতুং ইন্না অশ্নম তৌনস্ু চংনরম্মী মৈতৈ ইপা ইপুসিংন। পিবাক্তম, মাংঙান্দ ফম্বাল, অমা থাগ্লগ পিব ফম্বাল, ফম,হন,গনি, অতুগী মমাংদ ঈরাংফু অমা লিংলগ ঈরাং থৌনিগনি। ফম্বাল্লোন, থৌনিরোল, মিংথৈ সোন,গনি। নুপী অতু পুথোক্লগ অমাইবন নাহৈ নাসেংগনি। ঈরিক, কাংগন, লৌতুন হক,সুং সেংগনি। লৈপুনবিরগ কুজাপোং কংকনি। লৈমন লৈ পরেং অঙৌব ২ পিবাদ হুক্কনি ।। পিবাগী ওইদ ওইথম, ফম্বাল, লাংগনি। পিবান লৈ পরেং অমা লৌথোক্লগ লৈমদ হুকপিগনি। নিপা মমান কুজা পোং য়াগনি, অতু লোইরগ নিপাগী ময়ুমদ থিন,বিরক্কনি। ৬ নি সুবা নুমিংত চাক্কোগনি, নুপী ময়ুম্ন। অতুদ নিপা, নুপী ২ গী, য়েক, সলাই "ইপা ইপুগী" "অপোক, অসা" তম,নগনি। অতুবু মৈতৈগী চংন পথাপ্ত -অহোং য়োইথোন,ব ( কৈন্য কংপ ) হায়ন কৌই ।।

---

# লাই তিন থাব

লৌখৎপ

নিপাগ মুপীগ চেন্নরগ ময়ুম, পান,ব-লাইগী হৈকৎ লৈকৎ তম্ন থৌরম,বু, মৈতৈন লাইতিন, থাব-লৌখৎপ কৌই। লৌখৎপ মমিংত নিপা ময়ুম্ন মুপি ময়ুমদা—ইপা ইপু অপোকপগী অপোক, অসা থাগনি। লম,লাই থাগনি। লাইগী পূরক্লিব কবোক,, হৈ-লৈনচিংব সোম্নপুং ময়াইদ অমাইবন অনম, অথৌ কোকথোক-পিত্নন তেংবানবগী মপু লাইয়িংথৌ সিদবদ কৎকনি। নিপা মুপিগী পস্থৌ ২ না মচাগী য়াইফ থৌনিগনি। চপ, মান্নন খুরুমগনি। পোৎলম পুম্নমক, অমাইবন তাইরেন, পুংফাইন খিক,তোক, হায়-দোকনি। লৈম, পিব, অহল, লমল, খুরুম,গনি। মুপি ময়ুম্ন নিপা ময়ুম,দ অমুক অপোকপগী অপোক অসা লাইগী হৈকৎ,লৈকৎ তমগনি। ঙাই সেন কা লান্নত্নন খুরুম্নগনি অত্নবু ঙাই সেন কোন্নব কৌই। পিবান মুপি ময়ুমগী অহল,সিং খুরুমগনি অত্নবু মৈতৈগী চৎনবিদ লাই তিন থাব লৌখৎপ হায়ন খংনৈ। ৬নি মুব মমিংত চাক কৌনবস্ন চৎনৈ।

---

# সিংগুম লোল থৌরম

## থৌনিরোল

সিংগুমলোল, থৌরম, থৌনিরোল হায়বদি—নাব সিবগী চংন থৌরম, থৌনিরোলবুনি। অদুবু সিংগুম,লোল, থৌরম থৌনিরোল কৌই। অসুম্ন পাথাংকোক্ পুথাংকোক সিংন চংনরকপ থৌরম কয়া অদুবু ঙসি ফাওব মৈতৈগী চংন পথাপ, ওইন কাইদন চংলি।

হায়বদি নহান্নোং হয়িঙৈদ, "ইয়ু" সিংবন সন, য়োংমান, ওইন সাইওল্লগা অমন সিংগুম, হনখি। অদুদি মথাগী অসুম্ন পাংথোকখি। সিংখন ৭ খন্দুন মৈফম অদু সেম সাখি সিংখন, ৭ কী মসক্তি কোরৌ মুমিৎ ৭ নিনা সিংখন, ৭ ওইবনি। কোরৌ নোংলোন, ৯ গী মসক থক,খন, (চন্দুন) ওইন খন,খি। থক,খন, অদু মখোং ৪ য়ুংদুন শন,গনি। মখোং ৪ অসি- থাংজিং, মাজিং, বাংব্রেন কৌব্রুগী মসক্তি। অদুবু চুক,চিবা মখোং ৪ হায়ন খঙনৈ। সিং অদুদি হয়িগী মতু মামান্ন সাই ওনবা সিংনি। থাজ ১২ না অনি থোক্ত থুপ্লপ, লিন,থুপ, কৌই লিনথুপ, ৬ না উথুং চৈ ৬ ওইখি। লাইজ, খাম্বী, মালং, ৩ না পন্দল্লি ৩ ওইখি।

পন্দল্লি থৌরি ৩ অসিদি তাইবঙ, হক্চাংন সিংথক্ত, কোক অবাং ওন্দুন থাংগৎলগ, লাইজগী পন্দল্লি থাংদিম্না-ঙক, মপাদ পুনগনি। খাম্বীগী পন্দল্লি থাংদিম্ন-থাবাক, মপাদ পুনগনি।। মালংগী পন্দল্লি থাংদিম্ন খুকউ মপাদ পুন,গনি। লবাই মপাদ কোম ১ তৌগনি! ঈসিং থন্না থম্না হৈগনি। তাইবঙ সেম্নকপদ লাইজন কোক্ত থোংখি, কোকথোম্নন পুদুন ফাওরকই।। অদু

ঈসিং য়াবা কৌই। অমং সিংগুম্বদ লুদা থোংন পুখিনি। হয়িগী খুবাক্ন ওইখিব হুমাই। সিংগুম মৈদি-হয়িন সন, য়োংমানবি সন,তুপ ওইন সালোন,দৈদ মৈরুংদগী লৌখিয়ে।।

লিক্লম, কৌক্রদগী হৌন য়েৎওইননা লৈহন মৈ কোইগনি। সিরবদি মপোক অমা লাংওল্লবনি। মৈ কোইবদি ৩ লক কোই-গনি। সিংগাই পাওহোম্ব, পুরৈ মৈ-কোইব, পাচা স লাইচাশিংন খুত্ত মৈহুম পাইহুন পুরৈ মৈ কোইখিয়ে। সিঙ্গাই পাওহোমখিয়ে। মৈনা বায়না তাংন সম্ম নোংদম্লে। তাইবঙ্গী হকচাংবু মৈ অসিন বাইখিয়ে, মৈ-অসিদি মপু মহাক্তুগী পুথোক্লকপনি। মৈ-অসিন ঐগী ইসাবু তুম্নগ মপু মহাক্কী মফমদ অমুক, হন্ন তিলখি।।

অস্তুম্ন তাইবঙদ ঐনা লাল,খিব মপু মহাক্ল খংবিরম,গনি। মহাক্ন লাল,খিবম্ব থঙ,বিরম,গনি। অয়োন, অরান ভাক,পিয়ু হায়জবনি। অহুবু থম্মোয় মৈরা পাইহুন সারি বাসক,প কৌই। খাদা মৈ-চুব হৌগনি। মৈ-থাব লোইরবদ মৈ থাখিবগী সরু তাঙ্গোই মচেং ১ লৌরগ, ঈসিংদ থাদগনি। লোয়রেন, খুন-বিলোক, তাইবঙগী চংলম, থোংনে। চংলম,থোংদ তিল্লবদি অমুক, পোক্কনি। অসি বাবু হয়ি সিদবন মপারি পাখংবদ তাকপিরম্মী।। ভসি ফাওব মৈতৈচাশিংন অকাওব লৈতন চংনরি। পোংলোইব হায়ব অসি মখল, ৫ থোক্ল লৈ। অহুদি—১। মৈগী পোংলোই ২। লৈপাক্কী পোংলোই ৩। ঈসিংগী পোংলোই ৪। নুংসিংকী পোংলোই ৫। অতিংভা পোংলোই, "তরুং হীলেল," হিথাব- খোইয়ুম, লাইলক, চন, ৫ অসিনি।।

## সিংগুম পোংলম

কৈজোম, ১, থাংদিন, ১, লিক, পরেং ৩ ফনেক, ১, কু-কাই ১, থক,খন, ১, চুক,চিবা ৪, পন্দল্লি ৩ হুমাই ১ মৈয়োক, চক্ৎ ১,

মৈকোই চফু ১, মাইথা, ফৈজুপ, মরোন, ৩/৩ চেংজেন, ময়োম, ১ লৈ. মাইখুম, ফি ১, খুয়া খোইদৌ, লুখুম, সৈন,খাও ৩, সংব্রে। ক্কা তাংগ্র ৩, হৈরুক লংহিং ৩, হৃঙ্গাম, মরু খরা ।।×।।

## ফম্মাং খোংসান থৌনিরোল

ফম্মাংদ থবায়গ হক,চাংগ থাইনরম,দাইদ সাম ভক,চাংব নাহৈরোম্ম ঈরু সান,দেংগনি। লাইয়িংথৌদ ফিরাই অহন,ব কংকনি। মেক্রুক থাংমৈ কংকনি। নম,স থিন,বিগনি লাইপক্ত। লাল,ন লম,দাং মিংখৈ তাক,পিগনি। য়ুম,গী মেন, উরেপ, পাব উখোংদ-অমাই তাংবল, ১ থাগনি।

## লাল,ন লম,দাং লিক্রম

তাইবঙ মপুগী পাওজেল পাওতাক লাক্লে। রাব ফৈরেন্ লাওথ ফম্মাং চৈং খুমু মিংসনা তাম্ব লুরুক, চৌংদ থৌবায় ৫ মকপু কারক্লে। থা-খোং লাইখোং, মরোংখোং হৌরক্লে, তিল্লিরেন, খায়িরেন, লাইয়িরেন, হৌরক্লে। মালং ১০ হৌরক্লে। কাক্ত চৌংলুখুম, তম্নক্লে। য়াওরৈবি খোং তম্ন কারক্লে। তাক্কা খোং য়োরে। খাংজিং চৌংলুখুম,দ থুংগনি। ইপুমলে০, সিংলিদ চংথিত্নন মুংসিং পোথাইরে। নান,বম, সঙ্গোন,গী মৈফুদ পাল্লে। খাম্বী মৈরম ১২ মৈ হৌরে। সম্হোং চৌংগী চৌংমৈতেক, চাখা চৌংমৈ সাংদ থৌবায় ৫ কা সনা লিক,লুতং, লৈমরেন খুনত্তমগনি। য়াইবিরেন, সিদব খোংসান,গনি। অসি খোংবু হ্যাংগনি। হৈনম লৈনম ফংগনি। অসি খোইরি কৈথেল কাগনি, রান,তেং-সিংমু চাগনি। থমমুং অমম, খোংলেন, ঈপাকপু-হো-মা-নৌ ওই, রো-না হি ওই, সো-ন হিরানগনি, থম,মুং লম্বী চংকনি। চৌংসাং লোকচপ ইরম ৫ ফাংবদি ময়াই খাইন চংকনি। তরুং লাইফম, য়েংওইন,

লাংকোন নিংথৌ লোক, য়েৌগনি। থৌরায় পোৎথাফম ইমাগী মসাইকোন,, লাইজ থোম্লাং থকনি, ইমান লাইসং থোংলেন, হাং-গনি, থমস্থং ফাখোং পাইগনি। হয়ি-হয়া অনিবু উজগনি। মিৎকুপ্তুন য়েংগনি। মিৎকি পিরাং কৎকনি। য়াইফ থৌজান, নিগনি,।।

## নোংফারোন মিংথৈ

১। থাজলেংন-থাজৎপদ সিন্নথি।
২। থাজৎপন-ওক,পুরোইদ সিন্নপি।
৩। ওক,পুরোইন-তাওহিংলেল,দ সিন্নথি।
৪। তাওহিংলেল,ন-থবাদ সিন্নথি।
৫। থবান-সজিক্ক সিন্নথি।
৬। সজিক্ক-মুমিৎত সিন্নথি।
৭। মুমিৎন সেংবিরগ-থাদ সিন্নথি।

থান মপুগী লৈকোন্দ পুসন,বিরে
সিমরি উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেৎন
হয়ি মিংজেল সোন্দুন মপু তান,ফংগনি
হয়ি হে,-হয়া কোলোই হয়ুম,।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি তাকাপিরগ সালন লমদাং ওইহনগনি। মখোংন মাং থারগ ফুঙ্গ লাইক্ক য়েং-ওইনন কোইরগ, মী ৪ পাইরগ অমাই বন থোইদ সেন, অসৈ তেরান সক্ক থোংসানগনি লম,য়াই কাইথিল্লকনি।।

## রাহৈদি

চৌংঙ্, থোইয়ুম, লাইয়িংথৌ

মালেম, তাইবঙ, পানব মপূগী
সনা মখোংখা লৈকা য়াথোক্‌সংদ
( চাওব-চাওবি ) অসি কংলা খোংসানসে
হয়ি-হয়া-হে ।। × ।।

মপান, লৈকা য়াথোকসং হায়বদি-চুকচি ৪ য়ুংব "লৈকুসং" বু য়েংন লৈহুন ১ নত্রগ ৩ লক, কোইরগ অবাংদগী খোংন সংগী মমুংদা লোংন চংঙকনি। কোক অবাং পাংগনি। লৈগ-লাগ তাইন অমন, য়াতরগ অমাইবন অসিব মীগী মমিং হায়রগ মালেম ইমাগী মতম্বাক্ত সিন্নরম্‌গনি ।।

## সিন্ন রাহৈদি

ঙসি, "চাওব-চাওবী" গী
থরাই য়াইবিদি তাইবংপান্‌ব
মপূগী লৈরাং লৈনম, ফংহুন
থরাইরেন্‌বু তান, ফংখ্রে
তাইবঙ, হক্‌চাংদি মালেম, ইমাগী
তম্পাক, থক্ত সিন্নরে ।। × ।।

মথক্কী রাহৈসিং হায়হুন সিন্নরমগনি অমাইবন, ময়াম য়াইফরে হায়ন থুম্‌গনি। অমাইবন "অসিব" থাদোক্লমগ পূং য়ৈব ঈশৈ সকপ, অহল লমল থুরুমগনি ।।

লম্‌সোনবিগী লময়াইদ পোৎথারিব মহক্‌চাংদো-ইরুজবি-গনি, চরৈ মফি হোংগনি, "অসিবদি" চরৈ ফিসেৎ ওইন নম্‌গনি, অহুবু তুংসেৎ নামৈনন মালং খোঙ্গাওনব, নিং-মাং ওন্‌ব কৌই। অহুবু অনম অথৌ কোকতুন হকসেংবিরগ লাইপক্ত মালেম, নমস কৎপিগনি। লিক, থাংদিল, ফিসেৎ লৈতেংবিগনি, অবাং লুরাই পুংলেন্দ তাংবল, ১ থাগনি। হৈরুক, ১ কা ১, লৈ, মৈরা ১,

মেক্র্ক ১ থাগনি। মথাদ ইরিব মিংথৈরেন্সিং অসি সোন্দুন ঈরাং থৌনিগনি।

## শুমাং হৈকৎ লৈকৎ

### থৌনিরোল্

### থৌনিরোল্ মিংথৈ

মপন্ লাইকা য়াথোক্সংদ
অমন্ সিংগুম্ য়াতাব অসি
লৈম্নুং খরো লৈহনবী চান
লৈম্নুং খরো লাই হাৎলে
খুন্বী মুংথোং চীংগী লিল্লি
নাওসং চাদি খম্নুং তাংগ্রো
সন্সেন্বন চৈবুন্ মথুৎ মুনা
চৈবি তেম্থেংলে হাউং হায়েং ॥ ১॥

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ অবাং লুরাই (লবাই) লুথুমদা থারিবা তাংবন্ (আসোন্) অহুদ লৈনচিংব কৎকনি।।

২। কংলৈ লম্মহনাগী লাইদি ঙামু পুংখোংব
মোনোং থাংসাবন মম্নুংথংব চৈফু লোয়ে
নাচেক্পন চকপ ফুরোয়ে চিংবন্ চারা লাইদি
চিংজেন্ নারল্ পাঙ্গন্ন পাইম মনিংসান
চৈবি তেম্থেংয়ে, চিংথম্ চাওপোক্ লাইদি
কুরুম্ নোম্ব কুরুম্ তাংবদি থাংলেন্ মথুংমুন
থরাই ৫ মক্পু নোংমল্লব অহু নোংগীবু

য়াইক পুংফম, অসিদা, সলাই ( মঙাং ) দা
পোক,চরম্ব নদাইরেম, মমিং ( তোম্বা ) গী অসী অমন, অসি
মালং মুংসিং সিদবদ কৎচরি।

মিংলেন

উং-য়িং-লুং-সংতরেং
লিয়োম্ব স-সিদব কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ-তাংবলদ লৈনচিংব কৎকনি। হকচাং লৈমন, লুরেন, থক্কুসু লৈরাং লৈকৎ তমগনি ।।

৩। উং ঈফুংখোক, লৈয়াব মিরিং হিং লৈয়োম্ব তরং লাইজ
অরুবদ কৎচরি হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ-তাংবলদ লৈনচিংব কৎতুন খৌনিগনি। অদুগ হকচাং লৈমন, লুরেন, থক্কুসু লৈরাং লৈকৎকনি।

৪। হে মালেম, ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈরোন, নোংলোন, ৭ মাদা নোংসাবি
লৈবাক্কী সেক্লিংদা য়াম,ফক, ওইনবু লৈবী
মিংলেন,বু লৈহিংমুং লৈনপ,ফা কোবি
তাইজিকে কুবিয়ু-উং-লৈতিন,সং ।। ৪ ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ-নমাংদ ঈসিং থরা, লৈবাক্ক থিক্লগ সেংদোকউ মফম অদুদ-তাংগ্র ১ থারগ লৈনচিংব কৎতুন খৌনিগনি। মালেম লৈমা ইমাদা কৎকনি। অদুগ ইমুং মমুং হুপ চংদুন তাংবল অমদি-লুলেন, থক্ক লৈ কৎকনি। সুমাংদ লৈরিদৈদনি। পুন্সিগী অয়োইব পাওমেন্দুন লৈনচিবা কৎপিগনি। খুং য়েব, ঈসৈ সকপ, অহলসিংনচিংব খুরুমগনি ।। × ।।

সুমাংগী হৈকৎ লৈকৎ লোইরব মতুংদ পুথোক্লম,দাই মতম,দ মথাগী "খোংসান বাহৈ" অদু হায়দুন কু অদু থাদৎকনি।

কোক্ল মাং থাগনি। খোংন তুং ইনগনি। হায়বদি-পলেম,গী পিবুকমুংদগী এখোয়না ভাইবঙ, ফাওব্লক,প মতম,দ কোক্ল মাং থাহুনা লাক,পনি। সিব হায়ব অসি মপোক, তান,প্রবনি।

## খোংসান, ব্লাহৈ

ঙসি কোরৌ মুমিংত (চাওব-চাওবী) না
খম,মুং সব্রা তান, অমং থরৈ কুম্নবগী
সিংগুম, খোংসাল্লসে। য়াইফরে ।।×।।

মথক্কী ব্লাহৈ অসি হায়হুন পুংথোক্লকনি। কোম্হোং য়ৌরগ কু পুরিব মাং থাব অনি অহুন অমুক, হায়গনি।

## ব্লাহৈদি

কুমাই হাং হাংলবনি।

মথক্কী ব্লাহৈ অসি হায়রগ-থোঙ্গান, লাক্লগ, তুংথংব অনিনা অমুক, হায়গনি।

## ব্লাহৈদি

কুমাই থিং-থিংলবনি ।

অহুগ লাক্কনি। লংলা খোংদিনগনি (লং মতং থংতুন পাদব অহুবনি)।।

ফম্বী ব্লাইথুংসৈ, ব্লাক,য়ৈ তেরান, সক্ল, অমন, সিংথা ফম,বু য়ৌরবদ চুক,-সেন, ৬ য়ুংলিব লৈরোন, মোংলোন, তরেৎ (৭) না সিংথন, ৭ ওইন থন্দুন থাম্বী মৈফম, সেমহুন মাইকৈ চিথেদ মরিদ কোংয়াং চুক, ৪ য়ুংলগ পরিং কারন, লাকতুনা মব্লাই কোইরেন থক্ত থক,থন, লৈনা অমা থন,লগ লোইরেন, য়াইদ থমহুন মৈ কৌব লাইয়িংথৌগী সনা ফম্বাল, সেমলিবহু অমন, সিংগুম্নক,পসমু মহক,চাং অহুন কৌব্রুদগী য়েৎওইননা কোইগনি, অমুক, নব্রুগ ৩ লক, কোইব য়াই। অব্রাংদগী খোংন চংলক্কনি। কোক্ল অব্রাং ওন,গনি। অম্নম্ন য়াহিপ, তমগনি। তরং লাইজ মিকৌ তম্নগা লাইজ থিক,ফেল, চাইন-চাইন সিংফম, সেংলগ থাম্বী মৈত্রেং অব্রাববু মিকৌ তম্না থোইয়ুম, লাইমিং শোল্লগ মৈ-দা কংকনি।

## ১। অতিয়াগী মৈগী মীংথৈ

উং মৈমুংসং, উং তরং ঙাং, উং ঙান,তুহিং
উং ঙান,তুঙাং, উং সংতরেং, উং কোম,মুবী;
উং মৈ হিংসং, উং মৈত্রেং, উং সংমুবী
মিংলেন, মাপন, শোন্দুন থাম্বী মৈহৌ তম্মে
ঙসি ( সজিবুগী ) মাক,মৈ ( ••• ) নিপান,ব
কোরৌ (নোংমাইজিং ) গী য়াইফ পুংফম, ( ••• ) দা
সলাই ( ••• ) নদাইরেম, ( ••• ) গী সামু হকচাং
লৈমন, অসি থাম্বী মৈত্রেং অরান নংন লৌসিন,বিয়ু
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।×।।

মৈগী মমাংদ হৈরুক, তাংগ্রা ১, পানা তাংগ্রা ১; থারূপ মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈদ লৈনচিংবা কৎকনি ।।

## ২ । ঈসিংগী মিংথৈ

উং অং য়েং উং
ঈ-ফু কেং কক্লচৌ
উং মকিক, ওক, কুক,
উং হুং য়েং
সং তরেৎ লিয়োম্ব
উং লৈচিন, পুল্লেল, সিক্লপুন,
ইয়োম্ব লৈহিংসং ইফুংথোক
ইয়াব মীরিহিং লোইয়াব ।।

মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ লা মচেৎ অমদা ঈসিং থম্লা হাপ্পগ লৈ কৎকনি ।।

## ৩। নুংসিংকী মিংথৈ

উং মালং নুংসিৎ সিদব
তাইবঙ সিনব থুংলিব,

মাঙাং তপ্প সিংতুন,
য়াইবি লৈনম, য়েল্লিব,
য়াইবি লৈকোন, সেমজরি,
ঈরাৎ কম্বাল লাংবিয়ু,
উং-য়িং-হং-সংতরেং লৈয়োম্ব,
স-সিদববু তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।
মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ লৈ অমা লৌখৎলগ কোয়ৌ
মুংসিংতা কৎকনি ।।

৪। মালেম লৈরোন মিংথৈ

উং মালেম, লৈসনা লৈহন,বি
লৈরোন, তরেৎতা নোংসাবি
মালেম, চনিং লৈখৈদ
নতোম, থোক্ল লম,হৌরক,পি
লৈরোন, নোংলোন, অনিমক্ত
সিন, থুংন লৈল্লিবী
তাইবঙ তুংনকম, ওইল্লিবী
পলেম, নহি নয়াইনবু
তাইবঙ থবাই হিংহল্লিবী
মপু থুয়া থাগী
সনা তাংবল, ওইল্লিবী
ঈরাৎ কম্বাল, লাংদ
লেংসিম্দুন কম,দেংবিয়ু
উং ইমা লৈমরেন, সিদবী
লৈহিংমু লৈনপ,কা সিদবী
থুরুম, লৈপাইজরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ মৈফমগী মমাংদ ঈসিং খন্না লৈপাক্ত হৈথরগ মফম অদুদ লৈ কৎকনি ।।

## ৫। খাম্বী মৈরম ১২ গী মিংখৈ

১ পোইরৈতোম্না খুম্বোক মৈ ।
২। পোইনাওতাবা খুনফাওমৈ ।
৩। খাংজিং উপি উয়েন মৈ ।
৪। সত্ত্ব তেকচাক মৈ।
৫। হেম্বা পামচাক মৈ ।।
৬। তন্না চাকখোং মৈ ।।
৭। সংলৌ য়েনফুং মৈ ।।
৮। চাবোক কদাং মৈ ।।
৯। অমল সিংগুম মৈ ।।
১০। চক্প ফুইক মৈ ।।
১১। চক্ক তাংসম মৈ ।।
১২। লমজাও খাম্বী মৈ ।।

তাইবঙ লৈমল অসি খাম্বী মৈরম ১২ দা কৎচরি হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ মৈদা লৈনচিংব কৎকনি। মপোক লাংওন য়াইফব পিনবিয়ু হায়ন মৈদ খুরুমগনি। তাইবঙ খুনফাও মৈ খাম্বী মৈরম ১২ থোই হায়বদি অসিনি ।।

মৈ কোইবা অসি—মাং থংব অদুন মৈকোই চফু ঈসিং থন্না ছাপ্পা ১, ওঈগী লেংবান্দ খিনগনি য়েৎকী খুৎনা মৈহুম ১, খাং ১ পাইদুনা কৌক্ত চুক্তগী হোনা কোইগনি। সাগৈ পুম্ব মৈহুম অমমম খুৎতা পাইদুনা য়েৎওইনন কোইগনি । ভমা নক্তগা অহুন্নক ।। কোইব লোইরগ কৌক্ত চুকখোংদ—মাং থংবগী মৈকোই চফু ওক্কনি। অদুপ পুং য়্যৈব ঈসৈ সকপ অহল লমন

খুরুমগনি। অমুগ মৈ কোয়ব অমুবু মৈ হাম্না চুহনগনি। হুমাই থোগন, তৌরম,গনি।।

মৈ থাবা লোইরক্লবদি মথক্তা খল্লিবা থক,খন, অমু থাবা মতমদা হারু অমা লৈগনি। থরাই মমিরেম্না থক,খন্দা তোংববু হারুদা শিন্নমুনা কাইদোংহল্লগা লৈসন্দুনা থম্বনি। হুয়েং থরাই লৈমুন, মুমিত্তা মিংথৈনা পুখৎলগা কংলৈ খুরাই অখুবা মালেম, লৈথোংজিন্দা থম,গনি।

## মৈ মুৎপগী মিংথৈ

হে ইমা লৈমরেন, শিদবী, মালেম, মুংদা কোল্লো
মৈ হৌবদি মৈ মুৎলে মালেম,থক্তা কোল্লো
লাইজ অয়িংবনা নাওয়োম, ওইরে কোল্লো
মালং অসেংবনা লাংগোল, ফরে কোল্লো
হয়ি হয়া কোল্লোই হায়ুম, ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ মৈ অমু ঈশিং হৈজিন্দুনা মুথৎলগ মালেম লৈতেমগনি। মরু হুন,গনি। হৈরুক, অমা ক্ক তাংগ্র ১ কংকনি। থাংলেন, খুৎতা পাইদুনা মংথোং থিংগনি। মালেম,দ হুল্লিব মরু অসিন হৌরবদি মালেম,গী ভমপাক, অমু সেংঙে।।

## মংথোং থিংবগী য়াহৈ

ঙসি ( কালেন, ) থাজগী মাক,মৈ (৫) নি,পানব
কোয়ৌ ( লৈপাক,পোক,প ) গী য়াইফ পুংফম, (৩) তা
( চাওব চাওবী ) গী থরাইন নোঙ্গাখিবগী
সমু মহাক,চাংবু মৈ, ঈসিং, মুংসিং, লৈপাক, অতিয়
থরাঙ্গ মঙাগী পোংলোই মতোন, লোম,লে ।।
লৈমাব-খুমাব, লম,সেম্পা, তুসেম্বা, খোইয়ুম, ৯ গী কোলোইদি
ইতুহন,ব, পসিতোম্ব, তাংখুন,তোম্বা, য়েন,বি কাপ,প ।।
নামোই তোম্ব, থিন,বী লাইরেন, জাম্ব, অথৌ ঙাঙোম্ব,
হমু কোকচাও, হমু লৈথম, কোন,ব মরম, থৈনে কোল্লো ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হাইরগ হায় সিখিব লৈকাই নত্রগ থুন অতুগী মী অতুন কোম সিরক,ইব মী অতুদ সিমগনি। অতুবু লৈতাইনব; নোংদাইনব, লৈতাই নোংদাইনব কৌই ।।

**রাহৈদি**

সে-সে ( চাওব-চাওবী ) নহাক্
নহান, মথৈ পুরক,পা ঙসিদগী নংগী
( নতাও নত্রগা ) অসিদা সিমরো ।।

অসিবগ অচংবগ ঙসি মথৈ মুমিৎ চৈসিং ৭ না
লৈই পল্লোল, ৭ খল্লবনি। কোমাইহাং, কোমাইথিং,
থিং-খিং-থিংলবনে ।। × ।।

অসি হায়তুন চৈ-খৈ ৭ চিংগনি। সিব মুমিৎতগী হোৌন হন,গৎন খিরগ চিংগনি। অসিবু মংথোং খিংব কৌই ।।

## কোরো পাওতাক রাহৈ

নদাইরেম, ( চাওব চাওবী ) না
ঙসি চৌংঙ, ঙাংলো থুয়া খাবু তান, ফংখ্রে।
মীয়াম য়াইফরে হায়গনি ।। × ।।

রাহৈ অসি হায়তুন অসুম অসিবগী সিংগম্বগী থৌরম অসি লোইশিল,গনি ।। × ।।

---

# লৈহুন থৌরম

## থৌনিরোল

সোমপুংগী ভরাংদ তাংবল. ১ থানি অতুগী মমাংদ হৈরুক, পানা ৬/৬ থাগনি। মেক্রুক, থাংমৈ, সেন্দাই কৎকনি। মিংথৈরেন, সকনি পুয়া তাগনি। ফম্বালদ হৈহুন, তম,গনি। মৈরা কৎকনি। লৈ কৎকনি। অতুবু ৫ নি লৈহুন, কৌই।

থবাই মিকোবা-লৈহুন, চৎকে হায়রগন মফম অতুদ পুং ঈসৈ সক্পদ লৈহু লাংলগ সৈ হৌহুনা সকনি। সিংগুম্ফম, মনাক্তু ঈসিংন সেংদোক্লগ মফম অতু তাংগ্র ৫ থারগ মংফম্দগী লৈপাক, লৈরিক, মতুম, খুৎপিমুক চাওব ৫ তাংগ্রদ থমগনি। হৈরুক তাংগ্র ১, কা তাংগ্র ১, থাংমৈ, মেক্রুক, লৈ, হৈসোই য়াংন থৌবাই ৫ দা কৎকনি।

খুদৈ অঙৌব অমদ থবাই ৫ গী মসক ওইব লৈপাক, লৈরিক, মতুম, ৫ অতুগ, লৈ পরেং অঙৌব ১ গা, পৈসা ১ গা লৈয়োম, ওইন য়োম্লগ ঙকসম্দ পুম্লগ পুং, ঈসৈগী তুং ইন্দুন কারকনি।।

## লৈহুন থবাই মি কোব

## থৌনিরোল

**মিংথৈ**

উঙক, নংবু হাপচ নংবু তাইজগে
ওইথাং য়েৎথাংবু তাইজগে
লিরি লিফোং লৈম য়োইরেন্বি,
নিংথৌ চারান্ববু তাইজগে
রাত্রে সিন্হৈবীবু তাইজগে
মুমিৎ লুতম, হৈবী থাব লুতম, হৈব
বাথল্হৈববু তাইজগে হাউং হায়েং।। + ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোম্লগ তাংগ্র লুকোই ৫ গী মথক্ত চেং, লৈনচিংবা কৎকনি।।

২। উয়েন, চেংগুম, উচিন য়েন্সাব
য়েংখুরৈ তেক, তেক্পান, সংলৌ,
রাংগন, অকন্ব য়েন্থ্রাম, নাপাক্প
পোক্লিবিবু ননাইন তাইজগে কুবিয়ু
তরা তোংমু নিসি খয়ো য়াইকৌ য়াইসেন,

চপ্পাক, চাহৌ লাংমান্বী মুরাসি
ফৌরৈ ইরোয়া কৈদেক্পন চিংব পোক্লিবী
ইসা নম্স তোক্প কাম্ব
সয়ু লৈরাং মুওক, তাইবং, নমু পোংসেম্ব
অপোক, অসাংপ নংবু তাইজগে
হাউং হায়েং ।।+।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লুকোই ৫ গী মথক্ক চেং লৈনচিংবা কৎকনি।

৩। লবাই কোইরেন্সেম্ নাপা নাখোং সেম্
মিংকোই চাইচি সেম্, লাইপক খেল্লাই সেম,
নাখোং নাতোন, নাক্চি, থজাই চাইরুং সেম,
চিন্বান বারেল, খোংজি, থৌরি লুখম, সেম,
লুমাং সম্বুম, তান্ফম, খুনিং পাম্বোম, সেম,
খুচেং থুনম, খুবাক, খুপি কারোং সেম,
খুচিন, লৈকা সেম্লিব লাইয়িংথৌ তাইজগে
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ চেং লৈনচিংব, তাংগ্র ৫ থবাইরেন, ৫ দা কৎকনি।

৪। থিক্রাং থবাং পুক্সিন, হুইথাপ,
খোইজি চিনগোই মুংকোৎ চাকোৎ
লেংয়ান্ য়াংলেন্ লৈকা সেম,
খ্বাং খ্বাংচেং কোংলৌ সুম্তিন,
কৈবাক, খুক্লু কাংগোই সেম,
থুরাই কপ্লাক, থুবোম, থাংদোং
খোংচেং থ্ মিৎ খোংনম, থুনিং
অসেম, অসা, লাইয়িংথৌবু তাইজগে
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ভাংগ্র লুকোই ৫ দা চেং লৈনচিংবা কৎকনি ।।

৫ । উং হুং লম,লেন, মদাইমাদ কোল,গে
কংলৈয়োন, পুংমলোন্দ কোল,গে
থবাই হাম্বোইব মিরেন, হাম,চৎপবু কোল,গে
থবাই মঙা মিগ থানা তরুক,মক,পু কোল,গে
মি মি-মি, রে-রে-রে, কুক, কুক,-কুক, ।।
তোই-তোই তোই, কারসে মপুদ তিল্লসি
হে য়াইবিরেন, সিদব হয়িস্থয়া হয়ুম, ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ 'লৈয়োম, লৈপুন ওইনা, য়োমগনি ।। থৌগন,জব মি ১ গী ঙক,সম,দ পুন্দুন'' পুখৎলক,উ । মুমাং ময়াইদা লা ১ থারগ থম,গনি ।।

৬ । হে য়াইবিরেন, সিদব নয়ুগী মকাইফম,
পাফল, লিলা নিংথৌগী মকাইফম
লম,লেন, কুরুম,চিং সোম্নপুং অসিদ
মিংখৈ তাদন থৌদোন, লোম্ব ঙাইখিয়ো ।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ লৈ কৎকনি । মৈরা কৎকনি লৈহুন্ তমগনি । অসুম্ন থবাই মিরেন, কোনখৎলকপগী থৌরম লোইসিন্গনি

অসুম্ন থৌনি লোইরর মতমদ, লৈয়োম, থোক্লগ লৈবাক মতুম ৫ অতুগ, লৈ পরেং অতুগ, কুরুম চীং সোম্নপুংদ সিন্নতুন মথক্কী নাওম্নম, মিংখৈন নাওথেমতুনু,থমগনি । মপু মাগী মসাদা তিন,খিনি ।।

য়েহেল্লৌঙৈ মৈতৈ ইপা ইপুশিংন মী সিরগ মথৌ মঙম, পাংথোকপ হায়বদি-লাল,ন থৌরম, থৌনিরোলবুমি । অতুদি সিখিব মুমিগুগী, ৫ নি সুব মুমিৎত লৈহুন,-''থবাই মরু ঈহুন'' তমগনি । অতুগ ১০ নি সুব মুমিৎত য়ুম সেংলগ মুমিদাং লাই-

নিংথৌদ থৌনিহুন হায়জগনি। হয়েংগী ঈরাৎ থৌনি থৌরম, অসি লাইনিংথৌন সোম্ন পুংগী মরাইগী ফম্বাল লাংদ ঙাম্ঙোইবিয়ু, অসোই অঙাম ঙাক,পিয়ু হায়ন খুরুমজহুন থৌনিজগনি। অহুবু লাইপাও তাকপ, ( বাতে'ন ) তৌব কৌই। অহুগ ১১ নি সুব মুম্বিংত লাল‌্ন থৌরম সোরাৎ সোন‌্ব থৌরম অসি পাংথোক্কনি ।

## থৌনিরোল মওংদি

অহানবদ সোম্নপুং ময়াইদা ঈরাৎকু ১ হাম্না লাৎথোকনি। অহুগী মতুংদ তাংবল,হু‌ংফম্বাল্লোমদ অমুক হোংহুন খুংশা সেং-দোকনি। ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৫ থারগ মিংখৈ সোল্লগ হৈ, লৈ কৎকনি। অহু অমুক সেংদোক্লগ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ থারগ মিংখৈ মিংলেন, সোল্লগ হৈ লৈনচিংব কৎকনি। অতাইরোন, মিংখৈ সোন্দুন তাইগনি। লৈ কৎকনি৹ লুক্লেন, কৎকনি।

---

# লাল‌্না থৌরম

## থৌনিরোল,

## লাৎপুম, মিংখৈলেন,

হে থোইয়ুন, শিদবা লাইয়িংথৌও -।।
( লুরাং ) সনাই, কোলোই ( চাওবা-চাওবী ) গী
মথৌ য়াংগেন,বগীদমক, নদাইরেম ( লুরাং ) দা
পোক,চবা ( তোম্বা ) না লোইদাম, ( থরান ) গী
মাকমৈ ( ১২ ) নি পান,বা ( শগোল,শেল ) মুমিং-অসিদা
মথক্কী য়াংগেন,জব অশিবু থোজান, লন,কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ লৈ মনা অমা পাইহুন ফম্বালদ, কৎতুন থুৎফাং তরা সোন্দুন থৌনিগনি।

২। চীংঙ্ অতিয়ান পোং-খুগী লৱাই লেম্ফুদ
খুজিম থাইহুন চংখিয়ে হাউং-হায়েং।।

মিংখৈ অসি সোল্লগ লৱাই লেমফুদ সমু খুৎন লৈ মনা অমা পাইহুনা কৎকনি ।।

৩। অতিয়া মহাক্তি খুংনিংথৌগী তাং অহুম্দ থুংঙে
মিংখৈদি খিং-খিং রিথিবা কৌই হাউং-হায়েং ।।

খুনিংথৌগী তাং অহুম্দ খুৎপিন নম্গনি অহুগ মাংদ লৈপাক্তা উপকনি। অহুগ লৈ মনা অমা পাইহুন ফম্বাল্দা কৎকনি। ঈরিক কংগন্ লৌহুন খুৎসা সেংদোকনি ।।

৪। লৱাই কোইরেন্ সেম্, নাপ নাখোং সেম্
মিৎকোই চাইজি সেম্, লাইপক খেলাই সেম্
পিসুম্ পাগোই সেম্, নাখোং নাক্চি সেম্
নাতোন নাক্চি সেম্, খজাই চাইরু সেম্
চিন্বান নাকচি সেম্, য়ারেন্ খোংজি সেম্
খৌরি লুথ্ম্ সেম্, লুমাং সম্ব্ম সেম্
তান্ফম্ তান্থোং সেম্, খুনিং পাম্বোম্ সেম্
খুৎচেং খুনম্ সেম্, খুবাক্ খুপি কারোং সেম্
খুচিন্ লৈকা সেম্, লাইনিংথৌবু তাইজগে
কুবিয়ু হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈন চিংব কৎহুন থৌনিগনি খুৎফাং তরা সোম্নুন ।।

৫। খিক্বাং থবাং সেম্, পুক্সিন্ হুইথাপ্ সেম্
খোইজি খোইখা সেম্, চিন্গোই চিন্বান্ সেম্
মুংকোন্ কোংলৌ সেম্ চগোৎ লেংয়ান সেম্
য়াংলেন্ লৈকা সেম্ খ্বাং খাংজেং সেম্

৪। খোইয়ুম, লাই মঙামক,স্থ থরাই ওইন ।।
কা অমমম, ফম্নে, থরাইগী মমিংদি—।।
নোনা, নেনা উতা, পিয়', য়াপি কৌই।

মিংথৈরেন অসি সোল্লগ মমাংদ থাব্রিব লাকোই ৫ দা লৈন চিংবা কৎতুনা থৌনিজগনি ।। থরাই ৫ গী তাংগ্র লাকোই লাদ কৎকনি।

৫। অতিয়া শিদবন থমোই থম্বাল, লোংন সাৎপ
মন্থুংদ হুন,চিন,খিব মনাদি-৮ নে মিংলেন্দি
হুংঙা তরং-ঙাঙ কোই। তাইজিকে কুবিয়ু—।।
হাউং-হায়েং ।

ফম্বাল মথক্ত লৈন চিংব কৎতুন পুক,নিং চেৎনা থৌনিজগনি।

৬। থম্বাল, অনি সাৎলে অমদি খোইদৌনে ।।
থম্বাল, মনা মরি পান্দুন সাৎলে মমিংদি
লৈয়াম্নু লৈয়োন,ম্নু কোই তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।

মথকী মিংথৈ অসি সোল্লগ-ফম্বালদ লৈন চিংব কৎতুন থৌনিগনি তাংগ্র লকোই ৫ দনি ।।

৭। অমদি কোক্তনে মনাদি ১০৮ পাম্লি ।।
মমিংদি খোক, খোক, হংস কোই ।।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং-হায়েং —।।

মিংথৈরেন, অসি সোল্লগ ফম্বাল তাংবল, মথক্ত লৈন চিংব কৎতুন থৌনিগনি। তাংগ্র লাকোই ৫ দা কৎকনি ।।

৮। থম্বাল মনা অনি পান্দুন সাৎলে
মিৎ অনিমক্তনে মমিংদি মিৎ তরেং
তরেংবা কোই তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং-হায়েং ।।

মিংথৈরেন অসি সোল্লগ মথক্ত লৈন চিংব কংতুন থৌনিজগনি ।। তাংগ্র লাকোই ৫ দা কংকনি ।।

৯। অকোইবদি কিসি কিরুম্‌নে
মমিংদি পিংঙা হে হে-কৌই ।।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লাকোই ৫ দা লৈন চিংব কংতুনা থৌনিজগনি ।।

১০। মীগী মপুক, মস্থুংদ লৈঙম্বদি
চিংঙাসিং হে-হে-হে কৌই ।
তাইজিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ তাংগ্র লাকোই ৫ দা লৈন চিংব কংতুনা নোল্লক্কনি ।।

১১। মালেম, তাইবঙ, পান্‌ব মপু শিদবনা
তাইবং পুম্নমক্কী মসক, ওইহনা কিথুপ, ৩ দা লৈয়ে।
অঙোগী মস্থুংদস্থ লৈবনে লৈমরেম্‌ শিদবীদি
র-গী মস্থুংদ লৈব থম্বাই সিদবনে
ফম্বীদি অ-গী মস্থুংদ কুন্দুন লৈয়ে
থম্বাল মনাদি অমুব, অঙৌব, অসংব
৩ মক্কা য়োম্ন লৈয়ে অঙাংবদি মুংসা মৈনে
অঙৌবদি ঈসিং অয়িংবনে মুন সংবদি
মুংসিংনে হ-র-স অহুম্মক্কে তাইজিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ লাকোই লা ৫ থানিব অহুদ লৈনচিংব কংকনি ।।

কম্বাল মমাংগী তাংগ্র ৫ অহু ল্লৌথোক্ন য়েংদোক্পিরো। ঈসিং খিকতোকও। মফম অহুদা অমুক তাংগ্র লুক্কোই ৭/৯ থাগনি অহুগ মখাগী মিংথৈলেনসিংসি সৌল্লগ চেং-গী কংকনি॥

## সুমিৎ য়াইরংচা ৭ কী মিংলেন্

সুম্রিৎ তাওহুক্ত্রেং অহন ব, লাইরেন, তাওদুন রং
য়োই ময়াই, য়োইথোমথোক, থোমথোক, ন্নানোবা,
য়োইপরেং, পরেং লৈসংব, প্যাকল, লিল্লা নিংথৌগী
চেংলৌ মিংকোই থোংসায়েন, য়েৎলম গী
মিং নহা য়াইরং চানা য়োইবু লৈমরেন সিনহৈবগী
পাইম উনগোই সুংদ পাইসিল্লগ হৈয়াংমচা ম্নার,
তাওজিংমক পান্দুম নাওনোরক, পাওত সুমিৎ য়াইরংচা ৭ পু
মিংকৌ তম লৈরাং লৈকংচরি তাইজিক ৎুরবু।
হাউং-হায়েং॥

কম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাক্কোই ৭/৯ পরেং ২ থোক থারগ মথকী মিংথৈ অসি সৌল্লগ চেং, লৈনচিংব ম্নাইজ ঈরিক কংকনি॥

তাংগ্র লাকী মওংজি

| কম্বাল |
| --- |

[illegible]

## থাজ ১২ গী মিংথৈ:-

হা লোইদাম, থাজ অহন্‌ব থাদরেং থাম্নুংসি,
থয়াইরেং, থানৌতোন, কুপ্‌সন, কুপ্তরেং
থানৌরেং, তম্নুংয়াই, য়োইপরেং, পরেং লৈখম্ব,
য়াইখুতোন্‌, লোইদাম, থাজ ১২ মাদি
পাফল, লিল্লা নিংথৌগী চেংলৌ মিংকোই ওইরম্বগী
মিং নহা য়াইরংচা য়োইবু লৈমবেন, লল্লেমগী
পাইম উনগোইম্নুংদ চোংসিন্‌খিত্নুন
লাক্‌লু ফিয়ান্দুন তাওজিং মরু পল্লরে
হৈরাং মচা য়ান্ন নাওনৌরকপও লোইদাম থাজ ১২ বু
তাইজগে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

কম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা, লাইমুরা ৭ লাইপাথং ৯ গী থাব্রিব পরেং ২ অতুদ চেং, লৈ লাইজগ লোইনন কংকনি ।।

## লোইদাম থাজগী মিংলেন্‌

১। হে লোইদাম, থাদরেং, লাইজ তরং থক্তা
পরিং লাংসং হল্লক্‌প নোংদারেং তনৌব
মনিক, য়াইরং চা তরা লুকোই কংচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং—।।

কম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা পরেং ২ দা চেং, লৈ ঈসিংন চিংব কংকনি ।।

২। লোইদাম, থাম্নুংসি তাংজ সম্‌পোক, মুংগী
থম্বাল, খোইহৌরৈ লৈমাই থক্ত লাইজ ইচু
লেম্‌লৈ অহন্‌বও তরা লুকোই কংচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্তী লাইমিং অসি সোল্লগ কম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ পরেং অনিদ চেং, লৈ লাইজ ঈরিক কাংগম্ন কন্দুন কংকনি ।

৩। লোইদাম, থয়াইরেন, ফৈচৈ কারমব
পাফল, অরিবও থেঙ্গু লাইয়িবি
তরা হৈকোই কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ।

মথক্কী লাইমিং অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ থারিব লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈ ঈশিংনচিংব কৎকনি ।।

৪। লোইদাম, থানৌতোন, তুবী ভাংহন, চাওথোইব
থম্বাল খোইহৌ লৈয়াইথক্তা ভাংচুনব
ভাংঙোই শারিক,প তরা হৈকোই কৎচরি
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা, লৈনচিংব কৎলগ ঈরিক লাইজ কৎকনি ।।

৫। লোইদাম, কুপ,সনা খরাই লাইচম্ব
স্থংদাই কারন, লাক,প চামেন, মচু মান,ব
লাইরেন, চাওথোইবও তরা লুক্কোই কৎচরি
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা চেং লৈনচিংব কৎকনি।

৬। লোইদাম কুপ্তুরেং তুবি খোইচি নুং
থম্বাল, লৈয়াইথক্ত ময়া মরি পানব
লাংগোই সামু অঙৌবও কৎচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈরেন,সিং অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈনচিংব কৎকনি ।।

৭। লোইদাম, থানৌরেং স্নন লাংলৌখন,বা
লাইরেন, খোইহৌ লৈয়াই থক্ত লুপা মচু মানব
নমু পোংসক, লাইর অতোল, তান,বও কৎচরি
কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কৎকনি ।।

৮। লোইদাম, ইমুংয়াই মথেক, ফৈবু কুংসিন্‌ব
পাফল লৈপুবও খোইহৌরৈ থম্বাল, লৈয়াইথক্ত
চীংঙু খোইয়ুম, লাইনিংথৌন ভাহোইরীবও
কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কৎকনি ।।

৯। লোইদাম, য়োইতরেং মালেম চনিং লৈখৈদগী লম্‌হৌরকপ সনা য়োইকোন্‌মুংগী পাফল লিলা তরা লুক্কোই কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা চেং লৈ কৎকনি ।

১০। লোইদাম, তরেৎ লৈশম্ব পাফল, লিলা নিংথৌগী
খোই হৌরৈ থম্বাল, লৈকা লিসিং পান্‌বগী লৈয়াই মথক্ত
কংলা ফিতুপ, অহুমগী মপু চীংঙু মপুরেন, সিদব
হে পোক্লেন, পোক্‌পও তরা লুক্কোই কৎচরি কুবিয়ু
হাউং হায়েং—।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র ৭/৯ অতুদ লৈনচিংব কৎকনি ।

## থরান্ মিচাক্ ২৭ কী মিংলেন্

১। সজিক্‌, ২। থবা, ৩। থাদোন্, ৪। থায়াই ৫। সচুং-তেলহৈব, ৬। লিক্‌থা সাফাব, ৭। চীংচরোইপি, ৮। চুংসেন-মুপি ৯। নোংথৌমুবি, ১০। নোংথৌনাকা, ১১। নোংথৌ-তুরেল্ল, ১২। নোংথৌ সামু, ১৩। সামি অপিসা, ১৪। উপোং-ঙা বাই, ১৫। সন্‌লু য়াংকোক, ১৬। লুবাংসংকোল, ১৭। মোইরাংসংকোন, ১৮। পান্‌পাসন্‌কোল, ১৯। উই-

তোংকোন,, ২০। য়ারা খুরোম ২১। হাওরৈম ইয়োংথাং ২২। মনি মমৌ সিন,তাকুবি, ২৩। ওক,পুরোই, ২৪। তাও-হুইরেং, ২৫। কোরৌম্নুবি, ২৬। খোংজোন, মুবি ২৭। তোংজেং মুবি"।।

অসিবু তাইজিক্কে কুবিয় হাউং হায়েং ।।

ফম্বালগী মমাংদ তাংগ্র লাকোই লা ৭/৯ অদুদ চেং লৈনচিংব কংকনি। খুৎ-সা সেংদোক্লগ তাইরেন লোংন পাইহুন অতাইরোন মিংথৈ সোন্দুন তাইনরগ থৌনি মতোন লোমগনি ।।

## পোরাংকী পোংলম,

ঈরাংফু ২ অথেল,পোৎ ১ চরৈ ফিজোন, লিক,( লুক,ন, ) সমজেং, মিংসেন, ফম্বাল,লেন,গী হৈরুক, অচৌব ৬ কা তাংগ্র ৬ হৈ, লৈ, চেং, থোইদিং, তিংথৌ, মেক্রুক থাংমৈ, সোম্ন পুংগী ইরুম, মথোং ৯ গী কা তাংগ্র ৯ হৈরুক ৯।

## ফম্বালগী পোংলম,

লাইফি ফৈজোম, ১ কোয়েৎ ১ ইন্নফি ২ লাইফি ১।
থক,থন, অঙৌব ১ চুকচিবা ৪ লফু ৪ য়াম, খর।
চু পাম্বী ৪ অসিনচিংবনি ।।

---

# লুক্লেন কৎপগী

## থৌনিরোল

### মিংথৈ

হে লাইমিংথৌ পোক্লেন, পোক,প সাংলেন, সাংপ
হয়ি লাইমরু চৌংঙ, য়াইবিরেন, সিদব
অ সম্তুরং অতিংকোক, লাইয়িংথৌ

মিংথৈরেন্দি হয়ি স কৌব অমম্ব সিদবও ।।
লাইয়িংথৌ মিংথৈরেন্দি—উং-সং-য়েং কৌবও ।।
নদাইরেম্ম তরা লুক,কোই কৎচরি ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈন চিংব কৎতুন পাওতাকনি অদুবু লুক্লেন কৎপ হায়ন থংনৈ ।।

লুক্লেন কৎপ হায়ব অসি থোংলি থাক্লিব চাক য়েনসাং থোংলোইন মপুদ পুল্লগ কৎকনি। মপুগী লুক্লেমবু তাইবও ঐংখোযন ফংগনি। অহানবদ—"কসা নোংথৌ" গী সরুক খরা লা মচেৎ ১ দা চাক য়েনসাং মসিং স্বনা হাপতুন চীংথৈ পাংব মাইকৈদ কৎথোকপিগনি ।।

চাকলুক থাতুন লুক্লেন কৎপ তারগন—লাইনিংথৌগী লুক ১, লাইরেম্বীগী লুক ১, লুক অনি অসি ওনসম্মতুন চাক লুক থারগ কৎকনি। অতুদ অপুনব ওইন অমা থক্তা কৎকে হায়রবসু য়াই ।।
লুক ও কৎকে হায়রগন মওং অম্মুম্ম থারগ কৎকনি ।।

অ-সন্তরং ।।
O লাইরেম্বী ।।

উং-সং-য়েং ।।
O সিদব মপু ।।

হয়ি-স
O লাইনিংথৌ ।।

---

# মৈরা কৎপগী
## থৌনিরোল

ইরিক ঈসেং লোৎতুন ঐগী হক হাম্ম সেংগনি। অতুগ মৈ. হোৌগনি। ঈরিক লাইজ কৎতুন, "মেলাং" থোইজি খাদ ফমলিবি ইমালেল, সিদবীবু নিংসিংতুন লৈরাং কৎকনি।। ফম্বাললেন

তাইবং মপু সিদবদ, ঈরিক লাইজ লৈরাং ৩ লক লৈ, কংকনি। মথং মথং ফম্বাল লাংদ লৈ কংকনি। লৈ-কংপ লোইরপ মৈরা মুথংকনি। মুথংপ মৈরা অত্তু ফম্বালগী খারোমদ মমাই অরাং ওন্দুন থমগনি নাহৈ ফুগী ঈসিং, তাইরেন মনা লুপত্থুন মিংথৈরিব অমদি মিংথৈ তাবিরিব পুম্নমক্ত ঈরিক লাইজ থিকথবিগনি ॥

## মিংথৈরেন

উং মালেম, লৈসনা লৈহিংবি
সেক্লিং য়াফম, ফারিবি
উম্বি পুক্লিং তপ্লবি
তাইবং হিথাংফম, ওইরিবি
উং লৈহিংম্ন লৈনপ্ফা
লৈরাং লৈকং তমজরি
খাম্বী মৈত্রেং অরাববু
মৈরা থৌগনজগে, পিনবিয়ু ॥

মথক্তী মিংথৈরেন অসি সোন্নগ, মৈরাগী ফম্বালগী মন্দ লৈ বংকনি। নোল্লুক্ত য়াইফ থৌনিজগনি ॥

মৈরা কংপ মতমদ পাইত্থুন হায়রগ কংকে হায়রবদি য়েং-ওইনন তরেং লক হায়ব য়াই। নত্রগ ৯ লক হায়ব য়াই অত্তুদগী হেন্ন হায়ত্থুন কংপ য়াদে। মিংথৈ তাবিরিব লাইনিংহনসিং মিংকুপ থরদং লেপত্থুন থুংফাং লোন্দুনা লাইয়িংথৌবু নোল্লুকনি। ফম্বালদ লৈরাং লৈহুন তমগনি ॥

## মৈরা কংপগী পোংলম

কম্বী ১ হৈরুক, ১ কা ১ মেক্রুক্। মৈরা ১+৩+৫+৭+৯ ১৮-নত্রগ ১০৮ কংপ য়াই। লৈ থরা, সেন্দাই ১ লৈ পরেং ১ ফম্বালগী লকোই লা তাংগ্র ১ তাইরেন, পুংফাই, ঈসিং, ফম্বালগী থুদৈ অঙৌব ১ অসিনচিংব চংগনি ॥

মিংথৈ মিংলেন সকপ লোইরমদাইদ-অরাং পুম্নমা পুংথৈব, ঈসৈ. সকপ, পালা, মিংথৈ তাবিরিব পুম্নমকপু অরোইবগী মৈরা লৈরাং ওকপিগনি। ঈসৈ সকপ, পুংথৈব, পালা লেং-নম কুপপিগনি। অমাইব—"কুরুম হঞ্জব, লেং-নম কুপকনি। মিংথৈ তাবিরিব, তাবিরিবি পুম্নমক অকংসেন কংপ লোইরগ সোম্নপুংগী ময়াইদ ফম্বাল থক্ত ফমদেংবিরিব "লাইয়িংথৌ সিদববু" মৈরা থৌগনজগনি।। পৈয়া পরৈ হনগনি।।

## ঈরাকফু ফুকপগী রাহৈ

হে চীংঙু খোইয়ুম, লাইয়িংথৌ নদারেমগী
ঈরাৎ থৌনি লোইজরে হল্রাইখরো হল্রাইখ্রে
হয়ি হায়া হয়ুম—।।

মথক্তী মিংথৈ অসি সোল্লগ ঈরাৎফু মমাংদ খুবাক ৩ লক ফুরগ ঈরাৎফুদগী লৈ ১ সফোই ১ লৌথংলগ চীংথৈ পাংবদ থাদগনি। ঈরাৎফু ফুক্তোকনি। পাফলগী অরাংদ থমগনি। চুকচিরা ৪ ফুক্তোকপিরগ চীংথৈ পাংন থাদগনি। অহুম্ন মেন উরেপ সু ফুকপ মতমদ লোংখ্রো চন্ন ফুক্লগ চীংথৈ পাংন থাদগনি, চীংথৈ য়াইফু নিংথৌদ সিন্নগনি।। অয়োন অবান ঙাকপিয়ু হায়জগনি।।

---

# কুওনগী ফিরোই
## থৌনিরোল

কুমওন ফিরোই থৌনিরোল হায়বদি-মৈতৈগী চৎনবিদ মী অমা সিথিব থবান, মসিং মুমিৎ—অহুদগী নোংম নোংমগী পাখংলকতুন "মকুম মথা ওনখংলকপ হাইবদি-সিথিব থা" অহুগী থবান, মুমিৎ—অহুন তাব থবান, মুমিৎ অহুদ লাংহৈ কুমসিং কুমওন অমা সুরে। মুমিৎ অহুদ কুমওন ফিরোই থৌনিরোল পাংথোকই! অহুবু কুমওন ফিরোই থৌনিরোল কৌই।।

মীওইব ঐ.থায় অসি থা ১২ না চহি অমা সুরগা তাইবংদ, লাওন কাওরকই। সিখিবসু মপোক তানখিবনি। সিব সুমিৎ-তগীনা থা ১২ চহি ১ সুবা সুমিত্ত ফিরোই থৌ-বু তৌরিবনি।। অতুগী মরমদি-পম্হৌন থাজ ২ ঈপল্লে। পপেম্ম থাজ ১০ ঈপুরে। থাজ ১২ ( চহি ১ ) সুরে। লাকয়েন ফিয়াম্লকপদগী থাবুম ফারহুন তাইবঙ লমজাও ফাউরকপ, লাকয়েন ফিয়ান লোইরে হায়বগী ফিরোই কৌই।।

মীওইবগী হকচাংদি-সিব সুমিত্ত পোৎথাব ওই। অতুগ থবাইদি পোৎথাব লৈতে। সিখিব মী অতুগী থবাইন অনৌবা তায়মঙ হকচাং অমদ কাইদোংখিবহুন থা ১২ সুবদ পোকখ্রে। মরম অহুন নৌন তাইবঙ মপোক তাল্লক্লিব মী অতুগীদমক, য়াইফব তাইবঙ মপোক ওইহনবিয়ু হায়ন তাইবঙপানব মপুগী মফমদ থৌনিহুন তরা চাকলেন কৎতুন ফিরোই থৌবু তৌরিবনি।

## থৌরম থৌনিরোল পাওতাক

সোন্নবুং ময়াইদ ফম্বাললেল অমা সেমগনি। থকথন অমা থনগনি। অতুগী মমাংদ ঈন্নাৎফু অমা লাৎকনি। অতুগ ফম্বাল অমসু থাগনি। হৈরুক পানা ৬/৬ কৎকনি। মেক্রুক-থাওমৈ কৎকনি। ফম্বালদ 'লাংপুম, মিংথৈলেন" সোন্দুন হৈরাং-লৈরাং কৎকনি। পলেম উনগোই মুংগী থাজ ১০ পম্হৌগী থাজ ২ লোইদাম মকুম, সাগনি। লোইদাম অহানব, লোইদাম য়াই-খুতোন অনিবু মৈন বাই তাংন নম্ম সাগৎলগ, থৌবাইবু মপোক লাংওন অমা তম্বীরে হায়ন নিংহুন তেংবানব মপুদ য়াইফ থৌজান পিবিয়ু হাইন হৈরাং-লৈরাং কৎতুন থৌনিগনি। মৈরা কৎকনি। লৈ কৎকনি। তরা লুক্লেন কৎকনি। অসিবু ফিরোই থৌনি কৌই।। অরোইবগী থৌনিরোন্দ মথাদ ইরিব মিংথৈরেনসিং অসি সোল্লগ লোইশিনগনি।।

# থৌনিরোল মিংথৈ

১। হে লোইদাম, থাংনিংথৌ থাজহন,
তাইবংগী অফ-ফত্ত পুবিরিব
সাচিস্নু লাকয়েন, তাই কোংব
লৈথোং ফাংন লৈসেম, নোংসেম্বীবা
ঙসি কোয়ৌ নুমিৎ ( ইরাই ) অসিদ
থৌরম, থৌদোন, লোম, কোংয়াং ফিরান, কৎ
পামেল উকেগাং হোংলে তাইবঙ, থৌদোন, লোমলে,
য়াইবি মীপোক, তানবদ সাগৈ পীবুক, ন্নংদ
নোংদম বিয়ু হে য়াইবিরেন, সিদব নঙবু
ঈরাৎ থৌনিজরি হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈরেনসিং অসি সোল্লগ ফম্বাল গী মমাংদ থারিব তাংগ্র লাকোই ৭/৯ দা লৈনচিংব কৎকনি।

২। হে লোইদাম, য়াইথংতোন, লৈথম্ব, তাইবঙগী অতেক, অনৌ
পুন্সি মুংসাং অনৌব কুমব নোংসি নোংদমব
হে খোইয়ুম, তাইবঙ, থরাই সিংগুম খিব অসিগী
পারোই পুরোই থৌদোল, লোমলে, মীপোক, য়াইফব
অনৌব লাংগুন, য়েল্লিং লৈহুন, তম্বীয়ু ননাই ঐনা
হৈরাং লৈরাং কৎচরি কুবিয়ু হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালগী মমাংদ থারিব তাংগ্র লা ৭/৯ দা লৈনচিংব কৎকনি। থাজ অনি অসি খুরুম্ব লোইরবদি থৌদোন লোমলে ।। অরোইবদ অভাইরোন সোন্দুন তাইগনি। ফম্বাল মমাংদা মৈরা কৎবনি। লৈ কৎকনি। লুব্লেন কৎকনি। মতাং অসৈদ ফিরোই ফিয়ান লোইরে ।।

# চোং-সেকপিন-ফিরান-থকখন-কৎথংগী

## থৌনিরোল

কৎলিব অতুগী মথোংদ—হৈরুক ১, পানা ১, সেন্দাই ১. লফোই লকাং চং থোকপ ১, হৈ মনম নাইব ১ লৈসং, সনা, লুপা কোনজাই হুন্দুন মথোংদ, মেক্রুক, থাওমৈ, লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি ।।

## থৌনিরোল মিংথৈ

হয়ি-হয়া-হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
চৌংঙু ঙাংলোখাদ ননাই অসিন
কপয়াং তয়াংগে (কবোলাক,-ময়াংলাকে)
ঈপাথোই-ঈপুথোইগে, অহোং অচাওগে
ঙসি লোইদাম, থাজ (লাংবল, ) গী
মাকমৈ (৮) নি পানব কোরৌ (সগোলসেল) মুকৈকী
য়াইফ পুংকম, অসিদ সন্নাই (মঙাং) দা
পোকচব ননাই (চাওব-চাওবী) না
চৌংঙু সিদবদ য়াইফ থৌরমগী (কৎলিব পোৎকী মমিং পনগনি)
কৎচরি! তাওজিং-হৈরাং মস্থংনে, তরেৎ ফেপ্পা
সিঙেন, লৈরাং তোংদম, লাক্ল পুন,
লৈরাং খয়োম, সান চৌংঙুসনা থুয়াখাদ
কৎচরি হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈরেন অসি সোল্লগ চোং-সেকপিন অতুগী মথোংদ লৈনচিংব কৎকনি ।।

২। হে পাফল, নাংমুব মার, উরিব
সম্থোং সেলংলুংব অখোম, সিংউৎয়েন,
সম্থোং আইময়েন, নারবস্থ সিদয়েন,
সিরবস্থ পুমদাব চাখাব য়েন,
মোস্থি সম্থোই চৌংদ পানব য়েনবু

সিংঙেন, লৈরাং লৈপুন, চয়ে'ম সান
চীংঙ্, সনা খুযা খাদ সিংঙেন, লৈচিল্লম্ গে
কুবিয় হাউং হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ চোং-সেকপিন মখোংদ লৈনচিংব কৎতুন থৌনিগনি ।।

কুমওন্ থো ফিরোইগী ওইন কৎচবা ওইরবদি মথাগী ৱাহৈ অস্তুম্ন অমক হাযদ্রন চোং-সেকপিন মখোংদ লৈ কৎকনি। সনা লুপা কোনজাই থাগনি।

**ৱাহৈদি**

হাকুম, কুম্জাগী ( পোইম্ন ) থাজগী
মাক্মৈ ( ৮ ) নি পান্ব কারো ( ইৱাই ) ন্নমিংত
নোঙাখিন মচ্চাক্কী, কুম্সি চহিগী ( পোইম্ন ) গী
মাক্মৈ ( ৮ ) নি পান্বা ( ইরাই ) ন্নমিং অসিদ
কুম্ওন্ থৌনিজব অসিদ চীংঙ্ নোংথো সোরারেন,
অরাং পাখং য়োইবেন্ব, কোরো থংবা নোংনিংথো
চীংঙ্ মিংয়েং পানচম্ব কসা মনোংথো সিদবগী
ঙাংলো খুয়া খাদ লৈরাং থৈয়োম, তোংদম, পুন,
পাওকৎচবব্ চীংঙ্ য়াইবিরেন, সিদবন
লৈরাং লৈনম, লৌসিন্বিয় হায়ন, ননাই ঐন
চরৈ ঙক্ত য়েৎ- মালেম, লৈদ তান
কোংয়াং চৈস্তু থাবগুম, চীংঙ্ ঙাংলো খাদ
পুনেজরি হে লাইনিংথো কুবিয়্
হাউং-হায়েং ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ চোংথোংদ লৈনচিংব কৎতুন থৌ-নিজগনি ।। অতাইরোন্ সোন্দুন থৌনি মতোন্ লোম্গনি

নিংসাগী খোংচৎ য়েংন উরেপ তমগনি মেন উরেপ তম্বদ চৎনরিব চৎন পথাপ অহু চপ মান্নৈ অসিম্ন।

---

# লাইনিং খুদা মাপলগী

## লাইতিনকোন

নহাল নোং অতিয়া সিদবন তাকপিরম্ব লাইনিং পরৈ মতুং ইম্ন লাইনিং পরৈ চেংখ্রব লাইনিংহন্দসিংগী থৌরাই য়াইবিরেন ৫ মরু উমংলেন মাপন্দ'হিরি'' কোম্ন লাইনিং পরৈ চেংন মপুগী ওাংলৌ খাদ তিন্ন্ ক্রুখিব, বাবু, হয়া লাওন মখাদ-উমংলেন ( ৯ ) মথং মথং ইজররকে ।।

## চীংথৈ য়াইমরু উমংলেন্দা

হয়ি চক্ত—অতিয়া সিদবন নিংথৌ কাংবদ তাকপিরম্ব
লাইনিং পরৈ খোইয়ুম, লাইরোন, অহক,পবু, থম্বাল, লেম ফুরেন্
পাম্বী কিংনাইবগী লাইনিং মরম, চংপ্ন চীংঙ্ সিদবগী সনা
মথোংখাদ উনবী পুক্লিং চংন নিংথৌ কাংবদি চীংথৈ
''য়াইমরু'' উমংলেন্দা—
'হয়ি-হৈরোম্ক সনা-মিংলেন, য়াই''
হৈরু লিকোই মিংলেন, অসিবু
ওন্ন ওন্ন চংনা লাইনিং পরৈ হৌঙম্য়ে ।।

২ । মিমরি উমংলেন্দ

নোংমাই চীংসাদ কাংবগী মপারি তারি লৌসিংবদি
হয়ি চক, লোম্ব ফাওব—''নোংপোক, মিম্রি'' উমংলেন্দ
লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। x ।।

৩ । থম্মরি উমংলেন্দ

বাংব্রেনগী মহৌ চীংদ— তারিগী মপারি সকাপ্পদি,
মৈরম, লাইজি ''থম্মরি'' উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ
চেংখিয়ে ।। x ।

৪। লিমরি উমংলেন্দ

সাকাপ্পগী মপারি, বাংকাপ্পদি, খা থংব-"লিমরি উমংলেন্দ হয়া-লাংব চক, মতোন, লোম লাইনিং পরৈ চেংখি ।। X ।।

৫। অমরি উমংলেন্দ

বাংকাপ্পগী মপারি নিংথৌ কক্সু তোলোংবদি সম্পোং লাইজি পাংব "অমরি" উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। X ।।

৬। নিমরি উমংলেন্দ

কক্সুব মপারি তোংগোম্বদি—নোংচুপ, থংব নিমরি উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখি ।। X ।।

৭। সিমরি উমংলেন্দ

পিতিংকোই মপারি লাম্বী চাদি—লিল্লম, লাইজি পাংবগী "সিমরি" উমংলেন্দ লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।

৮। তোংগোম্ব মপারি পিতিংকোইদি—লৈপাক মীয়াম, পুম্নমক লোইননা উমং নিপান, মক্ত লাইনিং পরৈ চংখিয়ে ।।X।।

৯। অৱাং হিমরু উমংলেন্দ

লাম্বীচাগী মপারি সোপাইবদি—অৱাং হিমরু য়াইমরু, উমংলেন্দ থুম্নুং চক, লোইগংদৌব কাওধ লাইনিং পরৈ চেংখিয়ে ।। X ।।

অম্ম উমংলেন, ৯ অসিদ লাইনিং লাইসোন তৌরমই ।।

---

# ঈরুম্ সংলেন্ থৌরম্

ঈরুম, সংলেন্ থৌরম হায়বদি — চীং তম অনিগী হৌন চৎন থৌরম সাইনিং মিংথৈরেনবু তাকপি তম্বীরম্লিব অসি লাইগী মতমদ সিরগ চৎনগদব থৌরমসিং অহু খংহৌনবগীদমক্ত মরোংখোংদ "সল য়োংমান" সনতুপ, ওইন মপুন সাই-ওল্লগ তাওথরকপদ কোঞ্জিরেন পাখংবন লোকচরগ থোগন্দুন সনবু খান্বী মথারগ মথৌ য়াংগনব হাক্তক্ত কংল উত্রা মংদ "ঈরুম সংলেন" (সংকুতোন) থৌরম তৌখিববু থোংঙাক ফুরুপ্বন্ নিংথৌ নাওখম্ব হাক্তক্তা ইত্তন চৎন পথাপ অসি থম্লম্মী ।।

অম্ম হায়রম্মী "তয়ো হক" কৌব লাইগী চাক্ত মহাক্কী হকচাং কয়াংতগী "হীপুং য়াইপুং-হীমরু য়াইমরু" পুথোকতুন তাইবঙ কুম্মৈ সাম্নহনখি । লৈমা ৭ না সৈসকখি, লৈসেম জগোই সাখি, লৈতাই জগোই সাখি, নোংতাই জগোই সাখি, লৈনেং জগোই সাখি । লাইপাখং ৯ না সৈখুমখি ।।

অসিগী মতুংদ—লাংতে পুং পুথোকখি, খোইম্নুম লৈবোই নিংথৌ-সনা মহিন লাংতে ফুং য়ৈখি । অসিগী মতুংদ অমুক বাংলেন নাহা পুং-দিংবন বাংন সাব পুং পুথোকখি, পোম্বী লুবা-ওবন য়ৈখি— ।

অম্ম মপুগী কুমওন্থোদ পোম্বী লুবাওবন পুংকোক ওই । বাংথ মাইরোইনবন তুং ইল্লি । সেন্দ্রেং পাখংবন অসৈব । লাই-নিংথৌ হনবন সৈওকপান ।। খম্নাংবন খোল্ পাংবনি । মুবা নিংথৌন লিমৈবনি । অম্ম থৌগনখি ।।

মৈতৈ পুং অসিদি ৱাংলেন নাহ পুংতিংবন—ৱাং-উ উকক, অমন ফৈগন ফৈবোম, খুক্লু কাংকোই মওং লৌতুন পুংগী সক্তম সেম্লগ সন য়োংমানবিগী মউন্ন মরু অমসুং মনাও তিংতুন পুং য়ৈথরে ।।+।।

## ঈরুম সংলেন, মথোং মাপন্গী লাইমিং

১। মিংলগ্—থাংজিংগী মখোং মনাক্ত—ঈরুম, মপু ফম্মে লাই-যিংথৌনি। মঙাং পুন্সিবন থোৗগল্লি, মঙাংগী মমিংদি—ঙাং চিরিক্ কৌই ।। × ।।

২। সেন্ উরেপ্ময়াই ফম্বাললেল্দি-তাইবঙ মপু সিদবনি ।। চীংসাং খোইরেন্ খোইহিগুম্ব চেম্বরিবনি। মঙাং সলাইনি।

৩। চাংথৈ পাংব মখোং—ক-লাইয়িংথৌনি, খাব সলাইনি ।। মার্জিংনু থোৗগল্লি। মুংসিং অথুম্ব পুরি ।।

৪। নোংপোক্ পাংব মখোং—ঙং-লাইয়িংথৌনি। চেংলৈ সলাইনি। মুংসিং ওইনম্ব পুরি নোংপোক্ পান্থোইবীন থোৗগল্লি ।। × ।।

৫। মৈরম্গী মখোং-ন-লাইয়িংথৌনি। খুমল্ সলাইনি। ৱাং-ব্রেন্ন থোৗগল্লি—খম্মুং অমাইবনি ।। × ।।

৬। মশাগী মখোং—ম-লাইয়িংথৌনি। উসা সলাইনি। মুংসিং অচিক্প হুম্লি ।। × ।।

৭। নোংচুপ্কী মখোং—য়-লাইয়িংথৌনি। উরোক্ সলাইনি। মুংসিং অথিন্ব হুমলি খম্মুং নোংঙারেম্ন থোৗগল্লি অমাইব ফমফম্লি ।। × ।।

৮। লিক্রুম্ মখোং-পাফল্ লাইয়িংথৌন পুরি। অঙোম সলাই-নি। মুংসিং অতপ্প হুম্লি ন-লাইয়িংথৌন থোৗগল্লি ।।×।।

৯। অৱাংগী মখোং-হ—লাইয়িংথৌন পুরি লুৱাং সলাইনি। মুংসিং মনম্ মুংসিব হুম্লি খোইয়ুম পুরৈহন্বন থোৗগল্লি। থায়োন্গী পুক্রুং মঙা হুম্লি ।।

## অরাং পুরেন, থৌরম,

অরাংপুরেন, হায়বদি-থৌরম, অতুগী অচংব পোৎলম, অরাংপ লৈতন পুথোক,প, সিনবি লাংবিবগী থৌরম, তোবিরিব অতুবু অরাং পুরেন,—কৌই ।।

ইহান, হেক, হান,বদ মাংলম,চৎত, অরাং পুরেন, ফম্ব হৌখিব অসি লুরাং ঈয়ু পুন্সিবন ফম,খি । লুরাংগী মিংলেন্দি-চিরিরিক, কৌই ।। কৌরু নি ।। থোংঙাক,প-থোংঙারেন্দি-রাংব্রেন্নি । খুমল সলাইনি । মমিংন—উম,চিরিক, হায়ন কৌই ।। লৈ-য়েন,বদি-লাইরেন্ম তোন,বিনি মমিংদি লৈসরা কৌই ।। কা-য়েন,বদি-লম,লৈমনে । মমিংদি হাওদংখুবী কৌই ।। অচা অথক,য়েন,বদি চীংখৈ য়াইফু নিংথৌন অচা অথক, য়েল্লি ।।×।।

## মালহৈবি-মালহৈব থোং থাকপ লাইরেম্বী ৭ কী মিংলেন্নি

নোংম-নোংমগী চাক থোং-থাকপিরিব অসি লাইরৈম মকোক অরাংদ পুরি, অরাংদগী হৌবনি। অরাংদ চিৎন্রনে। অম্মম মুমিৎ ৭ নি লোইন, খন্ন সেম সাতুন থোংলক,প লাইরেম্বীসিং মথং মথং কাইদন মখাদ ইরি অসি খংন নোংমগী পুরিব লাইরেম্বীবু থৌনিজরগ চাক থোংলবদি সোইব হৌনদে অসি খংন চাক থোংউ সেল্লো ।।

থোনিগী পোৎলম-হৈরুক, ১, পানা ১, মেক্রুক, থাওমৈ সেন, লাই ১, ভাইরেন পুংফাই, লৈ চেং, থোই-দিং অমুব খম্বা । নাইহুন থৌনিগনি, কাসাদ চেং থরাংলৈ থরা কংলু ।।

# য়ালইহবী—চাক্থোংব
# লাইব্রেরী

১। নোংমাইজিং সুমিৎত—
চিংমু লাইব্রেরী ৱাংঙুখোংদগী ঈসিং সোকলুরগ চাক্ থোংই। থোংনবগী পোৎসিং অদুদি অতিয়া সিদবদগী লোই। হিরৈমন থৌগল্লি। ×।

২। নিংথৌকাব সুমিৎত
সুমিৎ অসিদ "খমনুন" কৌক্খোংদগী ঈসিং সোকউরগ চাক্ থোংই। থোংনবগী মচাকসিংদি অসিবদগী লৌগনি। মহুদ য়াইরৈমন থৌগন্ চংই।

৩। লৈপাক্পোক্প সুমিৎত
"থমনুন" চীংগোই রোক্তগী ঈসিং সোকউরগ পাখংবদগী থোংনব পোৎসিং লৌরুরগ ঢানব চাক্ থোংই।

৪। য়ুমসকৈস সুমিৎত
"অহুমনুন" লৈমরেন্দগী থোংনব পোৎ লৌরুরগ খাব ঈদগী ঈসিং সোকতুন চাক থোংই। অহুদ য়াইপোকপীন থৌগন্ তৌই ।।×।।

৫। সগোলসেন সুমিৎত
সুমিৎ অসিদ "অরৈমুন" চাক্ থোংই অরৈমু লাইরেম্বীন লুৱাং ঈদগী ঈসিং সোকউদুন থোংই। থোংনব পোৎলমদি লাইখুরেম্বীনা পুথোকখি। মহাকী থৌগন্ চংবনহিকুবীনি ।।×।।

৬ ইরাই সুমিৎত
লাইখুরেম্বীদগী ঈসিং সোকউরগ, নোংথাংলৈমদগী থোংনব পোৎ লৌরুরগ 'তরৈমুন" চাক থোংই। মহাকী থৌগন্ চংবন য়াইকুবিন চংই।। ×।।

৭। থাংজ মুমিংত

"তোন্থাংহুন" চক,প ঈদগী ঈসিং সোক,উরগ, চাক, থোংখি। চান থক,নব পোৎ মখৈন ইমোইমুদগী লৌথুনা থোংখি। চাক, থোংব অসিদ য়াইসনান থৌগ,ল, চংখি।।×।।

থৌনিরোল মিংথৈখেলেল,

হে-ইমা ( ••• ) -লাইরেম্বী ঙসি ননাই ঐহাক
তরা লুক্লেন, হৌজগদৌরিব, "থোংগদৌরিব" অসি
ইমানা অকাই অতোই য়েংসিন,বিয় তাকপিয়ু।
ননাইগী থৌরম, অসি য়াইফ লল,কুবিরম্মু।
থুংফাং ১০ লোন্দুন থৌনিজগনি।।×।।

ত্রেক্কেৎন কোইসল্লিব অসিগী খুদমদি মুমিং অতুদ পুব লাই-রেম্বীগী মমিং হায়দুন থৌনিগনি।

---

মিংথৈ তাবিরিব লাইনিংহলসিংগী

ফম,কম,

সংলেন, ( মান্দোপ, ) ময়োন,গী অকোইব চিথেক, মরিমক্ত ফম্লিব মিংথৈ ভাব্বিব (ভাবোক) অহন,সিং অসি মসক মওং খংদন ফম্ব য়াদে, লাই ওইবসিংগী ফম্ফম্লি। ঐ মসক খংন লাইগী মহুৎ মরেং সিন্দুন ফমগনি। ফম্ফম, অদু লাইপক কৎথুনা ফম,গনি মায়কৈ মরিদ ফম্লিব লাইসিংগী লাইমিং মথং মথং ইজরবে।

## ১। মোইরাং লাইজিদ ফম্ব

থাংজিংনা মকোক, ওইদুন ফমই ২। থাংজিংগী
মথংদ কোংলোতোন, অপান,ব, ৩। নাওহন,ব
৪। তাওথিংমাং ৫। ইকোপ, নিংথৌ ।।
৬। লাইনিংথৌ অচাংব ৭। য়াংগোই
নিংথৌ ৮। তুবু চৌং নিংথৌ ৯। লাইগজেং
১০। রাল্,মুব হায়রিবসিং অসিনি ।।

## ২। থা মৈরমদা ফম্বা

১। থারৈদ-রাংব্রেন মকোক ফমই ২। মহাকী মথংদ
থাক,প ৩। লুরাং ৪। পুরৈরোম্ব ৫। লাই সোরারেন
৬। নোংপোক, মৈয়াং নাহ সলাই থেম্ব
৭। য়োইমোংব ৮। থোংব নিংথৌ ৯। কুপজেং
১০। রাইকাক, সরিব ।। হায়রিবসিং অসিন
ফম,খি ।। × ।।

## ৩। নোংপোক চৌংখৈদ ফম্ব

১। মার্জিংন মকোক, থংদুন ফমখি ২। চাথাব
৩। লাংবুম, নিংথৌ ৪। সম,বুম, নিংথৌ
৫। থরারেন, ৬। উকোং নিংথৌ ৭। পোইরৈতোন,
থুন,থিব ৮। পুদাংগোই মথোইসিং অসিন ফম,খি ।। × ।।

## ৪। অরাং কৌব্রুদা ফম্ব

১। থাংমাইদ-কৌব্রুন মকোক, ওইদুন ফমী

২। মথংদ কোরৌহন,ব ৩। লোয়ারাক,প
৪। বাখারাক,প ৫। অরোন,মুং ৬। ঈসিং চাইব
৭। মোংবাহন,ব ৮। ওক,সুরাক,প অসিনচিংব
ফমথি ।। X ।।

মপুগী খোল্লাও হায়বদি-সংলেন, ( মাস্দোপ ) মপুন নত্রগ অসৈবন সকপ সোনব হৌত্রিভৈগী মমাংদ হৌনবগীদমক্ত মপুগী সৈহৌ কুম,-তম,সৈগী মিংথৈ অমা পিহুন হৌদোকনি ।।

**বাহৈদি**

ঙসি য়াইফ মুমিৎ অসিদ চৌংঙু ইবুংঙো
খোইয়ুম, লাইরা অহক,প লৈমুং নোংথোং
নোংলাও সৈবু-মৈনা বাই তাংন সম্ম রাংলেন,
পুংখৎ তৈ, তরেৎ সেন,ফাং য়েন হয়ি-হয়া
মিংথৈরেন, সক,প সোন,ব হৌরসে-য়াইফরে।

বাহৈ অসি সংলেন মপু নত্রগ অসৈবন হায়ব লোইরকপ মতমদ ইশৈ সক্কদব মীওইসিংন বাংলেন, ফুংখৎতৈ, তরেৎ সেম্ফাং য়েন সক,প সোন,ব হৌগনি ।। × ।

## সোম্নপুৎদ—ফমলিব
## মাইব

কুরুম হঞ্জব পিনাইব কৌই ।। মফমদি মেনউরেপ পাব লাংজৈ হায়বদি অবাং থংব লকাদ ফম,গনি অত্তুবু মাইব ফম,ফম,

কৌই। অতুগ মাইব ফম,ফম অসি ব্রাংব্রেন্দম্সু ফম্মী অতুন খম,নুং মাইব কৌই।।

অস্নুম্ন থৌরম অতুবু পাংথোকখিব অমাইবদ-ঐথোয়ন ঙমজব চরৈ ফিজোন হোং, তারেৎ সেনজা কৎকনি। অতুগ অমাইবন ব্রা তাংগ্র ৫ পুসন্দুন পুং য়ৈবদ ২, অসৈবদ ১, সৈগুকপদ ১, খোন, পাংবদ ১ মখোই ৫ দা থব্রাই মঙাবু ব্রা তাংগ্র অমমম,গ লোয়নন সিংগুম্বগী য়াইবী অতু অমাইবন অসৈবদ সিন্নগনি। অসৈবন ঈরুম, মপু অতিয় দ অমুক সিন্নগনি। ইরুম মপু অতিয়ান চীংঙ্ মপুরেন, সিদবদ থিনগৎকনি।।

ব্রাহৈংদি

হে লাইনিংথৌ মহাক, কৌব লাই
মিংলেন্দি ইহাক, কিন,চিন, কৌবও।
লাইরম,লেন্দ তিন,হন,বিয়ু লাইয়িংথৌ।।
হয়ি-হয়া হয়ুম, কোল্লো।।×।।

অস্নুম্ন থৌদোন, লোম,গনি-মৈরা কৎতুনা থৌনিরোল, লোইসিনগনি।

---

# মেন্ উরেপ্

## হুন,ব

মেন, উরেপ, হুন,ব হায়ব অসি নহান,নোং হয়িঙৈদ তাইবঙ, পান,ব মপুন মালেম, অসি সেম্নগে হায়ন প্নাইম মুংদ নিংখিয়ে। মপুন লাংসং থারে, লাংসংদগী পরিং হুল্লে, পব্রিংদগী — ফৈচৈ

কারন্ লোরে। ফৈচৈ কারল্দগী মেন্ উহৌ উরেপ্ লেপ্কে হাযহুন, সেম্ন উযুং ওইন ময়াইদ য়ুংঙে।। উযুংগী মথক্ত খোং কারন্ চন্ন ফম্ন, অহুগী মথক্ত কাপ্তু ওইন লোংলে। কাপ্তুদগী মালেম্গী লৈচি মযাদ চুক্সেন্ ফুরে।। কাপ্ত হুইরেন্ থারে। লৈবাক মবা তারে। ফা-কুং-কাগুপ্ লৈবাকসু মপুং ফাবে। মালেম্ অসি কাইদনবগীদমক্ত মালেম্গী লৈচি মরিদ চুক্সেন্ ফাখি।

মিৎলম্ মোইরাং লাইজিদ—থাংজিংবু চুক্কি মপু ওইহনখি চীংথৈদ মার্জিংন চুক্ ওইন ঙাক্হন্খি। মৈরম্দ বাংত্রেন চুক্ ওইন ঙাক্হনখি লিক্লম্ কৌব্রুদ খোংফৈ চল্তুনা চুকসেন্ ওইন ঙাক্খি। মতৌ অসুম তৌন মপু মহাক্ন মালেম্ লেসেন্ লৈসাঙৈদ তাইবঙ্ কুম্মৈ সান্নব য়ানবগী থম্মোয়ন্দু দ লাইরেম সেমখি সংলেন্ হায়ব অসি তাইবঙ্ মপু মহাক্কী কয়াৎ ফিথ্প ৯ দগী লৌহুন সেম্খি। সংলেন্ অমা সারবদি মপু মহাক্কী সক্তম অমনি হায়ন লেপ্কদবনি। অহুগুম্ব সক্তম অহুবু ঐখোয়ন "মেন্ উরেপ্" হুনব হায়না খংনরিব অসিনি। মেন্ উরেপ হুনব অসি থা অহুগী উয়িন্ য়েংহুন ইন্খৎকনি। ঐখোয়ন সারিব সঙ্ অহুগী মপুন লাইনিংথৌনি।

## উয়িন্লোন্

নোংথৌ লাইগী মাইওন্দি—য়ুম অমগী মেন উরেপ্ হুনব মতমদ মাইওন্ নিংথিন য়েংহুন হুনগনি। মেন্ উরেপ্ হুনব হায়ব অসি য়াম্ন লুব থৌরম্ অমনি। উরেপ্ হুনবদ লৈরে অকব কত্তব থৌরম খুদিংমক্।

## উয়িল্লোল,

১। হিয়াংশৈ, পোইন্নু, ৱাকচিং থা ৩ অসিদি—মকোক্বা অৱাং পাংগনি। মতোম্ন—মখা পাংগনি। মবুক্ক নোংপোক, ওন,গনি। মনম্ন নোংচুপ, ওন,গনি। উয়িন্দি মৈরম,—ৱাংত্রন, ইন,গনি ॥ × ॥

২। ফাইবেন,, লম তা, সজিবু থা ৩ অসিদি-মকোক্ক নোংপোক, ওন,গনি। মতোম্ন-নোংচুপ ওনগনি। মবুক্ক মখা অমম্নুং মনম্ন অৱাং ওনগনি। মেন, উরেপ,কি উয়িন্দি—মোইরাং লাইজি ওন্দুন ইন,গনি ॥ × ॥

৩। কালেন,, ইঙা, ইঙেন, থা ৩ অসিদি-মকোক্ক মখা ওনগনি মতোম্ন অৱাং ওনগনি। মবুক্ক নোংচুপ। মনম্ন নোংপোক, ওনগনি। মেন উরেপ,কি উয়িল,দি-মমাই কৌক, লিক্রম, পাংন ইন,গনি ॥ × ॥

৪। থৱান, লাংবন, মেরা থা ৩ অসিদি—মকোক্ক নোংচুপ ওনগনি। মতোম্ন নোংপোক, ওনগনি। মবুক্ক অৱাং। মনম্ন মখা ওনগনি। থা অসিদ হুনব মেন, উরেপ,কি উয়িল,দি-মমাই চৌংখৈ পাংন ইন,গনি ॥ × ॥

## মেন উরেপ, হুনবগী থোৗরম

মেন, উরেপ,—সেম সাব লোইরব মতুংদ, উখুন, তৌরিব মফম অহুদ, মাইওন,গী মতুং হম্ন কাংফৈ ৩ ফৈতুন থম্নগ মতুংগী মথক্ত য়ুংগদোরিব "মেন উরেপ" উ অহু থমগনি। অতুগ ফি অঙৌব অমা ওইগী ফিজিম্ন ফিখা থংন, য়েংকী ফিজিম্ন মথক, থংন য়েংকনি। অহুগী মথক্ত লং অহিংব ৩ লক, য়েংতুন পুনগনি। অহুগী মথক্ত অমুক, হৈনৌ মনা ৩ পয়াদ লেংলগ পুনগনি। উখুল, মনাক্ক, হৈক্রক ১, পান ১, মৈরা, মেক্রুক, চেং, থোইদিংঅমুব, তিংথৌ মত্তোন, লৈ-থর, লফোই ১. অথ,ম্ব মরম ৫, হায়বদি সংগোম, অনৌব, অফম্ব, ঘী, খোইহি, চুহি য়াওন কৎকনি।

অহান্নবদ—মেন, উরেপ, অদু তাইরেন, মনা পাইদুন অনম, অথৌ কোক থে.ক,-সেংদোক, পিগনি। কৎনব পোৎলম,সিং অদুসু সেংদোকপীগনি। অদুগ "মেন, উরেপ" মকোক্ত উখুলগী মমুংদ তানব চেং, থোইদিং লৈনচিংব কৎকনি। লফোই তদু খোৱুগ মেন, উরেপ,কি উকোক্ত থমুগ মথক্ত চেং, থোইদিংনচিংব হাপ্লগ অথ.ুম্ব মরম ৫ অদু মুমিৎ লাইসোন, সোন্দুন কৎলগ হৈথগনি। মেন, উরেপ, ইনখৎলম,দাই মতম,দ নিংসা-স্বরগী খোংচৎ য়েংদুন ইন.খৎকনি।' লাইসংগী ওইরগন-য়েৎকি নিংসা স্বরদ। লাইয়ুম লৈগনি। মী লৈনবগী য়ুম ওইরগন—ওইদ লৈরিভৈদ ইনখৎকনি, খায়ুম লৈগনি।

লাইয়ুম,—হায়বদি নোংপোক চীংখৈদ য়ুংলিব চুক, অদুদগী, খা মৈরম,দ য়ুংলিব চুক, অদুন নোংপোক,লোম,দ, থরা হেন্‌গৎন য়ুংলবদি-লাইয়ুম লৈব হায়ন কৌই। খায়ুম লৈব—অৱাং চীং-খৈদ পুরিব পরিং লাংসংগী চুক, অদুন খা মৈরম,দ য়ুংলিব চুক, অদুগী থরা হেনগৎন নোংপোক,লোম,দ থরা চৎখৎন য়ুংগনি। অদুবু খায়ুম, লৈব হায়ন কৌই ।।

অদুগ মেন, উরেপ, উ অদু উমিৎ উমাই য়াম্ন কুপ্ন য়েংগনি। অসিদ অফ ফৎত লৈ। উগী উমিৎ থাংজিংদ ওনব মহি ময়াই কল্লি। সংলেন-লাইসং ওইরবদি থাংজিংদ ওন,সিল,গনি। মী লৈ-নব য়ুম ওইবগন, উমিৎ অদু কোক্‌রোম,দ ওনসিন,গনি উরেপ, উ অদুগী মবুক্ত ইমুংলোমদ ওন,সিন,গনি। মনম্ন মপান, থংগনি। অসুম তোরবদি ইমুং অদু নরা তপ্পি।

মী খুদিংমক্কি মপোক, মুমিৎ খেন্নবগী মতুং ইন্ন. য়ুম সাবগী মেন, উরেপ, উসু মান্নদে। মী অদুগী পোক,প মুমিৎকী মতুং ইন্ন পরুব-পরুদব উ লৈ। মুমিৎ চৈসিং ৭ কী মমুংদ পোক,প মীগী পরুব উদি মখাদ তাক্লি।

নোংমাইজিং পোকপ—ৱাং—পক্লে ॥
নিংথৌকাব ,, —থাংজিং পক্লে ॥
লৈপাক,পোক,প ,, —উয়িন—পক্লে ॥
য়ুম,সকৈস পোকপ —ৱাং—পক্লে ॥
সগোলসেন পোকপ —উনিংথৌ—পক্লে ॥
ইরাই পোকপ —হৈমাং—পক্লে ॥
থাংজ পোকপ —হৈবী—পক্লে ॥

মপোক্কি পক্কব উসিং অসিন মেন, উরেপ, হুন্দুন য়ুম সারবদি মু,ভাই য়াইফব ওই ॥

# মেন্ উরেপ হুন্ব্

## থৌনিরোল

### মিংথৈ

ওসি লোইদাম, (লম,তা) থাজগী মাক,মৈ (৩) নি
পান,ব কোরৌ (নিংথৌকাব) মুমিং য়াইফ পুংফম,
অসিদ নদাইরেম, (থুমন,) সলাইদ পোক,চব
(চাওব/গওবী) না (থৌরম, হাইগনি) মেন, উরেপ,
তম,জরি নদাইরেম, অসিন খুৎফাং ভরা লোন্ন
চৌংওৱ ভাংলৌ থাদ য়াইক থৌজান, পিবিয়ু
হায়ন নোল্লুকচরি ॥×॥

মথক্কী মিংথৈ অসি হায়রগ—মেন উরেপ হুজিব অহুন মালেম, লৈদ কুন্ন খুৎফাং ভরা লোন্দুন থৌনিজগনি ॥

## চীংঙ্ য়াইবিরেন্ মিংথৈ

২। উং‑সন্‑তরং‑নোং‑সন্‑ঙাং‑তরং
সন্‑নোং‑সন্‑সন্‑নোং‑সন্
হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ — মেন উরেপ্ উকোক্ত চেং লৈ ঈসিংন‑চিংব কৎকনি। অত্থুগা অমুক উকোক, অহুদ লা মচেৎ অমা থারগ লফোই অখোক্প ১ হাপ্পু অত্থুগী মথক্ত পৈসা ১ কৎলু মখাগী মিংথৈসিং অসি সোল্লগ চেং‑লৈ ঈসিংনচিংব কৎকনি ।।

৩। উং‑হুং‑আ‑সন্‑তরং
হয়িংসো‑উং সং য়েং
হু‑রু‑স‑স‑রু‑হু
অঞ্জিমা‑কুক্ কুক্ কুক্ ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈরেন্ অসি সোল্লগ মেন্ উরেপ উকোক্ত ঈসিং ৩ লক কৎকনি। অত্থুগ চেং লৈনচিংব অমুকন্থু কৎকনি।

## নুমিৎকি মিংথৈ

নুমিৎ নাওহুইরেং অহন্ব লাইরেন্ তাওদনব।
য়োইমা য়াই৹ য়োইথোম্থোক্ খোম্থোক্ নানৌব
ম্নোইপরেং৹ পরেং লৈসংব। পাফল্ লিল্লা নিংথৌগী
চেংলৌ মিৎকোই থোংসারেন্ য়েৎলন্গী মিৎ নহা
য়াইরং চানা য়োইবু লৈমরেন্ সিল্হৈবীগী পায়ম
উন্গোইন্নুংদ নাওনৌরক্পও। নুমিৎ য়াইরংচা
মিকৌ তম্ন‑অথুব মরম্ ৫ না খোম্লাং লাইজ
সেংথোইব ওইন কৎচরি৹ য়াইফ থোইব
মেন্ উরেপ্ওইহন্বিয়ু ।। × ।।

মথক্কী মিং'খৈ অসি সোনব লোইরগ অথুম্ব মরম, ৫ অত্ত মুমিংত কংলগ মেন, উরেপ উকোক অম্বুদ হৈথগনি ।।

অসুম্ন হৈকং লৈকং লোইরব মতুংদ নিংসা ( স্বর ) খোংচং য়েংলগ মী ৩ না মেন, উরেপ, প ইহুন, উয়িন মাইওন য়েংহুন টনখংলক,প মতমদ — .হী হৌ'হৌ'হুক, হুব,চিল্লো হায়ন হায়-বগ যুংখংকনি ইসা ইসাগী ইমি নলহল্লোইদবনি ।।

মেন, উরেপ, যুংবগী থৌরম হুন,জম্বব যুম্ব, অতুদি যুংখংলকপ মতমদ কৈদৌউদম্ব পাইহনগন্নু ।। মমাই নোংপোক, ওন্দুন মনাক অতুদ কমহন,গনি । মেন, উরেপ, অতু য়ুংখংলক,প মতমদ মথক্ত য়েংখংপ য়াদে থৌবুদি, যুংখংপ লে'ইরগ পুংয়ান চানা লেপহল্লগ অমাইব অতুন মখোংদ লৈপাক হাপ,তুন অতুগ স্নক পাইহুন ৩ লক, লৈপাক, সুজন্ন । অতুগ থৌবু অতুন মেন, উরেপ, অতুদ থুরুম,গনি । য়াইফ থৌজ্জান নিগনি । মেন, উরেপ, য়ুংব লোইরগ, অমাইব অমদি মেন, উরেপ, পাইবিব মী ৫ অতু ঙমজব সেন, খরা কংকনি ।।

সুমাং পাক,লৈ খন,বা-মখাদ তাক্লিব অসুম্ন থৌগনজরবদি য়াইফ থোইয়ে ।। হাইবদি মেন, উরেপ, অসি মতাং ৭ নত্রগ ৯ দা কক্কনি । য়ুংখংলক,প মতমদ মতাং মমিং থাংজিংগ মাইয়োক্লগনি । ম'লেম, লৈমাইদগী মত ং মমিং খুবাক, অমা ব্রাংন লেপ,কনি । লাইযুম,গী ফিথুপ্ত সংলেন, লেপ,কনি । চিংথেক, ৪ গী মখোং কোক্তোন, ব্রাংব অনি ব্রাংব্রেন, মৈরম,গী মখোংন খুদোন,বি মকৈ মরেপ, ১ ব্রাংন লেপ,কনি । মেন, উরেপ-মখোং ৮ গী অকোইবদগী ময়াইন ৯ সুব অথোইব ওইন হেন্না ব্রাংন লেপ,কনি । মেন, উরেপ, ফাজন, পুন্সন,ব য়াদে অসুম্ন থৌগন-জরবদি মতিক, ময়াই ব্রাংডে য়াইফ থোইয়ে সেল্লো ।। × ।।

# য়ুম্ সংকাবী থৌরম

## থৌনিরোল,

য়ুম সংকাব হায়বদি — অহান্‌ব সাব য়ুম্‌দ হুমিং থা অকব যেংহুন হায় লৈরব য়ুম, অহুনগী পোং খুদিংমক লোইন থাংজিন্দুন য়ুম অহুগী ময়ুংদ হোংজিন্দুন লৈব অহুবু য়ুম সংকাব কৌই।

য়ুম সংকাব্রিবৈদ সম্‌ওক অমবু হায় অহিং অমা লেক্‌ইন্ব ফৈ। মথি-ময়ুং অহিং অমা লেক্‌পদ তারমদ্রবদি ফত্তে সেল্লো।

য়ুম সংকব অসিদ তৌগদব থৌরমদি — মথাগী অস্তুম তৌগনি। সংকাব হুমিং — য়ুম অহুদ পোং চৈ হোনজিন্ত্রিবৈ মতমদ ইহান্‌, হায় য়োংসবি ১ ফুংগাদ থম্‌গনি, চেংহি চফু ১ নিঙোল, কাদ থম্‌গনি। চাক্‌খুম্‌দ ঈসিং পুন, অথন্‌ব ১ থম্‌গনি। ঈসিং হায়ব অসি পুংজৈনি। মৈ, ঈসিং, হুংসিং অসি পাংদিং মায়রবদ ইমুং অহু হুংঙাই য়াইফৈ।। ঈসিং হায়ব অসিদি তাইবঙপাম্বগী মরু হৌফম্। ঈসিং পুসিল্লব মতুংদ চেংফু অমুক্‌ পুসিন্‌গনি। অহুগ য়ুংগাদ মৈ অমুক্‌ হৌগৎকনি। অসিথোং খিংবিগনি অৱাং নাক্‌থা থোং, খাজন, থিংজিন্দুন সংকাব হুমিং ৫ নি থমগনি। চেংফুনচিংব লৈপরেং অমমম, সিবিগনি অহুপ হুমাং সোয়পুং মমাংদ থমগনি পোৎলম্‌সিং, অহুগা সংকাগনি। সংকাবদি য়োংসবি ১, ঈসিং পুন, ১, চেংহি চফু, হুমজিং ১, চেংফু ১ ফৌদাং ১ মৌ ৫ না পুরগ য়ুম অহুদ অকব পুংজ য়েংহুন কাগনি অহুবু য়ুম সংকাব কৌই।।

মাঙোল্‌গী ফক্‌তোম ফম্‌লেন, থংবগী থোংজিন, মপান্দ থোংঙারেন্‌বু থৌনিগনি অহুগ ঈরাৎফু ১ সাৎকনি। লৈপাক,

অপেংপ খরনা হৈনৌ মনা নত্রগ তাইরেন, মনা নত্রগ থৈবোং মনা মঙা হুম্বন নপ.সিনগনি। লোয়নন চেং, থোইদিং অমুব, তিংথৌ মতোন., লৈ, পৈসা অমা য়াওন অতুদ নপ.সিন.গনি। নপ্লিব অতুগী মথক্ত লংলা ৩ না সাংলপ্না নপ.ন য়াম্বরগ ঈরাৎকু মমাংদ লংলা ৩ গী মচিনসিং অতু তাহন.গনি। লংলা ৩ অসি মঙাং লুব্রাং খুমল, ৩ গী মসক্নি। অহান.ব অনম, অথৌ কোক্কনি ইরাৎকু লাৎকনি। অথুম্ব মরম ৫, সঙ্গোম., চুহি, খোইহি, লক্কোই সঙ্গোম, অফম্ব, ঘা পুন্ন মুমিৎত ওন্দুন মুমিৎকি মিংথৈ সোন্দুন কৎলগ মতু অমুক, পুসিল্লকতুনা নপ.লিব মনা মসিং অতুগী মথক্ত হৈথগনি।

মেন, উরেপ, মখোংদ তাংবল, ১ থাগনি। হৈরুক, ১ ক্বা ১ মেক্রুক, মৈরা, সেন্দাই ১ লৈনচিংব কৎকনি। পোৎলম, চৈরম, অসিগ চপ, মাম্বনা অথেন, পোৎ ১ গা লৈমরেন্দ কৎকনি। লাই-নিংথৌ সনা মহিদস্থু অথেন., পোৎ কৎকনি। অতুগ ফুঙ্গাদস্থু হৈরুক, পানা থাগনি। লাইরুদস্থু থাগনি। অবাংগী মেন, উরেপ পাব উখোক.তেন, অতুগী মখোংদস্থু থাগনি। মাদি মাইব হন.বগী কম্ফম.নি। মাইব ফিদা ফম্নি। অতুবু মাইব ফম, কৌই। অপোক.পগী কা য়ুম্বী মখোংদস্থু হৈ থা লৈখাগনি। চেংকু মখোংদস্থু ইমোইম্বুগী হৈ-লৈ কৎকনি। চাক.থুম, লৈরুংদস্থু বাল.-হৈবী ল্যাইরেম্বিবু হৈ-লৈ কৎকনি। ফাম্মন, সুমদস্থু হৈ-লৈ থাগনি। অবাং নক.থা সুম.দস্থু হৈ-লৈ কৎকনি। সম্থোং সুমদস্থু হৈ-লৈ কৎকনি। কৌব্রু লিরুম, সুম.দস্থু হৈ-লৈ কৎকনি। পিতাই খোংদাইফম, নাক.থাগী চুরি তাকম.দস্থু হৈ-লৈ থাম্থুন কৎকনি।

ফুঙ্গাদ মৈ হৌরিব অতুদগী মৈহুম, অমা লৌথোকতুন ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত থমগনি। মৈহুম অতুগী মথক্ত চেং, খোইদিং

তিংথৌ, লৈ, হৈরুক, পানা সেন্দাই য়াওন কৎকনি। ফুঙ্গাগী মৈ হৌরিব অদুদি "মৈগী মিংখৈ" সোন্দুন ঈরাৎকনি। মৈদুম অদুদি ফুঙ্গা মাংদ খুবোম্‌মুক, তৌথরগ ফুম্মু ইমুং অদুগী তিলমু ফত্তব, লাইমু ফত্তব ঙাকপিগনি মানা। য়ুম্‌চি চিথেক, ৪ গী ঈরাৎ থৌনি তৌগনি। অহান্‌বদ ফম্মেন থংব মুম্‌গী মখোংদগী হান্ন হৌগনি। মসিদ পাইজ ১, থেঙ্গু ১, হাংমৈ ১ হায়রিব পোৎলম্‌-সিং অসি য়াওন লা লাৎতোন, অমদ হাপতুন অমাইবন য়ুম্নাই থোক-উরাইথোক্‌-উকোক্‌ উরাই থোক্তনব, য়ুমলাই কৈরাই উকোক্‌ উরাই মিংখৈ সোন্দুন্‌ থৌনিবিগনি।

অদুগী মতুংদ চীংখৈ মুমগী মখোংদ লৈনচিংব কৎকনি। য়ুম অদুবু সাবিরিব মী অদুন পাইজ থেঙ্গু পাইদুন য়ুম্‌, অদুগী মসাদ উচিন্‌, রাচিন্‌, হেন্দোক্‌, হেন্‌জিন্‌, খরা কক্‌থৎহল্লু। মাইকৈ ৪ দগী অকক্‌প উচিন্‌, রাচিন্‌সিং অদু খুনজিল্লক্‌তুন পুনশিল্লগ পুরকনি অদু লাইনিংথৌদ কৎকনি।

## রাৈহৈদি

হে লাইয়িংথৌ, য়ুম্‌, অসিগী ফত্ত হাওদি উকোক্‌, উচিন্‌,
হেন্দোক্‌প পুম্নমক্‌, কক্‌থৎ সোইদৎতুন পুজরক্লে,
লাইয়িংথৌ নংঙোন্দ কৎচরি। ফত্ত হৌদি পুম্নমক্‌,
নঙন কোকপিয়ু। লাইয়িংথৌন তাক্‌পিরক্লে-আ ইদাইরেম,
ফরে ফরে হৌজিক্তি য়ুম অসিগী মনুংদ অসোই অঙাম,
ফত্ত হৌদি লৈরম্ব পুম্নমক্‌পু কোক্লসনু মৈদ থাদোক্‌উরো
হায়না তাক্‌পিরে ॥ X ॥

লাইয়িংথৌদ কৎলুব, উচিন্‌, রাচিনসিং অদু ফুঙ্গাদ হৌরিব মৈ অদুদ থাদোকনি। অতাইরোন সোন্দুন তাইগনি। থৌনি

মত্তোন লোনগনি। থৌরমসিং অসি অমত্ত চিংথদন মথং মনাও নাইন তৌরবদি ইমুং অহু তিনচু লাইচুরোই নুংঙাই য়াইফন লৈগনি ।।×।।

## য়ুম সংকাবগী পোৎলম

ঈরাৎফু ১, ক্বা মপুম, ৩, মনা ৩. লফোই লফাং চং ৩
সেন্দ্রাই ১৫, হৈনৌ মনা ৮ চুক্চিক ৪, লং অহিংব ।
পাইজ্র ১, থেঙ্গু ১, হাংমৈ ১, লাইফি ১, লাইগী ফৈজ্রোম ১
হৈরুক, ১৫ পানা ১৫, খোইজু-লৈথাম,, কম্বী ১ ।
লৈসং, হৈ মনম, নাইব ৩, অথেন, পোৎ ৩, চেং থোইদিং
লৈ, তিংথৌ মত্তোন,, সঙ্গোম অতৌব খর, চুহি,
খোইহি, ঘা, নাহৈফু ১, লৈখোম অপেৎপ খর ।
চেংফু ১, ঙারুবাক ১, ঈসিং পুন, অথন্ব ১, চেংহি
চকু ১, য়েৎসবি ১, তাইরেন, পুংফাই অসিনচিংব ।।×।।

সংকাব মুমিৎ ৫ নি ব্রাংম লাগ্রি ফাওব কনাগুম্বগী ইমুং অমনা মৈ, চেং, ইসিং অসিনচিংব করিগুম্ব পোৎ অমত্তা মীঙোন্দ পীথোকহৈ-দে । ফুঙ্গা মৈ মুৎহৈদে ।।×।।

---

# পীসাতাও থৌনিরোল

"মৈ—তরৎ"

**পী**সাতাও

থোইয়ুম, পীসাতাও—অসিবগী সায়োম্নি। হায়বদি-অসিবন মালেম, লৈসেম্বদ থৌরৈ তেংবাংনবগী খোইয়ুম মাগী লাংওনবু পুথোক্লিংহুন লাংসং য়াইদ পরিংতোং নোম্ন নোম্ন থৌসা তমথবদ-

হুম্লেন,-হাম্লেন, ওক্নরে। হুম্লেন,, হাম্লেন, কেৎনবাই মহাক্কি পাঙ্গন ওইনব তরং লাইজ মুংদগী পীসাতাও খোইয়ুম, মতিক, লৈব লাইজ মুঙ্গাই থক্ত পোকখ্রে। চীংঙু মতিক চাওব লাইনা মথং মথং সাইয়োন লাংওন,লক,খি। তাইবঙ মালেম, অসিদ লৈন্নুং মোরি য়োৎসুংব তেৎনৌ-তেক,-তেক, থাংসাব লাংওল্লে। অতুগ অমুক, কদেং তেক,-তেক, থাংসাব ওইন লাংওল্লক,ই।

কোন,সং মৈফু লিংলবদি-নোংমগী থুরম,জতুন থৌনিজরগ মথৌ মসিন, সুগদবনি। মরম অসি খংদন মীমু মুই হায়তুন পংমু মুব য়াদে। কোন,সং মৈফম,গী মৈদ চান-থক্লব লোন্দুন চাব অসিনচিংব তৌরবদি মসা মরাংইথ,ং পাল্লে। মুংঙাই য়াইফন পান,ব ঙম,দে অসি খংন চৎলো।

## কোনসং মৈক্ষম, পুৰ লাইদি

খম্লাংব য়োৎনিংথৌনি ॥

অহানবদ অনম, অথৌ কোক্কনি। খুৎমু খুৎলাই পোৎলম খুদিংমক, তাইরেন পোংফাই পাইতুন খিক,তোক সেংদোক্কনি। ইরাৎফু লা-থোক্কনি। লৈনচিংব কৎকনি।

## মিংথৈ

নহান, নোং হয়িঙৈ - চীংঙু য়াইবিরেন সিদবন,
মকু থক্ত তোংমুন, উন,বি মুংগী মঙানবু
অতিয়াদি সিদবন-য়াইবিরেন,গী মতৌ লৌ
উং-হায়ন সোনজরে, কোঙ্গোল, পোকখ্রে
য়েং-হায়ন অমুক, সোন, ঈসং মাবু পোক্লক্লে

উং ত্থাযব খোংস্থাক্ত ৩ লক,পু সোন,বদ
কংপিক, কংজা ও পোক,প্রে—তাইজিকে কৃবি
হাউং হায়েং ।।×।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ফম্বাল মথক্ত লৈনচিংব কংকনি । খুংস্থ খুংলাইদস্থ লৈনচিংব কংকনি ।।

২ । অতিয়াদি সিদব খোইয়ুম, মতিক, চাউব লাই
কংগী মথক্ত. অসংব মীরেল, লাংগুম, লাংসংহুল,
চিথেক, ৪ লাক,প্রে । পরিংগীদি ময়াইদ অতিয়া সিদবন
উয়ংগুম্ন লৈপ্রে । টন,বি পুক্লিং চিংসিন্ন
পাইম ব্রাথল, তৌহুন নোংথৌ থক্ত য়েংলগ
মমি লাকে নিংখল্লে নোংথৌ মমি লাক,প্রে
নোংথৌ মমি মন্নুংদ কুরুম, লেন্দি কিংনাইব.
কুরুম,লেন্দি সনাইব. কুরুম,লেন্দি মৈনাইব
অহুম, অসিন কোয়হুন সোরা ওইন তাক,প্রে
অহুম,মক্কী ময়াইদ থরান,মিচাক, নোংখৌন
উয়ুং ওইন লেংহুন. তেংবান,ব মপুং ফাখিয়ে
হাউং হায়েং ।। ×।।

মথক্কী মিংখৈ অসি সোল্লগ ফম্বাল অমদি খুংস্থ খুংলাইদ. লৈ কংকনি ।।

৩ । অতিয়াদি সিদব চীংঙু মানা লাংসং য়াই
হুম্নেন, হাম্নেন, ওক্লরে. হুম্নেন, হাম্নেন কেৎনবাই
পাঙ্গন, চৈসৌ ওইনব তরং লাইজ স্নুংদগী
করিনে করানে নোংদম, খুবনে
নোংয়াই মরি ওন,বনে. চাওর মপান, থিবনে.
তরং লেন,গী খোইমুজা. পীসাতাওদি খোইয়ুম, লাই

মতিক, লৈব তরেৎপু, লাইজ মুঙ্গাং থক্ত লাংওলে
হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈনচিংব কংকনি; য়াইফ থৌজান নিজগনি।

৪। হে পীসাতাও কুমসি চহি অসিগী
লোইদাম, (লাংবন,) থাজগী মাক,মৈ (৭) নি
পান,ব কোরৌ মুমিং (নিংথৌকাবা) অসিদ
(থুমন,) সলাইদ পোক,চব (তোম্ব) না
(লৈবাক্কী-নত্রগ) নদাইরেম, অসিগী
খোঙম্বম, সিন্থাং সিন্দম সংদ,
তুরৈ ঈরৈ চেন,। পাইম কজক, হৌন, মুংবংলম্ব,
পাইম পিবুক,মুংদ লৌসিং মৈরা থান,বিয়ো
হাউং হায়েং ।। × ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ ফম্বালদ লৈনচিংব কংতুন য়াইফ থৌনি- জগনি।। অতুগ অতাইরোন সিদবগী মিংথৈ সোন্দুন থৌনি মতোন লোমগনি ।। × ।।

## পোৎলম

কৈফেজোম, ১, কোয়েৎ ১, ঈরাৎফু ১
ক্কা ২, মনা ২, সেন্দাই ২, লফোই চং ২, চুকচিন্না ৪
য়াম থরা, ফৌ তাংগ্র ১, লং অহিংব লংতুম, ১
হৈরুক, ১, ক্বী ১, খুৎসু খুৎলাই; অথেনপোৎ ১
লৈসং, হৈ মনম, নাইব ১, চেং লৈনচিংব কংকনি ।× ।।

# পুক্খ্রি হোংবগী

## থৌনিরোল্

ঈসিং তরং

ঈখেলেল্,

পুক্খ্রি হোংব হায়বদি তাইবঙ্সিংন থক্ক-চানবগী লৈপাক্ত ঈসিং থম্নব তৌথোক্লগ থম্বা কোমফুৎ অত্তুবু — পুক্খ্রি কৌই । অসুম্ন অনৌব তৌব পুক্খ্রি অত্তুদা লৈরিব ঈসিং অত্তু থক্-চাবদ অফব ঈসিং ওইন লৈহনবীয়ু হায়ন "ঈরাই লৈমা" অমদি "ইথৈ নিংথৌ" বু ফম্বাল লিংহ্নন ঈরাং থৌনিজববু—পুক্খ্রি হোংব কৌই ।

অত্তুদি — পুক্খ্রিগী অকোয়ন চিথক্ ৪ দা সেক্পিন্ (সংত্র) নত্রগ ফিরাল অমমম্ য়ুংগনি । ঈরাই লৈমগী পুক্খ্রি ময়াইদ চুক্ ৪ য়ুংলগ উত্তং কাংকৈ ৭ ফম্বাল সাগনি । ফম্বাল্গী মথক্ত লাইফি ১ থাগনি । অত্তুগ মথক্ত লৈপরেং ১ থাগনি । হৈরুক্ ১, ক্বা ১, সেন্দাই ১ কৎকনি । অসুম্ন চিথেক্ ৪ গী ফিরান্ চুক্-খোংদম্ব হৈরুক্, ক্বা, তাংবল্ (আসন) অমা মেক্রুক্, থাংমৈ, পৈসা ১/১ লৈনচিংব কৎকনি । অত্তুগ পুক্খ্রিগী ফিবান্ মথক্ত ময়াই চানা ঈরাংফু অমা লিংগনি । উরাংফুগী মমাংদ লাইয়িং-থৌগী ফম্বাল অমা থাগনি । ফম্বালগী থক্ত থাক্থন ১ শনগনি । চুক্চি ৪ য়ুংগনি । লফু ৪, চুদোন্ ৪, কোংয়াং রাত্তোন ৪ য়ুংলগ হৈ-লৈ ক্বানচিংব কৎতুন ইরাংফু লাৎকনি । ঈরাংফু লাৎপ লোয়রগ অমাইবন নাহৈফু পাইহ্নন কৌক্ত চুক্চিদগী পুকখ্রি য়েং-ওইননা কোইহ্নন তাইরেন পোংফাইন, লাইজ ঈসিং থিকতুন নাহৈ নাসেংগনি । পুকখ্রি অত্তু ।

অমাইবন ঈকৌরোন লাইনিং সোন্দুন লাইজ ঈকৌথগনি — ইসিং নৈতব পুক্নিং ওইরগন পুক্নিং ময়াইদ কোম্‌ফৎ মচা অম তৌথোক্পিরগ চন্থরা নিঙোল ৭ না সোকপ ইসিং পুল্লাং ৭ হৈগনি। পুক্নিংগী কোমফৎ অহুদ অমাইবন ইসিং অহুদ ঈকৌরোন্‌ সোন্দুম তাইরেন পোংফাই চুপ-চুপ লুপকনি। ইকৌরোন্‌ মিংথৈ সোল্‌ব লোইরব মতুংদ অমাইবন খুবাক্ত সনা, লুপা হাপতুন লাইজ ঈকৌ কোম্থাগনি। অতাই লাইসোন্ন তাইতুন থৌনি মতোল লোমগনি।

# থৌনিরোল্

## ঈকৌরোল মিংথৈ

হা-উং তরং ঈময় সেংথোইবী
কোংব পুম্‌সাইথোং, কুমসুথোং, ময়াইথোং
চীলোই, মুংজেং, মুংখোং মুংনাওবি,
ঈরম খোংলম্‌, তরেৎন অমত্ত ওইন
লাইজ ঈকৌ তম্ন কৌজরি ঈনৈল্‌, পুংদ,
তুংবিররো-হা-উং-হা-য়েং ।।×।।

তাইরেন্‌, পোংফাই পাইতুন ঈসিংদ চুপ-চুপ, লুপতুন লাইমিং অসি সোনগনি।

হে লাইজ লুনা লানা সেংলবি
অতিয়া শিদবন—উং হায়ন ঙংবদ;
অতিয়া খয়াত্তগী কোঙোল ওইন থোক্লপ
য়েং হায়ন ঙংবদ লাইজ ঈসিং ওইরক্লবি

ঈরাই লৈমা, ঈথৈরেন, নামুংব
তাইবঙ, পান্‌ববু য়োক্‌পিনবগীদমক, মালেম্‌দা
খোংলম, তরেৎ থোক্ল লৈখিবী লাইরৈম
কোলোইদি ব্রাংও খোং, কৌকু খোং, চীঙোইরোক্‌
থাব ঈ। লুব্রাং ঈ ব্রাইখুরেম্বী। চক্‌প ঈ।
খোংলম, ৭ থোক্ল লৈদুন, তাইবং বু য়োক্‌পিরিবি
নয়্‌ সিদবগী থৌনিগী কৌজরি
য়াংগোই খোংসান্‌বিরক্‌ও
হাউং হায়েং ॥ × ।

তাইরেন পোংফাইন ঈসিংদ চুপ,— চুপ, লুপতুন মথক্কী লাইমিং মিংলেল, অসি সোনগনি ।

## ঈসিং কোম্বারোম

হৌ—লো ঈনদোম্বু, ঈম্মহল্‌লো
ঈমুরোল ৬ মক, ঈঙোরোল্‌ ৫ মক,
ঈখাবী ঈরাম্বী ঈখা ঈমন, তাইরবনে।
ঙসি কোরৌনোং থবি চেংজেন্দ
থাবা লাল, নংদব ম্নমিৎ অসিদ
লাইজ ঈরোন্‌মুংদ সনা কোনগ কোম্বাব
লুপা কোন্‌গ কেঙ্গন্‌বদি পৃক্‌খ্রি
ঈমাই পানা চোম্ন তুংবিয়ে। হায়বগী
লাইজ ঈরোন্‌মুংদ সনা কোনগ কোল্‌জন্নে
লুপা কোন্‌গ কোম্বারক্লে,
কোরৌ নোং লুপা অঙৌবন
কোরৌ নোংবুতাই, মালেম্‌ লৈসনা
অঙাংববু সনা য়াইগ য়াই চন্নবনে

চীংঙু কংলা ফাল,খোংদ সনা য়াইগ
য়াই চল্লে, লুপা কোনগ কোন,জল্লে ।
হৌ-ঈ—ফৌ ।

মথক্কী মিংথৈ অসি সোল্লগ খুবাক্ত সনা লুপা পু ১ হাপ্পগ ঈসিংদ কোন্থাগনি। অমাইবন অতাইরোন তাইরমগনি ।

## পুকথিং হোংবগী পোংচং

সেক,পিন, ৪, উতাংগী কাংফৈ ৭, লাইফি ১,
ফৈজোম, ১, কোয়েৎ ১, ইন্নফি ১, লৈ পরেং ২,
লৈ খরা, লৈসং, হৈ মনম, নাইব ১, হৈরুক ৬,
কা ৬, খুদৈ অঙৌব ১, ঈরাৎফু ১. থাকন,১
চুক,চিরা ৪. লফু ৪, চুদোন, ৪, রাতোন, ৪, নাহৈফু ১,
ঈসিং লৈত্রিব পুক,খ্রি ওইরগন প ল্লাং ৭, সনা লুপা পু ১
তাইরেন, পোংফাই, মেক্রুক-থাংমৈ ৬,
মৈরানচিংব চংগনি ।।×।।

---

# নোংপোক নিংথৌ

## থৌনিরোল

মুংসিৎ-তরং
অচিব

নাহান, নোং কংলৈ সনা লৈপাক্কী—মৈদিংঙু মুংয়াম্ব সনা হাক্তক্ত, লুরাং নোংহুম, সংদ, মাইচৌ অপোই মচান সেল্লোই লংমাই চীংগী চীংগোইরোন, কৌব লাইখিক, অসিগী রারি। লাইকম তাইবঙগী অরাব কোরুব মফম, খোইয়ুম লাইগী পাওতাক, ফম্নি হায়ন তাক,পিরম্মি ।

খোইয়ুম মাইকৈ ঙাক.প লাই পুম্নমক, অহান.বদ সেলোই লংমাই চীংদ অপান.বগ লোয়নন তকুপ, তরেংন লৈরে হায়বগী সেল্লোই তকুপ, চীং লংমাই তরং চীং কৌই। খোইয়ুম, মাইকৈ ঙাক.পসিং লোইনরক.প সরোই ৬১, লাই মুরা ৭, লম.লৈম ৯, ভুলৈম ৯ অসিগ লোয়নন সেল্লোই লংমাই চীংদ য়াইথ.ংলরে। সেল্লোই লংমাই চীংসা নাওপোম ৯ দা অমমম, ফম্মে। খ্বাইদগী হেন্না য়াংব মফমদ অপান.বন ফম্মে। খোইয়ুম, মাইকৈ ঙাক.প-সিংবু লাইপ.ংথৌ কৌই অসিন মালেম, তাইবঙ.বু সেম্মী।

তাইবঙ পান.বগী ফিসেৎ চাক.চা-সা-সন, সগোল, সামুন-চিংব অসি সিজিন্নব তম্বীরম.ই। থম্লাংব লাইন য়োৎ পুথোক.ই। য়োৎন থাং-তেন্নচিংব থুংলাই সাব হৌদুন সিজিন্নে। চানম, সন.-থোক্তগী সল থোক্লকই। য়াইতোন্দগী সগোল থোক্লকই। কৌক্.দগী সামু থোক্লক.ই। অসুম্ব, তৌন সা, ঙা থোক্লক.ই। সিজিন্নব হৌরক.ই। লাইরেম্বী ৭ না লসিংদগী লং নাইরগ ফিসেৎ তম্মি লৌ উব হৌই। মৈবা, মৈয়ৈ, মৈস্নুৎ থাম্বী মেহৌ তম.খি। তরা ফৌসু তম-খি, তরা চাকপু থোং মথেল মুকোই, থুম-মোরোক, অসিনচিংব চাব তম.খি, য়ুম, সাবা হোদোকই, হান্না লৈরম্ব কাংবুদি লৈকু লৈথাইন য়ুম, ওইরম্মী। মহৈ মরোং চাদুন পান্নম.ই। লাইপ.ংথৌ লাই মুরাসিংন মালেম, তাইবঙ, অসিদ ফিসেৎ, চাক্.চা য়ুম্বাল, কৈবান, অসিনচিংব কয়া সেম্নক.ই।

## নোংপোক, লৈহৌ চীং

### খুন.দাব

১। নোংপোক, অচিবন অহান.বনি

২। নিংথৌ অহান.ব—নোংপোক, অপান.বনি।

৩। নোংপোক, নাহাব—নোংপোক, নহা পাখংব।
৪। চীংজেন, নারল, পাঙ্গনব লাইনিংথৌ পাঙ্গনব ।
৫। নোংমাই নিংথৌ কাইন চীংসোম্ব, নোংপোক, মালং হুম, মোইব নোংপোক, নিংথৌ।

মখোয় মঙা অসি খোইয়ুম ঈপুব লাইগী লাংওন্ন মথং মথং কংলৈপাক্ত পানখিবগী ৱারি অসি মৈতৈগী লাইরিক্স মতিক চাওন ইরি। নোংমাই চীংদ খোইয়ুম, লাইগ লোয়নন, মীওইববু সেম্বী সাবিরম্বনি । মন্থু তেক, মানা নোংপোক, পাম্বোইবি তগোন উনদুন থুকম য়াখি। লৈপাক, অসিদ লাই হরাওবগী থৌরম হৌখি। নোংমাইজিং চীং অসি নোংমাই চীঙ্গোইরোন, পুয়াদ হায় ইহান হান্ন সাব চীংনি হ য়ুন চীংজন, থংলাম থাম, লংমাই হান্ন সাব চীং হায়। অদুগ চীং অসি য়ুহারাবদ য়োদ হায়দুন, সেল্লোয় নিক্তবর নিক্তব, লংমাই হাগবর হাদ চীং, য়ুচেংন নিক্তব, য়ুহান হাদব, সনা হুইথাব, লুপা য়াই ওইব, চোয়নৌ সনা লুপা পোকপা চীং, তেংনৌ য়োংপী হুইথা চীং কৌই।

চীং অসি চীংসা ৯ পাল্লি, চীংমায় ৯ সুই, ঈসিং চেনব ঈরোক, ৭ চেক্লি, চীং অসি কা ৩ থোকই, অদুগ নোংমাইজিং চীঙ্গাইগী ৱাদ লাই পুন্নমক, চীং অসিদ লে। অদুগ পাম্বোইবী খোঙ্গুলগী ৱানা, লাই ময়াম্ন, নোংপোক পাম্বোইবীগ, লাইগী নিংথৌ সোরারেল, হাপলগ পুন্সিগী মসক ওইব লৈ লাংদুন হরাওবদ লাই পুন্নমক নোংমাইজিংদ লৈখি। অদুন কংলৈপাক, (মনিপুর) দা লৈব চীং পুন্নমক্তগী অসিন মতিক ময়াই (মগুন) হেনবনি।

চীং অসিগী মসাদ নোংপোক নিংথৌগী ফম্বাল, মফম, খলোংন মকোক্লি। অদুগ নোংমাইজিংদ সুরুং মফম নিপাল লৈ, নোংমাইজিং চীংকোক্ত সুরুং অতুম - তংখল্লোমদ সুরুং অম,

অঙ্গোঃরোমদ সুরুং অমা, নোংচুপলোমদ সুরুং অমা, চীংমাইদ অমা, খলোংদ সুরুং অমা, খ্যলাংগী সুরুং মফম অসি নোংপোক নিংথৌগী ফম্বাল, মফম্নি। মফম অসিদ লাই ময়াম নোংপোকপু নিংথৌ হাপ্লগ লৈ লাংলগ তাইবঙপানবগী থরায় পানব পুন্নমক্ত পুন্সি লৈরাং য়েনখি, মরম অদুন মফম অসিদ চহিগী পুন্সি নিব খুরুম্নরিবনি।

নোংপোক নিংথৌন লংমাই চীংগী খলোংদ কাওদ খুদম, ওইন মুঙ অমা য়ুংলগ ফম্বাল তোংখি। মসিদগী হৌদুন লৈবাক অসিগী নিংথৌসিংন ফম্বাল তোংব মতমদ অসুম্ন কাওদ খুদম, থম্বগী চংনবী অসি নোংপোক নিংথৌন ইহাম, হান্ন ফম্বাল তোংনিব খলোং কৌব মফম অসিদ খুরুমজরবদি নিংব থুংই মিংচৎ ফংই, অদুগ লৈপাক মীয়ামগী অবাব তারবদি—মফম অসিদ ঈরাংতুন য়াইফ থৌনি নিব মফম্নি।

খাব লৈরোল, খৈগী মুপি মনু তেক, আন, পাম্থোইবী থেংনখি। মফ ওইব লাইনিংফম, হৌদোক্লব মফমনি। নোংমাই চীঙ্গোইরোম, নোংমাই চীংবু চীং পুন্নমক্তগী অথোইবনি হায়দুন সনা হৈয়াই চীং কৌই। অসিদ লৈব লাইফম অসিগুম্ন কংলৈপাকী চীং অতৈদ লৈতে। লাইফম ২০০ দগী হেন্ন লৈ। হিদাকী মরমদসু মথল চাম্ম নিপাল লৈ। সিদ হিদাক মরম ৫ লৈ হায়, মরম অদুন কোরৌ নোংমাইজিং মুমিংত নোংপোক নিংথৌ খুরুমজবদি নিংব থুংই মিংচৎ ফংই।

## থৌনি মহৈ য়েংব

খুরুমদৌরিব মুমিং মসিং নোংমাইজিং ১ গা; থবান মসিংগ অনি অসি পূরিয়ো। পুরিরগা ৫ তিনসল্লো অদুগ ৭ না য়েলবদ লেম্ব মসিংগী মতুং ইন্দুন থৌনি মহৈ হায়বিগনি ॥

**খুদম,**

থবান, মসিং ( ২০ ) খুদম,গীনি
মুমিং মসিং × ১
২০ পুরিবগী মহৈ
+৫
৭)২৫(৩
২১
৪ অরেম্ব

অসিদি খুদমগীদবনি—মুমিং অদুগী থবান, মসিংদ ওস্থাক্লগ য়েংবিগনি অফব ফংত্তব ।।

**অরেম্ব মহৈ—**

১ লেম্ব - নোংপোক, অপানবন-নোংম্বাই খাল্লাং চীং, লাইচীংদ কৈয়ে। নোংপোক, নিংথৌ থৌনিব কৈ ।। × ।।
২ লেম্ব - নোংপোক, অপানবন-লাইরেম্বী পাম্থোইবিগী মনাক্ত লৈ মহৈদি-মচাক, মরম, ফংডি কৈ ।। × ।।
৩ লেম্ব - কাউরেন, সন,দন,বন-নোংপোক, নিংথৌন কাইদোংঙন লৈ মহৈদি-নিংব থকৈ ।। × ।।
৪ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌন লাইয়াম, তিন,ফমদ লৈ মহৈদি—পাক্লিং বাই ফত্তে ।। × ।।
৫ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌন চাফম, থক,ফম,দ লৈ মহৈদি-চাব থক,প মুংঙাইব ফংডি কৈ ।। × ।।
৬ লেম্ব - নোংপোক, নিংথৌ সাম্নফমদ লৈ মহৈদি-থবক, মাংডি ফংতে ।। × ।।

লৈমত্রব-অভিংঙা (স্নন্) তরং ওইরব মোংফম্দ লৈসিবন লৈ। মহৈদি-নোংপোক্ অপান্বু ঈরাৎ থৌনিরবদি অসি—অনান-চিংব অবাব ফংগনি ফংতে ॥ X ॥

## থৌনি পোৎলম

ঈরাৎফু ১, লাইফি-ফৈজোম ১, কোয়েৎ ১, ইন্নফি ১, লাই-ফি ১, হৈরুক্—কা ২/২ মৈরা মেক্রুক্, ফম্যাল ১, লিংগনি। থাকন্ ১, চুবান্ ৪, লফু ৪, রাতোন্ ৪, লং অহিংব লংচুম্ ১, চুক্চিবা ৪, ভামোক্—হৈরা, ফোলা চেং লৈ থোইদিং ভিংথৌ মতোন্ নম্সা অসিনচিংব য়াওগনি ॥

থৌনিরোল মওংদি—অহানবদ লাইসোইগী-হৈরাং লৈরাংন চিংব খরা থাদোক্কনি। অনম্ অথৌ কোকথোক্কনি। ঈরাৎফু লাৎকনি। নোংপোক্ নিংথৌ, পাম্থোইবি ২ বু ঈরাৎ থৌনিগনি।

## থৌনিরোল

### মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ নোংপোক্ মালং হুম্ওইব
নতিক্ নয়াই পান্দম্ নিংভাই লৈতব লাইয়িংথৌ
তাইবং মালং পান্দ সাফোংলক্প-করিম্ম লৈত্রিগৈ
নতোম্ খোক্লম্ হৌরক্প-হে লাইয়িংথৌ নহাকপু
নদাইরেম্ম ভসি লোইদাম (পোইম্ম) থাগী থাবান্
(৭) নি পান্ব কোরৌ হুমিৎ (নোংমাইজিং) গী য়াইফব
ৎ ংকম অসিদ সলাই (মঙাং) দা পোক্চব
মমিং (চাওবা) না নোংপোক্ নিংথৌ অপান্ব,
অপান্বিগী মফম্দ হৈরাং লৈরাংনচিংব কৎচরি।

য়াইফ থৌনিজরি থৌজাল, লল্‌কুবিয়ু হে লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী
উংলিং-উংয়েং-হংহিং, অ-হং-ঙে', উং হিং,
হিং খরেক্‌খে খোইহুম, উম, হক, হাউ হায়েং ।।×।।
মথক্তা মিংথৈ অসি সেম্লগ ফম্বালেন্দ লৈনচিংব কংকনি নোঙ্ম্‌কনি।

**মিংথৈদি**

পিংতরং পিংতরং করসং করসং
সনচং লাইচং সম্‌পিং সম্‌পিং
অয়োম, খক, হক, য়োম্ব কৌই
চিংমুং সিখি মুংলে খক, খিল, কৌই ।
লাইনিংথৌ নোংপোক, অপানব
নংনা সনাগী থাংপোক্ত লৈরিঙৈগী
ঋমিং থাবু পলেম, ওইরিঙৈগী বানে
নমিংদি মি হিং নপ, ফানপ, কৌই ।
ফম্বাল্‌লেন্দ লৈনচিংব কংজুন থৌনিজগনি অতাইরোম্ন তাইবিরম, গনি ।।×।

---

# লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী

## থৌনিরোল

মৈতৈ ইপানাং ইপুনাংকি লাইনিং লিচংতি য়ুম, খুদিংগী লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বী খুবম, মফম নাইন থম্মী । ঋমিং খুদিংগী কম্ব' নৌরৈখু, খোইজু— লৈখাম থাজুন থৌনিজরি ।

ভন্নগ য়ুমগী ফম্মেন লুপ্তম, কাদ—"মেন উরেপ" ফম্‌দেংলিব অসি তাইবঙ, পান্‌বগী মপু "ইয়ু" সিদবগী মসক্নি। তাইবঙ, মপু সিদবন য়েৎতা ফম্‌দেংলি। ইমা লৈমরেন সিদবীন মপুগী ওইনা মাংসোক, কাজাও হান, উতং কাংকে মথোন, ৭ সুবদবু ফম্বাল, ফম্‌দেংলিবনি। পুক্নি রাখল, চোইফদ। লাইনিংথৌ সম্নোং অপান্‌ব, সম্নোং অপানবী-চীংজে ইথি, ইবুংঙো ইবেম্ম ২ না সম্নোং পু মই কেম্ব, ইমা লৈমরেন, সিদবীগ, চীংঙু সিদবগ অনিবু থৌগন্‌লিবনি ।।

মালেমগী সম্নোং থম্বাজ, লৈনা অসিন চুক, অহল্‌নি, কৌব্রুন লেমফুনি, লোক্তাক্ত ফম্বীকোম্নি, ইম্ফাল তুরেন, ঈরিল, তুরেন,, নম্বুল তুরেন, হুইয়ু, খাখোং জাইখোং, মরোংখোং, তাইবঙ, মুংগী সক্তম্নি, মরম অহন সনা মহি সম্নোং অপানবদ তাইবঙগী, অসি-অচং, অরা-মুংতাই, পাও পুন্নমকপু তাইবঙসিংন ইবুংঙো মঙোন্দ হান্ন পাওতাক্নে। ইবুংঙো মহাক্ত তাইবঙগী কোলোই মপাও অদুব তাজরগ, তাইবঙ, মপু সিদবদ পাওদমজে। থৌজান হৈব মপু চান্‌বি হৈব মিৎয়েংন কুবিন্নকপ থৌজানবু, সম্নোং অপান্‌বন তাইবঙসিংগী মফম্‌দ চাকয়েন, কিয়েন, তম্বীহুন থৌজান, ললকু য়েনবিরি ।

চীংঙু সিদবন পারি সনা মহি ইচাদি চীংঙু লাইবু মসক, খংজি ইপানা নংগী মাংদ ফম্বাল, লাংন লৈপে ঐগী মসক, ইচানা ঐহাক; মহাক; নহাক ওইদুন ইপাগী তুংদ নকা ১০৮ ফম্বাল, লাংঙমজো হায়ন সিম্বা নোংদম্বীখ। মরম অহন য়ুমগী মনুদ "মেন উরেপ" অসি "ইয়ু" সিদব—তাইবঙ, মপুনি। সিদবন ফম্মেন্দ "মেন উরেপ" ফম্বাল, লাংবদগী, লৈমরেনসু সিদবগী ওইদ মাংসোক, কাদা ফম্বাল, লাংবনি। সুমিৎ থুদিংগী য়ুমদ

পারি-ইমোম্‌সিংন মৈরা, মেক্রুক, লৈরাং, লাইজ কত্তুনা থৌনিগনি ।

## থৌনি মতম

মুমিৎ থোক্লক্‌প - ১। মঙাং পুংলুপ,
মুমিৎ য়ুংব - ২। লুবাং পুংলুপ,
মুমিৎ তাব - ৩। খুমল্‌ পুংলুপ, ।।

অসুম্ব মুমিৎ খুদিংগী মতম ও অসিদ খুরুম্‌গনি । মুমিৎ খুদিংগী কাওফদে ।

## লাইয়িংথৌগী মিংথৈ

হে ইয়ু সিদব-লাইয়িংথৌ সনামহি
ইবুংঙো নহাক্কী মোংব সঙ্গাই পিবুক্‌ন্নদ
লৈরিব নদাইরেম্‌ পুম্নমক্‌ অসিবু
পজেং খুরৌ থাংহন্‌বিগনু ।
অয়ুক্‌ ঙন্না কোম্থাবিয়ু
মুংদাং ঙম্না কোন্‌সিন্‌বিয়ু হে লাইয়িংথৌ ।
মৈরা, মেক্রুক, লৈরাংনচিংক কৎচরি
খুৎফাং লোন্দুন নোঙ্‌ক্‌চরি ।।×।।

মথক্কী বাহৈ অসি হায়রগ লাইয়িংথৌ সম্থোং অপান্‌বগী মমাংদ মুমিৎ খুদিংগী খুৎফাং তরা লোন্দুন মৈরা মাংদ থা কপ্পী নৌরৈ খুনা থৌনিজগনি ।।×।।

## ইমা লৈমরেল্‌গী থৌনি মিংথৈ

হে ইমা লৈসিরেন্‌ লৈপুন্‌বি

লৈমরেন, লাংওন, চংখোন,বি
নোংবু চুদন সাইচোংপী
মুংসা সাদন ফৌকংবি
সন্থু য়াংকেন, মরক্ত
নতোম থোক লম,হৌবি
লাঙ্গোই খোংনেৎনহুন খৌসাবি
লাঙ্গোই খোঙ্গুন, তাদবী
ছয়েল, লান,চং সাফবী
ইন,গী খুচিংলি ওইরিবী
পেগী চহুম, ওইরিবী
হিপোক,পি য়াইপোক,পি হিরৈম,
য়াইরৈম হিকুবি য়াইকুবি
নদাইরেম্ম নৈরা মাংদ থা
কম্বী নৌরৈখু, নৈরাং লাইজ কৎচরি
খৌজান, য়াইফ পিবিয়ু
হে ইমালেল, সিদবী । ×।।

মথক্কী মিংলেল, অসি হায়রগ ইমা লৈমলেল,বু খুরুম,জগনি পুক্লিং চেৎনা নিংজগনি । ×।।

## মঙাং পুংলুপ থৌনি

হে মঙাং ইয়ু পুন্সিব চহি ৭৫০ সিংথানব
থবিগুম, মঙাম্মাই থবাগুম, মসোং চাওব
ইবুংঙো নহাক্কী নসৈক, নঙান, ফংজয়ে ।
থবিগুম মঙান, নাইজগে ঙান,হন,বিয়ু
থবাগুম, মসোং চাওজগে চাওহন,বিয়ু

নমৈদি বাইরোই নতুংদি ইল্লোই
ঙসিস্থ ঙসি. হয়েংস্থ- ঙসি হায়ন
মৈরা মেক্রুক, লৈরাং লাইজ কৎচরি
য়াইফ থৌজাল লপ্লকুবিয়ু ।।×।।

মথক্কী বাহৈ অসি হায়দুন মুমিৎ খুদিংগী মতাং পুংলুপ্তা পুংকাং তরা লোন্দুন নোল্লুকনি ।

## লুরাং পুংলুপ থৌনি

লুনা বাংন থোকই হায়বগী
লুরাং ইয়ু পুল্লিব কৌব
চহি ৫০০ সিংথানব লাইও
নত্তিক, ঙমখৈ লৈতব লাইনিংথৌ
ইবুংঙো নহাক্ল অরান ঙহুই
য়েক্ল তিংখং পুম্নমকপু তুমহল্লীয়ু ।
ঙসি ঙসি হায়ন নোল্লুকচরি
য়াইফ থৌজান পিবিয়ু ।।×।।

মথক্কী বহৈসিংসি হায়রগ লুরাংগী মতমদ খুরুম্জগনি । য়াইফ থৌনিজগনি ।।×।।

## খুমন পুংলুপ থৌনি

হে খুমন নিংথৌ পুল্লিব
খুনা মমন মমথরকই হায়বগী
খুমল ইমু কৌব, চহি ৩১০ সিংথানব
ইবুংঙো নহাক্কী পিবুক উনগোইমুংদ
ঙসি ইমুং অসিমতং সনথপচগে

য়েক্ল তিংখং তিন্‌মু লাইমু ঙাক্‌শিন্ন হায়ন
উন্‌গোইনুংদ সান্‌থ্‌প্‌চরি, অয়ুক্‌ ঙন্না কোম্বাবিয়ু ।।×।।

খুমল্‌ন পুব হৌরকপ পুংজা নুমিদাংবাই হায়বদি-অঙান্‌বন অমম্বদ সিন্নরকপ য়াচংব মতমদ বাহৈ অসি হায়তুন খুরুম্‌গনি ।।×।।

## নোংমগী তুমলমদাই থৌনি

### বাহৈ

হে লাইয়িংথৌ সন্থোং অপান্‌ব ইবুংঙো
নহাক্কী মোংব নরান্‌য়াইদ লৈরিব ননাইসিং,
অহিং ইপুং পুঙ্গাই অসি লাঙ্গান্‌বিয়ু
অয়ুক্‌ ঙন্না কোম্বাবিয়ু-য়েক্ল তিংখং পুন্নমক্‌
ঙাক্‌পিয়ু ।।×।।

নুমিদাং তুম্নমদাইদ য়ুমগী য়ুম্বুরেন্‌, অহন্‌, ওইবন লাইয়িংথৌদ হায়জরম্নগ তুমগনি ।

### লৈমরেন্দ

হে ইমা লৈমরেন্‌, সিদবি, লৈফুরেন্‌, নামুংবি
ইমা নংগী নথাম্নুংদ ননাইসিং অহিং ইপুং
হুম্‌, হায়ন কোন্‌বিয়ু-হা হায়ন অয়ুক ঙন্না কোম্বাবিয়ু
হে ইমা লৈসিরেন্‌, লৈপুন্‌বি ।।×।।

মথক্কী বাহৈ অসি লৈমরেন্দ সৈথারম্নগ থৌনিজহুন তুম্‌গনি ।।

ফমুং খুৎন সোক্লগ, লাইপক্ত অহুমলক কৎলু অহুগ থবাই মিরেন্‌, কৌসিন্দুন নিংসা য়েংলগ তুম্‌গনি । নিংসান লৈব মাইকৈদ হান্ন য়াতাগনি । চনিং তান নিংসা হোন্দোক্কনি । অহুগ অমুক্‌ য়াওনগনি । তুমলিঙৈদ মংঙাক্কব হৌনদে তিন্‌খং লাইখং-নরোই ।

## অয়ুক য়াহৌবগী থৌনি

ফম্‌মুংদ লৈরিঙৈদ লহানবদ থৌরাই য়াইবিরেন্‌, সিদববু কৌগনি। থুম্নক্লবদি য়াইফংরি অহুগ তংতুবি খোংগী লাইজন হক্‌-সেংগনি। নাতোন্‌, নিংসা থোংচং অনি য়েংগনি। মাগেন্‌, ইমাবু খুংনা সোক্‌তুন লাইপক্ত অহুম্‌লক্‌ কংকনি। নাতোন্‌, নিংসাগী খোংচংকী মতুং ইন্দুন খোংসাল্লকনি। খুৎফাং তরা লোন্দুন থোংঙারেন্‌বু নোল্লকনি। মপান্‌, থোক্লগ মঙাং ইয়ু পুন্সিববু খুরুমগনি ।।×।।

## থোংঙারেনগী মিংথৈ

হে লাইয়িংথৌ থোংজ লৈরে, থোংঙারেন্‌,
ঙসি কোরৌ নুমিৎ অসি য়েক্ল তিংংং
ঙাক্‌পিয়ু পাচং খুরৌ থাংহন্‌বিগনু ।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হায়রগা থোংদা খুৎফাং তরা লোন্দুনা থৌনিজ-হুনা নোল্লকনি ।।

## নুমিৎকী মিংথৈ

হে নুমিৎ সনা খোম্‌দান্‌, অতোন্‌ব, মঙান্‌, নুংসা
তঙাং তঙাংন থোক্লক্‌ই হায়বগী মঙাং কৌবও
য়াইফ থৌজান্‌, পিবিয়ু নোল্লক্‌চরি ।।

মথক্কী মিংথৈ অসি হায়হুন—নুমিৎতা খুৎফাং তরা লোন্দুন খুরুমজগনি ।।

---

# চৈরাওবগী থৌনিরোল

মৈতৈগী চহি হৌব-খা সচিফু থান অহান,বনি। থাজ মাগী কোলোইবু সচি চিন,ফোই থা কৌই। সচিফুগী নোংম পান,বদগী চহি হৌখ্রে অদুবু—চৈরাওব নুমিৎ হায়ন খঙ,নৈ ॥

চৈরাওব নুমিৎতগী চিল,হেল, নুমিৎ ৭ নি নামুংনৈ কনাগুম্বগী ইমুং অমদগী অতোপ্প ইমুং অমদ পোং চৈ পিথোক্লদে, মৈ-ৱাইরব পীনদে নামুংনৈয়ে। লংফৈ চৎনদে নামুংনৈ। চহি হৌব নুমিৎপু ৭ নি চুপ্প নামুংনৈ। চিল,হেল, নুমিৎ ৭ নি হাইন খঙ,নৈ ॥

চহি হৌব নুমিৎ অসিদ মৈতৈগী চৎনবিগী মতুং ইন্ন মাগী মাগী ইমুংগী ওইন ঈরাৎ থৌনি, উসিনম্মু তৌই। চৈরাওব নুমিৎকী অয়ুক্ত য়ুম খুদিংগী "লাইয়িংথৌ সনা মহি" অমম্মুং ইমা লৈমরেন,বু সেংদোকই। তাইরেন,-পুংফাই হায়দোকই। অদুগ কুম, অদুগী অনৌব পোৎলম,. য়েন,সাং মনা মসিং, হৈ-লৈ কয়া সেম, সাদুন, লাইয়িংথৌগী অথেন, পোৎ ১, লৈমরেন,গী অথেন, পোৎ ১ কৎকনি। অদুগ মথেল, লুকোই মসিং য়াম্ন থোংলগ, থোঙ্গাল, খুদিংগী মাগী মাগী কোম্থোংদ ফান্দোক্লদুন ৱাই নিংথিন তৈথোক্লগ হৈরুক, পানা, থাওমৈ, সেন্দাই পৈসা ১ য়াওন চাক,লুক, ১ নত্রগ ৩ সেমদুন কৎকনি। মসি কৎথোকখিব মথৈ ইমুংগী মী চাক, ফনা লামদুনম্মু পিজনদে। লাইগী কৎথোকখিব লোইরগ চানৈ। চাক,লুক, ৩ কৎপ, - ওনখিব চহিগী ১, কুম,সি চহিগী ১, নোংমৈ চহিগী ১: অম্মম্ন ৩ অসি কৎথোক,নৈ ॥ অনৌব চহি অদুগী চাক,লুক, অমথক্ত কৎলবম্মু য়াই। খুবাক,-ও লক-পোপ,-পোপ, খুদুন লাই হৌদোকতুন পাওতাক্লগ কৎকনি।

## থোঙ্গান্দ চাক থাবগী মিংথৈ

কুম্‌সি চহিং অসিগী নদাইরেম্ন
তন্না লুকোয় সেমহুন কৎচরি,
ইরম্‌মাব তুমাব ইরম্‌, সেম্ব তুসেম্ব
কুম্‌সনা কুম্‌লিক্লাই অহুমদ কৎচরি
অরেম্‌, অপাবন-হন্‌ব কোক্‌চাও, হন্নু
লৈথম্লে, খুন্দা হান্‌ব অহুম্মক্ল ফংবিয়ু,
কুমসি চহিগী তিন্‌মু ফৎতব, লাইমু ফৎতব
তিন্দাই লাইতাইবিরম্মু, য়াইফ থোইব পিন্‌বিরম্মু
ননাইন খুরুম্‌জরি ।।×।।

মথক্কী ৱাহৈসিং অসি হায়হুন মায় নোংপোক ওন্দুন খুরুমহুন নিংথিন কৎলমগনি ।

মতৌ অসুম্ন মথক্ত হায়খ্রিব মৈতৈ চৈরাওবগী থোরম থোনি অসি সাগৈ অহুগী য়ুম্মাংব য়াওব্রবদি তৌগনি । সাগৈ অহুদ পোকপ সিব, থোকতুন য়ুম মাংলবদি ঈরাৎ থোনিবগী থবক অসি তৌব, য়াদে । য়ুমসেংঙগ তৌগনি ।

---

# লাইয়িংথৌ সনামহি খুরুম্ব

লাইনুরা ৭, লাইপাথং ৯, থেব সলাই ৯, লম্বু তুপু, তুরৈ-ইরৈ চেন্‌, অনা অয়েক্‌, তৌরবদি—লাইয়িংথৌ থোনিজো অৱা অনা কোক্কনি ।

লাইয়িংথৌগী মমাংদ থৌনি অসি তৌভ্রিভৈগী মমাংদ পোংলম্‌সিং অহু সেম্‌, সাব লোইরগ অনম্‌, অথৌ কোক্কনি। তাইরেন্‌, পুংফাই পাইদ্দন থৌনিজরিব মী অহুস্থু খিক্‌তোক হাইদোক্‌, পিগনি। অহুগ অমাইবন খুবাক্‌, পোপ্‌, পোপ্‌, অহুমক খুত্নুন লাইয়িংথৌবু হৌদোক্কনি। মথাদ ইরিব থৌনিরোল বহৈসিং অসি হায়দুন থৌনিবিগনি ।।

## পোংচং

ক ১, হৈরুক্‌, ১, পৈসা ১, খুদৈ আঙৌব ১
লফোই লফাংদং ১, হৈ মনম্‌, নাইব ১, লৈসং ১,
ক্বা মতোন্‌, থোক্‌প ১, মনা মপুম্‌, ১, চেং খুত্নন থোক্‌প
মরু ৭ তিংখৌ মতোন্‌, মনা ৫, পান্‌ব মতোন্‌, ৭, লিক্লা খরা
চুঙৌ চুহিং খরা, খোইহি, য়াম, সঙ্গোম্‌, অনৌব,
সঙ্গোম্‌, অফম্ব, ভাইরেন্‌, পোংফাই, খোইজু লৈথাম,
খোইরু থাংমৈ ১, কবোক নাচন ৭, হৈরম ৭, লৈরম্‌, ৭,
হৈবি মনা, খরা ।

## থৌনিরোল মিংথৈ

লাইয়িংথৌ সঙ্গোং অপান্‌ব, ইবুংঙো
নহাক্কী মোংব নসাইগোন্দ লৈজরিব
ননাই (চাওব চাওবী) অসি মহাক্‌,
তিন্‌খংনরে, লাইখংনরে, তিন্‌জুরে লাইচুরে,
চৌংঙু নংগী সাইয়োন, লাংওন্দ ।।
হয়ি চক্‌। হয়া লাংব চক্‌। খুমুং চক্‌। কোম্ম চব,
চক্‌ ৪ গী ওইব নমিংবু সৈথাজগে ।
মৈতরং, ঈসিং তরং, মুংসিং তরং,

তরুং হীলেল, হোল্লিব য়াইবি কোন্গী
মপুথৌ অতিংকোক, মরু সিদব,
য়াইবি য়েন্স,হৌভৈগী অমম, লৈসা হাল্লক্প
খেরে মুংগুম, তকুপ্হৌ পোক্টদিংঙ্, নোংখাং তরুংলেন,
তরং লাইজ ইপোকপ, িন্দাও তাওবি ইরোইনাই
লাইরেন, তাওরোইনাই গুংমু সিদব মুঙ্গাং মহারাব
য়াঃপি মুংঙৌ পিমাব, চৌংঙ্ কোরৌ অয়েংব
ব্রাংম নিংথৌ পানজুম্ব, হুপ্লা মপাল, থাগী
হারা মঊ লিংলক্প, মি-সেম্বাং কাঙবি মহম, মুংগী
পরিং লাংসং হুনলক্প. উকা মাইখোং য়ান্ন
মপোক, খোইরা য়াল্লক্প, চৌংঙ্ য়ারা মখোন্জেন,
লাংবন, খোইমু খোন্দাম্নবন খোনজেন, উং-ঙংব
ময়েক, থোক্ক নপোক, খোইরা য়াঙ্কপ
চৌংঙ্ য়ারা নখোনজেন,, নম্ব পোংবু খেমতমলক্প
হে ইবুংঙো নহাক্কী নতিক, নয়াইবু কনান সিংথাব ঙমগদগে
হৌব লোইব মহাক্কি, তাকুব মফম্ন নসক, নওং ঙইবনি
নোংখোং কোইব ঙম্বনি, তরুং হিলেন, হোল্লিব
কয়াংমুংদ সাথৌব, ঈপাক্থক্কি পুয়েন্ব
য়াইবিকোন্গী মপুথৌ, য়েম্নৌ চুপ্লি পাইরিব
তাইবঙ লৌসিং চাওবনি, কোন্সেং সনা পিপালেল,
ফুহিং সনা লাইজলেল,, লৈরক, য়াংবি সাথৌব
খোংবাল, মুংদ লালুম্ব সনামহি ভৌবরেন,
সনা ফম্বাল, মহিলেল,, কে-কু হায়বমুং নহাক্কি
ফোং-ফ্যোং হায়বমুং নহাক্কি, লায়োঙ্গাং তনৌব
সনা কোন্সোলেল, কৈজোন্ব, তিল্লিলেল, কৌবম্ব নহাক্কি

য়াইননিক, তরংবম্ব নহাক্কি, ইবুংঙো নংনা তাইবং সেম্বনি ।।
সিদবগী ময়াথংন, তাইবঙ, য়ুম্বম, খুদিংগী ইবুংঙো
সম্পোং কজাও য়ারিব লাইনিংথৌবু ওইবনি
নংগী নমিংখৈবু নদাইরেম্ম খজিক, খরদং সৈথাজগে
তিলগী তিম্ন, লুচিংব য়াইবী তিনমরু সিদব, সিদ হিদাক,
য়াইরং চ কোমফু নিংথম, নানৌব, চহুই লেন, খাং কোক,হে-
নব মিংথোম, য়াইথোম, লোইব ইবুংঙো, ওংলৌ য়াইবি-
রেন, সিদববু য়ারা কোন, খাংসাগী নমু পুক্নিং মথংলেম্ম
থেমতমলকপ খিরেন, ওংলৈ নোংগী লাব খিয়াং থোক্ক,
ইমু মচেন, খোম্ম সনা তোন্নৌ হুইনবিরকপ, অরাং নোংনিংথৌ ।
ইংথোন্দ লৈরগ চিংউ লাইরেম্ব
সুমাংদ লৈরগ কংলৈ অহেনব
মাঙ্গোলদ লৈরগ মাঙ্গাল, অপানব
সন্দংথাদ লৈরগ কোরোহনব থোংদ লৈরগ থোংঙারেন,
মাইব ফম্ফম, লাংদ ফম্নগ রাকতং নাসিন্নব
য়াইবি খাংদোংনব, তোলোক, মাইম্নব হে লাইয়িংথৌ ।।
লাইরুব লৈরগ লাইরু হনব
সম্পোংদ লৈরগ সম্পোং অপানব
লাইজ ইনম্নংদ লৈরগ ইখেরেন, নামুংব
রারঙ্গ লৈরগ হুইনাহা খ্বাংনৌব
কৈদ লৈরগ কৈরুংব কৌব
ফৌদ লৈরগ ফারুংব কৌব
লৌদ লৈরগ লৌরুংব কৌব
চীংঙ সায়য়োন, য়াম্ব লাই ।
সঙন চাব মরম, চাম্মনিপান,
মুম্লগ চাব মরম, চাম্মনিপান,

চাজাক, চাহাউ, য়াইফৌ য়াইসেন,
পুম্ববু পুথোক্লক,প গে লাইয়িংথৌ ।।
নহান, নোং অহুডৈ লাইক্ত তবং পক্ক
উত্রং কাপ,ক হুইপ থা য়েংদৌ উরোংখিন,
পরিং লাংসংহুন, উকা মাইথোং য়াম্ন
মালেম, লৈসেম,লক,প, লৈসেপ, সেপ্পা হন্দব
লৈরাই নান্দ হন্দব, সবুবিন য়াথোংলোন,
লাংহৈবিন য়াথোংখিং, মালেম, লৈপুম, য়াইদ
লাইয়িংথৌ নঙ,বু নঙ,ন কাওরবরা ।।
উংখি তাওরোইনাই, উংচিরি, উংচিথোম,,
উংচিব্রাক,, উংচিরিৎ,, উংচিতোক,, উংচিসো,
উং উল্লরি, উংচিখা, উংচিথুম,, উংকোল,
অং উং ঈপাক, তরং, লাইরেন, লৈতক,প, ঙাংমুলেল,
উং সেৎ, চিংকুংলেন, সনামহি রাঙ্গাসোপুং
পুংমৎ লাংব্রান,, নোংপুম,, হিং-সং-হিং,
মিহিংচিক, মিহিংসং, লৈতুং খোম,সিবি
লাইরেন, পোরোং থোক,প, খুরাই সোংবু
কোন্দে তাংব, কোইলৌ অমম্ব, অচিব,
মম্ম্ব, খোই খোইব, অথৈব, নোংদম,লেন,
অথুব কোন,খৈলেন, অতাম্ব, নোঙ্গচাও,
নোংনাংলেন, অপোংব,, গুঙ্গোল,ব, সনা
কোঙ্গৌলেন, কৈজোনব, চিরেন, ঙাংলেন,ব,
সনা তিলিলেন, কোল,জাওব, সমদোন, অয়াংব,
লাইয়িংথৌ হল,ব, লৈরুমলেন,, নোংলুম,লেন,
ঙাং-কুপ, ফেৎ চুম,থাং কুপ,-ফেৎ হাইফেৎ তিং-তিং
হায়ন কৌই। অসিম্ব মদে,মদে ।×।।

মথক্কী মিংথৈ অসি অমাইবন সোনবিরগ—খুংফাং তরা লোন্দুন= হে ইবুংঙো নংগী হৌফম নতিক নয়াই লাংওন ৩৬৫ সৈথাজরবনি। তিল-লাই কংতব ঙাকপিয়্-তিন্দাইবিরো, লাইজাইবিরো, নদাই-রেম অসিনী। বাহৈ অসি হায়রগ খুরুমগনি ॥×॥

সুমাং ময়াইদা লা-তানি। লাইনুরা ৭, লাইপাখং ৯ গী লা মচেৎ ৭/৯ পরেং ২ মুংনা থাগনি। লাংজরিব অথুম অহাও তোৎতুন অরোইবদ কৎকনি। মাম, কথোক নাচন ৭, হেরম ৭, লৈরম, ৭ হৈহি মনানচিংবসিং অদুদি কোম্থোংদ থাদোক-উ। অতাইরে ই লংহুরোম্ন তাইগনি। থোনি মতোন, লোমগনি ॥

---

# লাই পাওতাকচব

মৈ লাংপ অমসুং লুয়েল কংপ লাইগী থৌরম অমা তৌগে হায়রবদি-নোংম বাংলিঙৈ হায়বদি থৌরম তৌগদব নোংম লৈরি-ঙৈদগী সুমিদাংবাইরদ মুঅগী লাইয়িংথৌ সনা মহিদ পাওতাক-চগনি (বাতোন) তৌগনি, লাই পাওতাকব য়াদে।

## পাওতাক বাহৈদি

চীংগ ইবুংঙো খোইয়ুম, লাইয়িংথৌ
সম্থোং পুংমাই লেপন পানফরিব
ননাইন হয়েং কোরৌ মুমিংত
লাইয়িংথৌদ তরা লুৱেন, কৎচগে

সোম্নপুংগী ফম্বাল, লাংবিয়ু
চীংঙু ঙাংলো খাদ ননাই "নপিংঙা" না
পাওতাক,চরি ।×॥

মথক্কী পাওতাক ৰাহে অসি ছায়রগ লাই নিংথৌদ পাওতাকসগনি মতমদি মুমিদাংবাইরমদ ।

পোংচং

লাইফি ফিদোন, ১, লা লাতোন, ১, লৈসং ১,
লাংথৈ মতোন, ৫, লৈ অঙৌব থরা, হৈরুক, ১
পান তাংগ্র ১, মেক্রুক-থাংমৈ-সেন্দাই ১, অসিনি ।

লোইরব ।


37314
LIBRARY

মথং কোংগদবা :—

পুখ্রি থাবী খিরেম খৌনিরোন

ওয়ুবা শঙ্কর,

কোপী মশীং ১০০০

ডিসেম্বর ১৯৯২

লাইরিক কংকমদি : নমথোকচবা মশাদা কংবিগনি।

য়েংশ্রেম মুনান মৈতৈ, ঈশৈশকপা

খোংলেন তাইবী লাংথাকপান (কুঞ্জা)

মমল, [illegible] ৩০/—

নমথকপ :— অরুনকুমারী প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি ৱার্কস।